# ꯑꯍꯜꯂꯨꯞ ꯄꯥꯅ ꯅꯍꯥꯔꯨꯞ ꯄꯥꯅ

# অহল্‌লুপ্ পানা নহারুপ্ পানা






অইবা:

তোন্‌জাও মৈদিংঙু

# মঙলানগী মাহৈ ইশৈগী মাহৈ

অইবঃ

তোন্‌জাও মৈদিংঙু



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ থৌবাল ডিস্‌ত্রিক মশা
ৱাংজিং

ꯑꯍꯟꯂꯨꯞ ꯄꯥꯅꯥ ꯅꯥꯍꯥꯛꯞ ꯄꯥꯅꯥ

অহন্লুপ্ পানা নাহাকপ্ পানা






অইবা : তোন্জাও মৈদিংঙু

অহান্ব ফোংব : সেপ্তেম্বব ১০/৯/২০১০

কোপী মসিং : ৫০০

ফোংব : মনিপুবী সাহিত্য পাবিষ থৌবাল্ ডিস্ত্রিক মসা
বাংজিং- ৭৯৫১৪৮, মনিপুব

মমল্ : ৯৫/-

মখুম্ যেক্প : রাজিব

---

নম্ফম : সোনি প্রেস, খাঙবোক বজাব
থৌবাল ডিষ্ট্রিক, মনিপুব, ইন্দিযা।

# কংচব

হে লিক্লাই ও
তাথি সোইনাইব ঙাক্পিয়ু
ইখাই পিবিরম্ তাইবংদ
তুংলম্চংকী মীরোন্গী
ইসিং তপ্ তপ্ কাংখুন্দ
লৌসিং মৈর লৈত্রোব
পুম্নমক্কী মফমদ
কংচরি অহন্লুপ্ পানা
নহারুপ্ পানা।।

# অহৈবগী ৱাহৈ খরদং

লাইরিক্ ফোংনিংবগী মপাল্ নাইদে। সাহিত্যবু নুংসিজব পাম্জবন সাহিত্যগী থৌরম্ খুদিংদ চৎলগ সারুক্ য়ানব হোৎনজরিবনি।

ঐগী লম্দম্গী লাইগী ৱারী কয়াসু ফোংজখ্রে। লাইনিংহন্সিংগী মতেং লৌজরগ থুম্খোংগী মরম্দসু অহন্ য়াথংদগী ইপা ইপু পুরোন্সু খুৎমাজৈ। সাহিত্যগী লৈচল্ চাব চাদব থিরুদন ইনুংলোন্দ ফাওরক্প খবদগী ইজখিবনি। পুৱারিদ সাগোন্নবগ ইবন অয়াম্বনি। সম্বন্ লাইচৎ য়েক্ তরেৎ অসিন পাইম ৱাখন্ন সুদোক্ চাম্থোক্চবগ লৈবাক্কী ৱান ইবনি। অহন্লুপ্ পানা নহারুপ্ পানা অসিন ১৪ সুবা নি। লাইরিক অসিনা ৱারী মচাগী লাইরিক্নি।

অৱাৎপন থন্লব তাইবং ওইবন থৱাইন পম্জববসু সাহিত্যগী পুকৈদ ঐগী খুদোল্ হপ্চিন্জব ইঙম্ ঙম্জদে। তাইবংদি মৈতান্ন ৱাখৈরগ লোইবে। থৱাই মীহুন্ য়াইবীরেন্সিং অদুদি সিব নাইদে। অমুক্ পোক্লদি অমুক্ সিব অসি ৱায়েন্নি।

হৌজিক্ তাইবং চিন্জাক্ চাদুন হিংলিব ঐখোয়সে, ইপুথৌ ইবেন্থৌ অপোক্পসিংদুগী খাইবক্প ইনেম্ খাক্নি। মখোয়্ন চৎলম্ব লিক্লম্ মতুং ইন্ন চৎলিবনি। ইপু ইবেন্সিংন পিথোক্পগী মহৈন ঐখোয়ন ফংহৌবি। ঐখোযন অমুক্ তুংগী মীবোল্সিংদ -------।

লাইবম্লেন্ তিন্খ্রব ইপুথৌ ইবেন্থৌ পুৱারি নীংসিংজরগ অচৌব মান পীব ঙমদ্রাবসু পাইম নুংদগি ফাওবকপ নুংসিব ৱাহৈ খবদংদি কৎফম্ থোক্পরা? ঐন ঙসি মীমরু মীমহেন্ মীমচংসিংদ পুথোক্চরিব "অহন্লুপ্ পানা নহারুপ্ পানা" হায়্ব ৱারী মচাগী লাইরিক্ মীয়াম্ মমাংদ ইপুথৌ ইবেন্থৌ মাইচৌসিংদ কৎচরি।।

ঐন ইজখিব বানান্ মান্নদে ঋারৌবিরোই ময়েক্ সুদে সাওবীগনু অপাবাসিংন অরান্ অহুই তাক্পিরক্প খুদিং চরৈ ফিগাও সান লৌজৈ অইবন।।

চৈচং ১০/৯/২০১০ ইং

অইব
তোন্জাও মৈদিংঙু

# ৱাফম অমতং

কনাগুম্বা অমগী নুংদা লৈজবা ৱাখল্লোল অদু ইদুনা হেক ফোংদোক্কে খল্লকপদা মদুবু মীয়ামদা য়ৌহনখিবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌ ওইফম থোকই। মদুদা সমাজদা অকায়-অতোয় থোইদোকপা লৈত্রগদি কনাগুম্বা অমনা খল্লিবা ৱাখল্লোল অদু পুথোকপদা করিসু কায়দব্রা খন্দুনা পবিষদ-মসাগী মিংদা লাইরিক অমা ফোংদোকচবনি অফবা ফত্তবা হাযবদুনা অইবগী খুৎইসিদা মীয়াম্না লেপ্লিবা তারে। করিগুম্বা মতমদা খুৎই অদুবু করম্বা জেনরদা য়াওগদগে হায়বসি লেপথোকপা ৱাবসু যাওই। অদুবু হান্না লৈবিবা শৈবেং ৱারিমচা উপনা াসনচিংবা অসি নত্তবা অমা হেক্তা ওইখিবসু য়াই। অইবনা ৱাবিমচানি হায়না পুথোক্লিবা লাইরিক অসি ৱারি মচা অমগী লৈগদৌবা প্লোটকী করেক্টরগী ট্রিৎমেন্তনচিংবা খজিক্তং শোম্নুনা লৈব্রা হায়না ফাওজৈ। কনানসু প্রুফ কক্লিগৈঙে মমাঙদা পাজহৌবদা ক্লষ্টর নত্তবা অতৈ ময়েকশিং তপ্লদবা ইবা খুৎই ওইনা থেংনজহৌই। মওং অমগী বনান হেক্তমক ওইরবসু পাঙদিং মান্নবা অমদি চংই খনজৈ। মখল কয়াগী থিমশিং লাইবিক অসিদা অইবনা পুথোক্লবা লাকনৈ। অদুবু ট্রিৎমেন্তগী খবা যেংশিন্নীঙাই লৈরিব্রা হায়না খল্লি। লাইরিক অসিদা ইরিবা লোনশিং অমসুং চংনবিশিং অনৌবা মতমগী খোঙচৎসিদা পুশিন্নবা লাকনৈ। "বস" হায়বা ৱারিসিদা নুপা নুপী চয়েৎনশিনবা মতৌদা অইবনা নুংনাংবা ফোংদোকই অদুগা অউনপোৎ হায়বনচিংবা ৱারিশিংদনা অওনপোৎকী চৎনবীনচিংবগী মরমদা অইবগী মীৎয়েংশিং উৎলি। অইবগী খুৎইদা দাইলোগনা দিস্কৃপসনগা ইতোৎ তোৎশিন্নবা মতৌ অসিমদি তঙাইফদনা শেমদোকফম থোকপ্রা খল্লি।

অমবু ওইরো অমবু ওইরো হৌজিক্কী শেল য়াম্না চঙলবা মতম অসিদা লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোংনবা অরায়বা নত্তে। অসিবু পুন্নমক্না শৌগৎপিফম থোকই হায়বসি থমজনিংবা ম্রাফম্নি।

সনসম নবদ্বিপ
সেক্রেতরি মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা ব্রাংজিং

# য়াওফম্ তাক্প



-------

অহানবা পালা মথারুপ পালা।১

## অঙাং সিন নোকহল্লি

গুলাপ্ন পিবা অমা ওইন লৈরম্বদগী ইরোম্ চানু অয়িংবী পানৈ। কুম্বী কালেন্ কয়া হৌখবে। গুলাপ্কী মপারী অমা খাইখরে। ৬নি ইপান্দ মাম্মন তেন্ কাপ্খী মাম্মন অঙাংদ তরেৎকী সেন্জ কৎপীখি। অসুম্ন ফুংগ নাইন পান্ব মতম্নী মমৈদ মচানুপী অমগ চি লাওন ফংজখি। লুৱাং ইচন্ নবুংগী ৱারি তাও:

নুংসি-উম্,

ঐন পাখং ফারক্প, লাইফম্ খুদিং লাই থৌনিরুগে, চৎলুব খ্বাইদগী ৱাংব কৌক্রু চিংদ, ইমোইনুবু খুমন্ন ফংজখিবগুম্ ঐসু লৈবাং লৈকোন্ খুদিংচং, অপাম্ব লৈরাং হেক্কে ইখুৎন খন্ নুংসি চৎলুনুদ ঐ ইথন্ত লৈব কি, ঙরাংসু মমা মচা সিন থেংনৈ হায়। লুৱাং হেব নোংম পোক্পদি নোংমদ সিব খন্লুনু, ঙসিগী য়েন্সাং মন মসিংন থোংব চাগে হোরেন্----হাইরম্ই।

নান্থোক্তুন লৈহাও হেক্কে চৎলি।
লৈহাও-ঐদি মতিক্ চাদবীনে,
লুৱাং-ঐন লৈহাও নংবু পাম্বসিদি,

ঐসু মতিক্‌ চাবদি নৎতে। অদুবু হয়েং চেন্‌লসিব।
লৈহাও কবি ৱানো নুমিৎ থা থাসি মাইকৈ য়েংদন।
লুৱাং নুমিৎ থাসু হুইন চাখিদ্‌নব ৮নি গা ৯ নিগা।
ফাইবোক্‌ত চেন্‌ব ওমোরনি, হায়রিবনী কৈসু"

নুংসি: তাচৌদো মীহেন্‌গদব মান্‌লিদ, ৱাঙাং গুলাপ্‌-নোংম মাগী নুপীদ হায নচা পোক্‌তবী নংদি নহা ওইবিঙৈদ পাম্‌বনী নপাম্‌ চৎখরো তান্‌বীবে।

অযিংবী লৈমা: ঐন য়ুম পাল্‌লক্‌লিবসিবু, ইপাম্‌দ চৎন্‌বগী লাক্‌লীবরা? ঐবু লৈসরুব যাখিগদরা ?

গুলাপ্‌: ফুংগাদ মৈ য়াইবনি হিদাক্‌ফু তোংজৈ চিংদুন নোংসু থিৎলি-থিৎলি চুবনী নামৈদু মৈ চাক্‌প হৌবক্‌ই।

অযিংবী লৈমান: সাওন্‌রবনিন সাওরংনন নামৈ চাক্‌প তাক্‌লোই। নামৈচাক্‌প তাক্‌লোই।

গুলাপ্‌:- পোদ্রোক্‌ পোদ্রোক্‌চিংন হিদাক্‌ থক্‌লি। হন্‌ন য়েংনিংব ফাওরক্‌ই। য়েংলুব মতম্‌দদি নামৈ চাক্‌লক্‌লে অস্‌ মৈন চাক্‌লম্‌নিদা ইকম্‌ফুদগী ইসিংন মুথৎচরে ইরেন্‌ন। কৌনদব অনিদো মৈন সন্‌তাইনবক্‌পনিদা। নামৈগী মৈদো খুদক্‌তা মুৎথৎচরে।

নুংসি:- তাচৌ নংগী নতৌসিদি হয়েংত ঙাইরে খংদৌব।

লুৱাং:- চেন্‌লক্‌লে নুমিৎতো, চাক্‌চামিন্‌নৈ। হরাও হরাও মাম্‌মগ। খুরাগ পাও হনব চৎলি। লৈকাইগী অহন্‌লমন্‌ লৈকাইদুবু করি কোলোই কৌবগে। সেংজুবুং লৈবক্‌ কৌবনী। মপান চাওহন্‌ কৌবনি।

চাওহন্‌:- করি লম্‌দা চেন্‌সিবনো, পাও অমতং খংনিংইদ। হায়রিঙৈ তান্‌জাদ অহন্‌ অনিখক্‌ ফৈজোম্‌ পুম্‌য়াৎ সেৎপ ঙক্‌সম্‌দ ফি অমা য়ান্‌দুন লাক্‌ই। হংজৈ চাওহন্‌বু চুম্‌বরা চুম্‌ই চুম্‌ই। মচানুপী মাংখ্রেন সাওরিবনি।

মাম্‌ম:- ফম্‌মেন্‌দ হিদাক্‌ফু অমগ লৈকাইগী অহন্‌ অমগ মাম্‌ম খুরাগ

যৌবগ খুকম্জে ফিদাদ লাইবক্ কৎলি ফম্থে।

চাওহন্ :-লাক্পিবিব ইনাওসিংন কৈদগীনো তাক্পিযু।

মাম্ম:- তাদল্গী ইচা নুপীন চেন্দুন লৈবিব লুব্রাংগী অপোক্প মপা লৈখিদবে। মচন্নুপী মখোয় অনিখক্ লৈবনি হাযজবিব।

চাওহন.- ঐগী ইচা নুপীদো লুহোংলসি। ঙসিদি থিন্বীবক্উ। লুপা লাখ অমগ পুবক্কদবনী। দাইপুব ঙম্বীগদবা?

মাম্ম:- খুব তাদল্ ঐদি দাই ঙম্লোই। লুপা লাখ অমবু ঐদি ঙম্লোইদা।

চাওহন্:- অহন্ অমা হন্বীবো অহন্ অমা লৈবিহৌবো নুপীন য়ৌবক্ত্রিব ফাওব। খাওযৈদ লুহোংসি।

মামম: ঐ চৎলগে দাযত ঙম্ব অমগ লাক্নব হাযকুবগে। তম্জে মচল নুংসিদ লুপা লাখ অমগ হৌজিক্মক্ লুহোংগনি দাযতো ঙম্ব অমা লাক্উ তাক্পিবে।

নুংসিন:- মাম্ম ঐ চৎকে ইবুংগী পাও হন্ব ঐন ইবুংগী লুপা লাখ অমা পিনি লুহোংগনি। লুপা লাখ অমগী সক্সু নৎতন খুকম্জবি, দান্দি পীবীযু লৈজদবা তাসেংবনী তাচৌগা ঐগতা লৈজবনি।

চাওহন্: ওং ওইনব ব্রানীদ নুপী নাস্ মবৈবি, নুপা নাস্ মবৈবিবনা।

নুংসিন:- দাযত ঙম্ব হাইবীবদুদ নুপী ঐ লাকর্চবিবনি। সাওবীনু অতোপ্প ইখুবাসিং থাবস্ পাম্দে হাইবীবদুদা?

চাওহন : ভালোহে চাসি মক হুংদোর্ক্সি মতোংনা, মী থিন্বগী সেলনি ইবেম্ম।

নোংম নোংম হৌখিদুন থা ১০ সুবদদি, অঙাং নুপ অমা ফংজরে। ৬নি হৈসোই ইপান্দ মাম্মন তেন্ কাপ্পীখি, ফম্সু মাম্মন থাখি। অঙাং অদু উলদগী অসাওব পুম্নমক্ কাওখ্রে নুংঙাই গাইফব ইমুং অমা ওইজবে। মসুগী মপান্দগী হবাও মীনোক্ নোকচবে। অঙাংদুগী কোলোই মমিং মন্ত্রি কৌবিবে।

৪/ অহংলুপ্ পানা নহারুপ্ পানা



মৈরাবা:- হিয়াংগৈ থা অয়িং অসা ময়াই ওইন লৈব মতম্নী। ফুরিং অমগ লেন্ব যাব মতম্নী, অহিংদি ফি অমা কেক্-হেক্ সুপ্লি। পুং ২ তাব মতমদ থুংলখি ষ্টেসন্দ মফম্ অরাংব ব্রিজ অদু লান্থোক্লগা, বস তোংনব লাক্খি কল্কাতাদগী অমুক গৌহাটি য়ৌনব ত্রেন্ তোংগাদবনি। অদুবু ব্রাইতিংদ পুং খর লৈব তারি।

মৈরাব:- নম্বো য়ানদুন থোরক্পনি, বস তোংনব

ঘোর:- মথোয় অহুম্খক্ ষ্টেসন্ য়ৌনব সম্দুন লাক্লগ বস্ কাখৎলি। মেনেজবন হায়দ্রিঙৈদ লেফ্ সাইত তোংলুবনিম ঙাইহাক্ লৈবগা লেদি সিতো ফম্লুবনিনা, মেনেজর্ন উথো।

মৈরাব:- ও রাইত সিৎত ফমখি, লেদিস্ সিৎনী লেফ্সিন

ঘোর:- ফ্রনকি সিন
ওনকী সিৎনী
বীহারী অনিন মনা পুদুনালেদিস্ সিতো ফমলুবনী ঙাইহাকতং। লমখাংদগী কারকখি লেদিস অনি উথো।

বীহারী:- অনিদো ফুক্ হৌগৎলী ময়াইদ লেপখি তুমিন্-তুমিন্। হান্ব তান্নবনী। অদুবু অহন্গী সিৎসু অমুক্ লৈরী। গালি অমদ অহন্ অনিসু বসত কারক্খি। নহা ওইরপ্ মান্বা অনিন সিৎত ফম্লম্বনী, অদুসু উথো, অহন্ অনিদো ফম্খি। গালি অমদসু অহন্ অম কারক্খি বস্ তোংনবগী সেকেন্ ড্রাইভরন

বাব ইধর বৈথো, নহা ওইবসিংদো সিৎতগী হৌগৎলী। অহল্ অদু ফম্‌খি চানিং তান ফম্‌জৈ। অসুম্‌ন নুপা, নুপীন ওইথংব সাইত্‌তা ফমলি। নুপান য়েৎ থংব সাইত্‌ত ফম্‌খি। অহন্ ওইরব কাংবু খ্বাইগী মমাংগী সিৎত ফম্‌হন্‌লি, মসি বিজাবনী। লেম্‌জনিংঙাই চাওথোক্‌চনিংই, চাওখৎপ থক্‌সি খাসি অসি মীওইব ঐখোইগী চৎনবী অমনী ফম্‌ফম্ চাফম্ তুম্‌ফম্ হাইনরি।

মৈরাব:- কোন্‌ন খ্বাখল লাক্‌ই।

ঘোর:- ঐখোয় মনিপুরদি ফোরংজয়নী কদৌঙৈনো লাক্‌কদব অমন হায়নি ওই থংব সিৎত লেদিসনী থেৎলী য়েৎ থংব সিতো মেনগী থেৎলী অদুবু অমতসু থওইবীদে। লাইনিংবসু পাম্‌লী অচুম্ববা, নৈপাক্‌সিগী অওন্‌বদসু অচুম্‌বদি লাক্‌কনী, ঐখোয়গী মনিপুরসু। হে সিদব মপু বস্ মনুংদদি হেন্‌নাদে মিবম্‌দদি নুপীন নুপীগী সিৎত ফম্‌লী। নুপান নুপারোম্‌দ মাই ওন্‌লি। নুপ মখৈন নুপী লৈবরোম্‌দ মাই ওন্‌লি, মীবম্‌গী চৎনবীদ কযাদ ফাজবীব বস্ তোংবগী নিযম্।

## অহেলপুপ পানা নহারুপ পানা

লৌসিংদি চিন্‌ফ হৈব সুম্‌বন্দ সুক্‌ন ফৌ সুরগ চাক্রি তকতুন মোইরাং ফৌ ফৌরেন্ ফৌগী চাক্‌হাওগী চেং চাব মীতানী, মসক্‌সু ফজ্‌সনু, মরন্‌সু লৈসনু, সাগৈসু চাওসনু, মীন নুংসিবগী মাইথোঙ চেন্দবা মীওই কয় লৈরিবনি। খাঙেন্‌প কো মোন্ অমসুং য়ুম্‌নমব হায়দুর খুংগং অমতদ লৈমিন্‌ন ইরুপ্‌নী মথোং করাকপ পাখঙ সানিনী। ইরুপ অনিসি নোংমগী অমুক্ উনহৈদ্রবদি চাফম্ তুম্‌ফম্ খঙ্‌নদে হুইন অমাংব থিগুম্ থিনৈ।

লৌ খোয়্‌রে চৎমিন্‌নৈ সন্‌পোৎ নামৎ খুলং চৎনৈ, সিং চৎলে সিংফান ইফান্‌ব চৎমিননৈ। চারে চামিননৈ। তুমলে তুমিন্‌নৈ কোযবে কোইমিন্‌নৈ। ঙাইহাক্ত থাদোক্‌নদে। তৌইগুম্‌সুং মখোয অনিগী মাযথোঙ্‌সি চালি ফেসনি, লাইনসু কঁদুন চেন্‌গদব মী ওইনা। হেক্ উব মতম্‌দ নুপী অঙাং অহন্ লমন্ ফাওবন নাক্‌চেৎত চৈবাবনী।

মখোয় অনিসিবু নুংসিদবসি চানুর ওইবীন্দি থুম্ তুপ্‌কুম্ তুপ্‌নিংব, মখোয অনিন কোযক্‌ব যুম্‌দুদ লৈবম্ব চানুবাসিংন লোংকি কেস্ অনিবু হেক্ উব মতম্‌দ। লৈকায়গী কোন্‌থোং মনুংদ চেন্‌সিনদুন লৈপন্ মরুম্‌দ লোংখি, মী লাক্‌পগী হৌনবী ফিদ ফক্ লৈতে লৈপাক্ মচি অমদ ফম্‌লসি।

মীবু নুংসিনৈ। অদুবু মীন মীবু নুংসিদব সক্‌সু লৈতব নত্তে। কোমোন অমসুং হাজুব মখোয অনিসু নুংসিদব মীত নত্তে। হুই থাদুন হৌদোং সা, ষন্ ফাও্‌বনসু নুংসিদে। চানুরসিংগী কোন্‌থোং হুই থাদুন

নুমিৎ হেক্ তাবগ য়াচংবগী কৈথেন্ কুম্নরক্খীবগ লোন্লিবনি। মখোয় অনি লাক্পগী সামিন্ হেক্ তাবগ লৈকাইদুগী লৈরক্ খুদিং হুইনা গৌ-গৌ খোংলিবনি। সংগোন্দ থৌরি পুন্দুন সন ফোপ্থক্ত গ্রোং গ্রাং ফি-ফি কাম্দুন, কোন্থৌরি ফোয়দৎতুন চেন্গদবগী থৌরাংইবনি।

মীওই অনিসি মসক্ অদুক্ হক্ন থীরুবদি নৎত্তে। থৌগন্লোন্গী মতাংদ, রাজানিতি, ধরম্ন নিতি হায়রসিন ঙক্ত ফি য়ান্গনি। বাজ্নিতিন কি য়ান্লোয়। লম্চৎত কাযবসু নৎতে অদুম্ ওইনমক্ মরুপ্ অনিসি নুংসিবগী বাসি অমত য়ওদবসিনি, মাইথোঙ সিরক্ত।

মরুপ্ অনিন চংঙু চংঙুব মোংব সংগাইদুদ লৈরম্ব চনুবাংসিংন ঙাংথে বক্প পাউখুম চপ্ মান্নৈ। হৌদোঙ্ লম্বোইব অনি লাক্লে। হায়দুনা কে কু লোৎখি। পারি হৌদোঙ্ লম্বোইব নুমিৎদাং লৈকাই কোইগনু। ইমান নুপী থিবিগনিসু হায়্দায়।

মরুপ্ অনিন নোংমগী যুম্থাং যৈন কোয়্রক্প উরুব চনুবাসে মসিং থিন নোংমগী য়ুমথাং যৈন কোয়রক্প উরুবাবদ চিৎথবা য়াওদ্রে হাইনি। চানুর অম ফাওবন মখোয়বু তরাই তবাই খনখ্রে। মখোয অনিসু খংজৈ চানুবাসিংন নুংসিদে হায়ব খঙঙে।

ইতাও "মরুপ" অনিগী মরাইবক্ত নোংদম্বন তমবীরম্ব অমদি থেংনদৌরি।

নোংদম্বী তুরেলগী ময়া দামগী কাচিন্দ লৌপান্দুগী য়ুম্দোম্পোক্ অনিখক্ লৈ। হায়রিব য়ুম্দোম্পোক্ অনিসিদা চনুর অমম্ম লৈ। নোংমগী নুমিৎদাং ৱাইরম নুমিৎন চিংয় তামলক্প মতম্দ মতাও অনিসু কোইব চৎমিন্নে।

মমাংথক্ত মতাও অনিন কোইরুব চানুর অমতন মখোয অনিবু নুংসি পাওখোং চন্লক্খিব তরাম্-তরাম্ তাচৌ হায়ন কৌবীরক্প অমত লৈত্রি। ঙসিদি মখোয় অনিন কোয়রুরিব চনুর অনিসিদদি, মখোয়বু ফক্ মথক্ত ফমবীয়ু ইচৌ হায়না কৌসিন্বীরে।

মতম অসুক্ কুইব ইচৌ হায়ন অনিসিন কোয়রুবদ, পন্থৌগী,

মাংগোন দারি থক্ত ফক্ থাবিদুন ফম্ব ফংজদ্রিবনি। চানুরাসিংদগী মসক্ নিংথিজ্জন উবা ফংলক্ত্রিবসি। ঙসি থেংনরুরিব চানুর অনিসিগী মওং মতৌদু উরুবদি মখোইদু লৈখোমগুম পেৎখ্রে। পনথৌ চনুর ওইবগা ব্রারী সান্নবসি মতম হৌখিব খংহৌদে। থেংজিন্লক্বদি অহন্ন যুমদ হনজিন্লক্পদ থেংনগুমসি।

যুমলোনন্বগী হুইসু কৌনরে। কোমোন অমসুং হাজুব ইতাও হন্লসি হায়দুন ময়ুম মাইকৈ পাংন লাকই। মখোই অনিন হরাও-হরাওনা হন্লক্পদ ব্রারি সান সান লাকপ মতম্দ লমবেন্সু তেন্খ্রে। ইতাও ঙসিগী ঐখোয় অনিন কোইরুরিব চানুর অসিগুম্ব থেংনখ্র্ব ?

সোম্দন চানুর অনিদুগী ময়ুম্-ময়ুম্দ অমুক্ কম্দৌরি। মখোইবু পোক্প পাবন হায় ইমোম্ পিপা য়াওদে। থক্তসু লৈতে খাদসু লৈতে মনাও তাদে ইপা ইমাগীসু সারু খুনবীনব কাইবিবনি।

মচা নুপা য়াওদবন মাগী-মাগী চানু নিঙোন্গী মতৈ ইবুংঙোদো য়োক্সি। ইবেম্ম নখোয়ন নয়ুম্ পান্গে হায়রবসু নিঙোন্ মব্রা ওইবা য়াওং ইনব য়াগদব নুপাদ য়ুম পান্গদবনীকো, নমা নপা ওইরিব ঐখোয়ন অহন ওইরক্লবদ থাক্পিনব লৈতে। ইমোম ওইবী অনিদ পুমেন পাওমেন্লী।

য়াওং ইন্ব নিঙোন্ মব্র য়োক্প হায়বসিদি নুপ ময়ুম্গী য়ুম্নাক্ত হোংখ্রাগনীদো। অদুবু ইমা ইপাগী য়াথংদি ঙাক্তব য়াদে। নোংম নিনি লৈরগ কোমোন অমসুং হাজুর মতাও অনিসি। চানু নিঙোন্গী য়ুমদ কোইব লাকই। চনুর অনিদু য়ুম্থংনব কৈরোন্নব, লৈমিন্নবনিন মখোয় অনিগী ফাওনফম্ লৈ। লৈপন্ অমন খন্বনি। উম হেক্ কৌনবদ তানব মফম্নী। য়েন্নখাদ পাও ফাওনবনী।

চানুর অনিদু খাদ য়ুম অমনি অব্রাংদ য়ুম অমনি। সিন্নাই সং ইয়োং সং অমামম লৈনৈ। করিগুম্ব মতম্দ ফৌসুগোংদ ফৌ সুমিনৈ খুলং ঈসৈ সক্নৈ। পারি হৌদোং লমবোইব, নুমিদাং লৈকাই কোইগনু। ইমান নুপী থিবীনি হৈ হা হৈ হা।

"পাখণ্ড অনিদো খা থংবা জোমুনগী য়ুমদ লাকই।
"জোমুন ফক্ সোমদ ফমবীয়ু। ঐ লৈরিক্মচ কৌরুগে।
"মতম পুংফম ইকান কান্নদন চানু নিঙোন থুংলরে।
"ইচৌ অচাগোৎ ঙামোক চাসি।
"কোমোন খুৎ থুমবব য়েংনিংবন। খজায় চোংইদ।
"লৈরিক্মচান ইমাগী চানু নিঙোননদো।
"হাজুর নুর ইবেম্ম নংখোয়বু উরুব মতম্সি সম্ চপ্ য়ুংখ্রানে"
"জোমুন তমোখোইন খন্লীবদো মচল ঐখোয়সু খললিবা" নুংসিজরুব নিঙোন্ন লান্লদরা ?
"কোমোন্ নিঙোল ব্রাতসি, ইরুজনিংবগ থোংগ্রা তেক্পগ মান্নৈ" ব্রা ব্রা নোক্মিন্নৈ।
"তামো অনিদ নচন্খোয়বু নুংসিবীরবদি ব্রাফম্ অমতং হায়্জগেবা"
"করিনো হেক্ত অহায়য়ু"
"নিঙোন পোক্প অহন্গী ব্রানিদ-
"নখোয় অহন্গ ব্রা ওইরেকো হায়বীয়ু।
নিঙোন্ ঐখোয় অনিন য়ুম্ পান্খ্রগ পালেম্ পন্থৌগী কোন্বীনব পীা কন লৈজদে। মরম অদুন নিঙোন মব্রা য়োকপ য়াওং ইনবা পামই হায়নৈদো"
"অদুদি ঐখোইবু করি য়াদনী য়াওং ইনব ইসান পুংয়া য়াজৈ।
"তামো অনিনা খনবীগদবদি, নচন্খোয়বু পুন্সিগী নুংসিবীববদি নিঙোন্ ঐখোয়গী য়ুমদ য়াওং ইনবদো পলেম্ পন্থৌগী থৌগল তৌবীব ঐখোয়সু থৌগন্ তৌজব অসি পামজৈযে"
"পাথৌ অনিসু অমুক্ত খন্নরুখীগে। ঙসিদি মতম্সি থেঙ্লবনিনা অমুক হন্জরগে। পথৌ কোন্থোং লিংকনু হেন্জুনহাসু কোন্থোং লিংপদ সিখ্রিবনী। অনিসি লমবী চৎন চৎন ব্রাখন্ পোমিৎ কাংনরকই। পাথৌ অসি চানুর অনিসিন হায়রীব ব্রাফম্সি। নান্থোক্খ্রাবদি

ইতাও তান্চাব চনুর অমামুক ফংলরোই। মাইচৌ খোংনাং থাবদ খুবাক মরি অমুকতা য়েংলুসি, মাইচৌনসু ঙাগ ইসিংগা ঙানুগ খোংবানগ, চাক্ ঙা তাইনে পকনৈনে, লুপা অমা সিন্মিৎ হুন্বনিদ। মখোয় অনিমক্ য়াওং ইনবদ, নিঙোন মৱা ওইবদ লেপ্নরে। পাথৌ অনিদু লম্বী খাইদুন মাগী মাগী ময়ুম্দ কোন্থোংদ চংখ্রে।

পাথৌ কোয়বা চৎলসি লাকলো।

অহম্ অহম্ অহম্

জোমুন ফক্ পুথোক্তুন দারি মপান্দ তিংথোক্লগ ফক্সোমদ ফম্বিয়ু।

পাথৌ অনিদু খুৎন ফক্ সোকই লাইবক কৎলি। অদুগা ফমথৈ।

তামো ঙরাংগী ব্রাফমদো তাজব য়াগদ্রা।

হাজুর ব্রাফমদো কুপ্ন খন্নরি। পুন্সিগী ওইবনিন, মাইচৌ থৌনাংথাবদ সেন্মিৎ হুন্দুন য়েংলুগনি, নুরা ইবেম্মাখোয়গী পালেম পন্থৌ হন্দক মপোক্সিমদি। ইকু ইনেম সক্ন থৌগল তৌজরগে পাইমনুংদ খল্লিব নিংঙোল্ ওইবিগী নুংগী অচেৎ অকোমদি পালেম্ ইমাসিংগ ব্রাতান্নফনি। পাথৌ অনিদুগী ব্রাফমদু, পালেম্ পন্থৌদ পমলগা হিরি কোন্খরে। অপাকপন পালেম্ পন্থৌ অনিন, আ লাই হক্তকতগী চৎনরক্লব লুহোংব তাইবঙ্গী য়ুম্ পানব চারি মপান্ থাববু অমুক্তং লৈবনিন পাংথোকতব য়াদে।

পাথৌ ঙসিসু কোইরুসি তুম্বা চাবা য়াদ্রে।

অহম্ অহম্ অহম্।

জোমুন ফক্ থারকই অদুগা পন্থৌ লৈয়ে, চংখি।

পনথৌনা অহম লোক খুরগ থোরকই। ইবুংঙোখোই নহানগীদুরা?

মানি মানি ইকাইরপ তৌন।

পন্থৌনা ব্রা হংগে হায়ববু থৌগল্লোল্ কায়গদ্রা?

পন্থৌনা ব্রাফম অদু অচুমবনী ।

মচা নিংঙোল্গী ব্রাদি পলেম্ অপোক্পতন মুননা খন্নারসনু

হায়রিব ।

পন্থৌ-পলেম্ পন্থৌগী থৌগন ফংজবদি ইরাইবক ফাবনি ঐখোয়বু পোক্‌প ইমা পাবসু লৈবন মীতোপ্‌ন লৈকাইন ঐখোয়বু কথি ঙাংগদবা? নোংমাতংদি নচা নিঙোনবু হৌনবী মতুং-ইনন ----- পুজরগে।

থাবুম তর নাওপুবী পলেম অনিদুন মাগী-মাগী মপুরোইবদ ব্রাফমদু কুপন থন্নখ্রে। মপন পনথৌ অনিসু মখোয়নবু থমমোই সেংলবদি পুরুসনু কৈদৌবগে ইয়াং য়াংন হাইখি। তুমিন্না তাহৌরীব চানু নিঙোন অদুবু পালেম পানথৌগী য়াথং ফংলবদ নুমিৎ অদুম্‌ককী নুমিদাংদ চানুর অনিদ চেনখিয়ে।

সোমদ চানু নিঙোন অনি চেন্‌খীব থোইন নংস থিদে। অহিং অদুম হৌখ্রে। নোংঙান্‌লবা মতম্‌দ খুনুন পাউকুং হৌদোকই নিংস য়েংখি মালেম্‌দ লাইবক্ কৎলি। থোং হাংদোকখি, পুনা অব্রাংদ থাদুন হাংদোক্‌খি, কোবৌগী য়োইমাযইবু গৌনিজৈ।

পুংজা ৮।৯ লোম তাবদ নুপা ময়ুমগী অহন্ অহুমদং লাকতুন পাউ হনখি।

- অহন্ লমনদা অহনবদা খুকম্‌নৈ,
- ফম্‌ফম্‌সোমদ লেংসিনবীয়ু, নোংপোক্ ওন্‌ন ফম্‌জে।
- ফম্‌গেন্‌দ অহন্‌ন যুম্‌বু অহনসিংন ফম্‌দেংলী।

নুপা ময়ুমগী অহন্‌ন নুমিৎ অমতং লেপ্‌পীব পামজৈ।

- পনথৌ ওইবন চেল্‌লবনি লুহোংব তোক্‌লে। কৈন দান্ ওইন কৎ থোকলসি মতুংদা লৌখৎপীনব লেপলগ। নুমিদাংদ কৈন কৎপীরব কুনদো পরেং অনিদং লাংলগনিদন। পানখৎলকপ ফাইরেনগী নিংমাং ৩নি পানব য়াইফরব নুমিৎত লৌখৎপীবগে।অওং অউন্ তম্বীবে তরুকনিদ চাক্ কৌগনি।

মরক্ত নোংম মসেন্ ওইনা ঙাই অনি লাকই ইবাইবু ইসেন্‌বু য়াইফরে।

- নুপাগী মুক্তান ফমেলগ নিলমনিসু মৈখু থকপিয়ু।

- মব্রাই য়াইফরে ঙসি লাক্পিব য়াইফরে। ইসেন খোয়ন তাহন লাক্পিববু ব্রাফম করি তান্নসি ফোংন হেক্ত ঐখোয় ইসেন অনিন। লাক্পদি ইবাই অনিদগী মতেং অমতং নিজগে হায়ববু।

মুকত অমসুং নিলমনি নসেন ওইব ঙাইন ইবাইখোয়গী ব্রা ফম্দ য়েদ য়েৎচবদি ঙম্জদে। নসেন ঐখোয়ন ভাব তাব ঙমজদ্রে সেংন অমুকত।

আদোর- বোকুন অসুম তৌবনিদ, ইসেন ঐখোয় অনিন লাইবক থিবদগী ইপারী পিপ অমত য়াওদ্রে। কুব্রাক কুরু চন্লাক্লাবসিদ।ঐখোয়বু য়েংসিন্বীনব লৈতবসিদ।

- মুকত ব্রাকোয় ওইদ্রবসু ইবাই চুময়ানন ফৈনে।

- অদোর হ্নায়দোক্কদব ব্রাদু তয়াং তয়াংগদব ?

- মুকত ইবাই করিসু চিংনবীনু খোইখ লিনখ থাবীনু হেকত।

- অদোর নব্রাই অনিন নিঙোন মব্র য়োকচগে হায়বনিদ।

- মুকত নুপ মচ অনিগী মপাসিংদুসু মীনুংসি খঙব, পুক চেন্ চাউব মীওই ওইবমলে। ইবাই অনিগী (সেবা) থৌগন ফংজবদি খুৎন থা ফংবগ লাম্ব চপ মানৈন। অদুদি অসুম খন্নরাসি ঙানি চাককৌব লাকপদ ইমাক্ক ইচা নিঙোনগ লৌহৌব। মুকতান ইবাই য়ারে-য়ারে য়াইফরে।

- আদোর ব্রা অমা হায়খিগে অপোকপ ইখুল লাইগী পোৎলমদি, সোইদন পুবীরক্উ, লাইগীদি তাৎনব য়াদেকো ব্রাফম্ অমন মাপাম্দ অহানব লাক্প নুমিৎ থাংজ চংব য়াদে।

অদুদি ইসেন্খোয় অমুক হন্বীরো। ইবাই খুরুম্জরি চৎন চৎন মতুংগীদি করি থোক্লগবা খংদ্রি। ঙসিগীদি মায়থোং মকা লাম্ন অহন্ মরুপ্ মপিজ সিংগ হন্খ্রে, মপারিদি কোমোন্ অমসুং হাজুরদি য়াওং ইন্ব হৌরে।

সংগোল্ হোংবনিন মীগী ময়ুমদ হেক্ লৈরুব্রা হায়বসি মতু

মমান ইপোন্ পোন্লি। নুপা ওইয়ু নুপী ওইয়ু ইকায় নুংসি য়ান্নব ঙক্নি।

কোমোন্ অমসুং হাজুর মখোয় অনিন নিঙোল্ মরা য়াওং ইনববু য়ুম্নাক্তি নুপাগী ওইন লৈগনী নুপীগীদি য়ুম্নাক্ লৈরোই নুমিৎ ১০ মুক্ সুখ্রে। নোংম চৎখীদুন হাপত অমা হৌখ্রে। থা ফারকই ২।৩ শুরকতুন খোইরেন তাফম ওইনা হৈনরকতুন, মাগী মাগী মথৌ সিনথ পাঙথোকলে।

ব্রাংজিং পুংদ কোন্লিব ইপুথৌ নুংলোন্দ নোংপোক্ নিংথৌনী পান্বদ ব্রাংজিং নিংথৌনি, লাইরেম্বী অনিনি সংগ্রিক্ চংনিংখোম্বী পান্থোইবী কৌন মিহুন্ তম্খি। ইপুথৌ হরাও খিক্সেম্ তম্ব কালেন্ থা ৩নি পানব নিংমাং ইকৌব নুমিৎনী ৩নি ইকৌই। থা মখাই অমরোম্ হরাওগনি। লাইগী থৌগন্ তৌনন্ব যত্রা খন্বগী মুক্ন য়েন্দম্নব অহন্লুপ্ পানাগী থোক্লে।

চিংঙু লাইবু থৌনিজৈ কোমোন্ মুক্না সান্নারুই তোন্দগী হৌদন থাদরক্পন কোমোন্ যাত্রা ওইরে। অহন্লুপ্কী খুৎ তরেৎ মথং খন্লে। অসুম্ন হাজুরগ য়েন্দম্নবসু যাত্রানী। যাত্রা ওইরে খুৎ তরেৎ মখাদ লৈরে। নহারুপ্ পানাগী হাজুব য়াত্রনি। মকোক্ মথং লাংজৈ মথং তোন্নি। কোমোল্ অমসুং হাজুর ফিভম্ সাহৌ চপ্ মান্নৈ। চাউ সাংব মাননৈ। চহি লেংগ মান্নৈ চাও সাংব মান্নৈ। কমলাক্সিংদু পালা ফিভম্গা কোন্তক্ কোন্তক্ ,সামু মচুম্ তাগুম্ কল্লী।

ফাইগল ফৈরু, খুবোম্ চপ্ মান্নৈ। পাম্বোম্ মোসন্ মত্রং মত্রং কায়। মথবাক্ ফন্লি। মখুব্রাং চেংই। ময়াংলেন্ খুদুপ্ অমাগ মখাই ব্রাংই নোংস সাবাননি। মখোয় অনিগী চুং ফিরান্ চাব সাবন্ অসি অয়েংব মীয়াম্গীদি মিৎকী কুম্মৈ ওইনরি ময়া কাদুন য়েংবদ হয়িং চংখিব খংদ্রে। লৈম ওইবীসিংন তুংদ অঙাং পোরীবদু কাওদুন মিন ইন্লক্লিবনি খন্দুন খুনিংন থীন্লুবদি মচা ওইরম্লে, হৈম মকোক্

য়াত্র মথং মথং তোন্দ লোইবে। লম্জেন্লোইসু তবেৎনী মাকোক্ যাত্র মথং মথং নাইন তোন্দ লোইবে। লমজেন্লোইসু তবেৎনী, চিংউ লাই হারাওব লোইখ্রাব নুমিৎকী ইনুং ঙান্লগ মুক্ন লম্জেন্নি অহন্লুপ পানা নাহারুপ্ পানা অনিগী সাগোন ৫না চিংবনী ইসিংপুন্, সনাবুন্ অথন্ব সগোলগী মতুংদ জগোই খুথেক্ তম্দুন থৌগল লাংলিবনী লাইবুংদ পবেং সান ইপুথৌ ইবেনথৌবু থৌনিজবে। লাইগী যেৎ থংবদ অহন্লুপ্ পানাগী যাত্রাগী মথং মথং পবেং সান লৈখ্রে।

নাহারুপ পানাগীসু যাত্রাগী মথং মথং পবেং সান ওইথংব মাইকৈদ মাইযোক্নন পবেং সান লৈখ্রে।

যাত্রাগী ফিজেৎন নিংখম্ য়াওনা নিংথিন ফজৈদ লাইমাং মদু অযেংব মীযাম্ন কৃক কৃক্ ইন্নান থম্চেৎ হৈমাই সান ফম্নবে। লাইগী ওইথংবান লৈম ওইবী নিঙোন্ লাক্পীগী মফম্নি, লাইগী যেৎ থংবন অহন্-লমন্ নুপা ওইবগী ফম্ফম্নী পানা অনিন লাইগ মাইযোকন্না ফম্লে।

লাওথোক্লী লাই কমিতিনা মফম্ চান চান ফম্বীযু। নুপীন নোংপোক থংবা সাইট ফমবীযু। নুপান নোংচুপ থংব সাইট ফমবীযু।

প্রেসমেন্ লম্ফম্, যাত্র সাননগদৌবিব মাপদ্ যেংবগ বাহন পাম্ব সন্ লম্চাগুম্হ। মমীৎ মমীৎতুন খপতাবমখৈ, চাবাম্নবব নোংসান সজি ফানন লুম্বদ্ মঙাম।

কমিতিন মুক্ন সিন্নলিব র্জজদ যাত্রা অনিদু মুক্ন কোন্নব যাবে। হাযবগী ইগৎ পীবক্ই। যাত্রা অনিদু ফম্লমবদগী খোঙ যেৎন ওইথংব খোঙদ ঙাকলি। পীবগ ফুক হৌগৎলগ খোঙফম্ খজিক্ খজিক্ লেংখী।

যাত্রা অনিদু র্জজন নামৈ নীঙদুগী কিসি অদুদ মখুৎ নাম্ম-নাম্ম পাযবগ চিংসিন্লক্ই। মখুৎ যেৎ-যেৎতু হেন্সেক্ তৌনহন্লী, অদুদগী মখোই অনিবু ফি পাযনহন্লাগ র্জজদু খবা হন্দোক্তুন কুপন

য়েংদুন লৈখ্রে।

ফি পায়দুন কোন্নবদ মতুং মিনিৎ মঙারোম্দি মখোয় অনিমক্ লৌ চংনদে। অমন অমগী অচেংব খোঙফম্ য়েংনরি।

মীকুপ নাহুম্ সেন্নদুন লৈনরি। মতম্দু যাত্রা অনিন ইনরক্পাদুদ নাহারুপ খোঙফম্ হাইফেৎ সোয়বদুদ, কোমোন্ যাত্রান খুদোং পুখৎতুন থক্ত উরু-উরু লৈরম্লগ মখ চেপ্লপ খাইরগ লৈমায়দ থাদরম্ই।

তন্ন হাজুর যাত্রান লৈমায়দ মখোং হেক্ থেংবগ কোমোন্দ লোংখ্রৌ থক্ চন্দুন লৈথরক্ই। হাজুরগী লোংখ্রৌদু থৎতুন নীগোংদ সেৎথবক্ই। হাজুর নীংগোং থৎলিৎ মখোয় অনিন লংনরক্প হুন্নবক্প সাফুন লাইমাঙগী সুমাংদু উফুল ব্রং ব্রং হৌরক্লে।

যাত্রা অনিদু অমান অমাদগী হেন্দে। অমান অমাদগী তাদে। অচেংব য়েংনদুন ইন্নরক্পসি পুংখায় অমরোম ওইব য়াই। অমনসু অমাবু থক্ ঙম্নদে। মখোয় অনিমক্ ওজা গুরু তিন্নৈ। ওজান তাক্প লৌ মান্নবন ওজাবু থম্মোয়দ সোন্জরি। অয়ৌবী থক্কী লৌ পুথোক্তুন পাংগল্ থৌন চপ মান্নন হুন্নারক্ই।

কোমোন্ খুদোং হাইগৎতুন হাজুরবু থাদরক্পদ হাজুব তুরে। তুরে হায়ন ব্রা লাওনৈ।

- র্জজনা খুৎ থাংগৎলি ঙাইখো।

- লাংবীগনু খুবাক্ খুবীগনু।

অদুদগী কোমোন্ হাজুর থারম্দে। হাজুরন অমুক লোংখ্রৌ চনদুন কোমোন্ সেৎথরক্ই কোমোন্ তুরে তুরে ব্রা লাওই মইয়ামদু ফুক্ ফুক্ হৌগৎনৈ কোমোন্ তুরমদ্রে।

- র্জজনা খুৎ থাংগৎলি লাংবীনু।

অয়েংব খ্বাই মীয়াম্দু মীহুন্ তীং তীং চোংই। মাগী নুপীনসু মাগী নুপান যাত্রা ওইহন্নিংলি। নুংদ অয়েংবন হুমাং কাংলী। ব্রাদি ঙাংনদে নুপী অনিদো।

মীয়াম্ন ঙাংনৈ কনান থারগব। মমীৎ কুপ্তবনখৈ য়েংনরি

মখোয় অনিদো। লংনরক্প হুন্নরক্প খোংফম্দগী হৌরক্প উফুল্ন লাইপুংদু মৈখুদু মঙায়রে পুম্মম্ মংলি।

মখোয় অনিন লাইপুংদুদ লৈনরক্পসি নোংলৈ নুংসিৎন হুমলক্প উনা অকংবদু মঙাই খুংউংবদৌন ওক্তুন লৈথরক্পদ সামু অনিমক্ চেপ্ন তুরে।।

- র্জজন মখোয় মুক্ন থোইরে খুৎ থাংগৎলী। চিংখৎপিরে।

- র্জজন মখোয় অনিগী মখুৎ পাইদুন লাইপুংদ খুরম্হন্লি থৌনিজরে।

র্জজন তিন্লিব মীয়াম্দ লাই কমিতিন লাওথোক্হনলি। অসিগী যাত্রা অনিসি অমনসু থাদে, অমনসু থাদে, মখোয় অনিমক্ ফৈতু তুরে। যাত্রা অনিমক্ লৌরে র্জজগী মোৎ লৌরগ লাওথোক্চরি।

হোয়দ অসুক হৈবা মথৌনসু মরিংজেন্সু মপালগন্সু লাইসু অনিমক্ত তোংসিন্লি। অনিসিবু কনানবু থাব ঙম্গদৌরিবনো?

যাত্রাগী মথক্ত কুপী সান খুঁদে ঙাবোং মুগ থানৈ তরেৎকী সেল্ অঙক্পনি। কামিতিন লাওথোক্ই যাত্র অনিন লাইগী লৌ পরি অমা লৈ । লৌসি চহি অম যাত্রা অনিন উরগা চাও পিরে। অহন্ লমন্ন হান্ন চৎনরম্ব লিক্লমগী মতুং ইন্ন লাই হরাওবগী সেন্খাইদি পিদব অসি চৎনৈ। চহি অসিম লৌ উগদবনি, মথঙ চহিগী ইপুথৌ ইবেন্থৌ হরাও খিক্সেম্ব অদুদসু যাত্র অমুক্ ওইরক্পদুন চহি অমামুক্ লৌ উগদবনি অদুগ সেন্খাইসু পিরোইদবনি।

মথং চহিগী কালেন থা লাক্পদ উমং লাই হরাওব কমিতিন মাইক্ পাইদুন লৈকাই মরিদ লাওথোক্ই পাও তাহল্লি। ব্রাংজিং ইপুথৌ ইবেন্থৌ অহুম হরাওরক্পসি নুমিৎ ১০নিরোম ওইরক্লে। লাই কমিতিন অমুক্ য়েংদম্নব নুমিৎ লাওথোক্ই। অরিব মুক্ন য়াওব য়াগনি লাওথোক্ই।

- কোমোন্ অহন্লুপ পানাগী অরিবা য়ত্রানি।

- হাজুর নহরুপ পানাগী যাত্রানি। অরিব মুক্ন অরিব অনি

থোরকই কুম্‌সিসু য়াওখিনীদন। অরিব যাত্রাবু অমুক্তং য়ৈথেক্নব হায়দুন মরেঙ মরুম কার কারব মচুম্ তাব সামুগুম কন্‌লব মীওই কয়াসু চোং থোরক্‌ইবনী।

অহনলুপকী মুক্ন য়েন্‌দম্‌নব অসিদ মরেঙ মসল কারবসিংদুন মপাংগন্‌ন নম্থেক্তুন ফাখৎলক্‌ই। পোলোইদ কোমোন্‌গ থেংনরুবদ লেন্‌ন নুংস উবা য়াদবগুম স্বাই-স্বাই মাংই।

নাহারুপ্‌কী মুক্ন য়েন্‌দম্‌নব অদুদ মুকনরোয় কয়াসু থোরক্‌ই নাহারুপ্ পানাদসু হাজুরসু য়ৈথেক্‌নব মপাগল কন্‌ব কয়াসু চোংথোরক্‌ই। কালেন তেম্‌পক্‌পু তোক্‌সুন থুগাইগুম স্বাই স্বাই মাংখি।

পান অনিগী যাত্রা অনিন চহি ৭ থংন থংন যাত্রা ওইখি। ব্রাংজিং উমং লাই ইপুথৌ ইবেন্‌থৌ অহমগী য়াথংদি অক্‌নবদ যাত্রা ওইগদব মীদ মতেং পাংবগুম উইয়ে। কোমোন্ অমসুং হাজুর অনিমক্ লাইগী যাত্রা ওইরবনিন। হৌখিব চহিদ তৌবগুম সক্তম্‌দো উৎলগ লেংগ লেংগ কোন্‌নরগ নুং লংনরগ লোইরে। মীয়াম্‌ন মখোই অনিবু ফৈতু যাত্রা হায়ন মিংথোন্‌লী।

## মসিন মফারে

হিংন হিংন সিরব ইকাইবন মীমাং থোকপ ঙমদ্রব বীরসিং লৈকাই সিংলুপ য়াওব ঙমদ্রে। পিক্লিব মচা মবি অমসুং মাগী নুপাবু হুন্দোক্লম্লগ ময়ুম্ চেন্নাই নাইখি, মাগী নুপীবু কাওব লৈতে। বীরসিং অসিবগ পাংখক্নী। ঐগী অসোয়ব অরানব কয়ান কুপ্সিন্দুন মচা থাক্প তারি। হিংনবগী লান্ফম্দ, নামৈ থেৎপগী ব্রা ঙাংব ঙম্দব। নুপা অমা ওইবগী ফিরেপ হায়খিব ব্রাফম্দো নীংসিংলি। মতম্ চুপ্পদ মাগী নুপীন অতোপ্প নুপাদ চেন্নাই নাইখীব থব্রান্ নোংজুপ্ত্রমবনি খন্লি।

পালরদ চংলগ সম্লাংদু কোইন কক্লুরে। চারিবন সাৎনী তাক্পনী। লম্চৎ নাইদবী জাৎনী নুপী ক্বাক্নী হায়ন মীয়ামন পাওথোক্পিরে। মথানুংগী মচাবু সেৎন খাইনদুন চেন্ব ঙম্বী মীহাৎপীনী। অদুবু বীরসিংদি অতৎপ লৈতন খন্লী। মাগী পুন্সি মহিং অমা ওইরক্পন সেল পাইব ইজৎ লৈব নুপাদ লৈরগে হায়ন খন্খি। নোংমসু থবক্ তৌবা ওফিসার অমগী অতোমবী ওইন লৈরগে খন্দুন লৈখিবনি।

- অতোম্বীগী খুদোম্বীদ

- নুপাদো ব্রানোম্ সেন্তন নোংমদ হাইঙম্দন পৈস পাই। গাড়ি তোংই ময়ুম্ দোলান্নী। নিংখাইরোইদব দোলান্নী ঐগী পুন্সিদ।

বীরসিং তারক্‌ই মীন লৈপুং ফম্‌বদ ঙাংনব কৈথেন্‌ অকা অকুম্‌দ ঙাংনব নঙোন্‌দ য়েংবদৌন থোংথাং খুদিং তুং হন্‌ন য়েংদুন চৎপ হৌরকই। মরম্‌দি সেন্‌গী দিমান লৈরে পিরক্‌ই। মকোক্‌ সাবা হৌরক্‌ই নোংম নোংমগী।

- পিক্লিব মচা নুপা ২গা নুপী অমগনী।

- চাক্‌ লাম্‌মী বাবা চাক্‌ চাগে বাবা ইমাদি কদৌঙৈ লাক্‌কনি। কদাইদ চৎখিবনো? মরু লুক্‌থন হায়। ফক্‌তুদ খুলোক্‌পী সান্‌নরি নোংমদি মচা খর চাওবদুন হায়রক্‌ই। বাব ইমাগী খৎনখিবরা ? খৎনদে ইবুংঙো অদুগী নংন করিগী তুমিন কপ্‌লিবা। নুপাদি থম্‌মোই কন্‌বনি।

-লৈকাইনা ঙংনৈ নপাসি মী নৎতে। অদুন নমান নখোয়বু থাদোক্‌তুন চৎখ্রিবনি।

- চেং কে:জি: দা লুপা ২০ পিরে।

- ইমাদো ঐখোয়বু পোক্‌লম্‌বনি হায়ব ইকায়রে, ঐ হিংন হিংন সিরব ঐ য়াম্‌ন ইকায়, সাগী লিচৎ চৎপ ফি সেৎতবী সাদুন পোক্‌লম্‌বনী হায়গদব নুংদ লাইরিক ইদুন থম্‌বগ চপ্‌ মান্‌নরে।

বীরসিংন ইচাসা লাইন সিন্‌বনী তাইবং কুম্‌মৈনি, করিসু খন্‌লুনু ইচাসিদি বাবা লৈবিসিদি। য়ুম ইন্‌খোন্‌দি কায়দেদন,

থোক্‌হৈদব থৌদোক্‌নীন লৈকায়গী মীনসু করি করম্‌ চারি সেৎলী হায়ন পাক্‌ হেক্‌ হংব ঙম্‌দে, বীরসিংন ইকাই নুংসি য়ান্‌নদুন লৈবদো।

- তেন্‌ব বাবা লাইরিক্‌ তম্‌ব ফংলরোইদ্রা

- ইচাসিদি লাইরিক্‌ তম্‌নিদ করিগীনো খ্রাহংদো ?

- খুবাক্‌ নাম্‌মগী খ্রানি বাবা

- ননাওদ চাক্‌ লাম্‌মে হায়বীব, চাক্‌ থোংনব চেং লৈতেসু হাইরি চেংফুদ চেং লৈরিবর, মপান মচাসিংগী মতৌউবদ হায়ফম্‌ তৌফম্‌ খংদন উংদুন লৈ। ময়াম্‌বন মনাওসিংগী মতৌ উবদ উপু মনুংদগী ফনেক্‌ খরা ফজবা অমা অনি পুরগ লৈকাইগী মচেসিংদ

য়োন্লুই।

চেচে ফনেক্ অসিন লৈবীয়্। চেং ব্রান্গে তৌবনি। চেং চারা লৈতে ননাওদো চাক্ লাম্মে, চাদদি য়াদব সুদবদি য়াব বাবাসু।

অঙাংদুগী মতৌদ পৈসা লৈনি ঙাইখো। ফানেক্তু পুসিন্দুন অঙাংগী চেং ব্রান্বীদুন সে সে চেংসিন চাক্ থোংউরো চৎলো, মপি ইরা চেন্ন লৈহৌই নিংঙম্দন।

- ইচাসিদি ব্রারুনু লাইন তম্ব লাক্কনী।

- ঙসিসিম চার ফংলনি হরাওজে।

মদুগী নুপী মহা ওক্তবীদো য়েন্ ঙানুতসু মচা নুংসিব খংলি লম্গী সাগী লিচৎ চৎপী লিন্দুগী থম্মোইদু কয়াদনো মথানুংগী মচাবু সেৎন খাইন হেক্ ঙম্বসিদি। চৎলো চৎলো চেং হৈদোক্কনি পৈসা লুপা চাম্মনি তাহৌনি। নপাদ পিয়ুকো অঙাংদুন চেংয়োম পুসিন্লক্প উবদ।

বীহারিন কদাইদগী চেংনো কনাদগী হুরানলক্পনো পৈসাসিন কনাদগীনো? নামগী সাজাৎ লিচৎ লৌবিবর। নংসে নচিন্দো খুমম্। ঐবু লৈকাই মাংসিদ হিংনা হিংনা মৈ থারিব বাবা ফিসি য়োন্লগা চেং ব্রান্সি হায়রদি কদৌবগে নংব্।

কিন খংনব ব্রারক্ ব্রাতেম্লি মচাসিংবু চৈ মচা অমন কম্লাক্ত সেৎ সেৎ কন্লী।

অঙাংদুন কপ্ন কপ্ন হায়রক্ই। নচাবুসু হাৎতোক্পীরো অসুক্ ব্রান হিংদৌ সারুক্পুদি উপু মনুংদগী ফনেক্ লৌথোক্লগ চেচেদ য়োন্লুবনি। চেচেন চাক্ থোংনব চেংসু পীরক্পনি, পৈসাসু লুপা ১০০ পিরক্পনি। ইমাসু মচা ঐখোয়বু য়োক্নিংদন মব্রা নাইখরবনি। ইমা অমুক্ কৌব ফংলরোইকো। হন্দক্কী মপোক্ অসিদ। অসুক্ ব্রাব মরক্ত করম্ন হিংগনি পোৎকী মমল্ন অতিয় পক্ন ব্রাংলব মতম্সিদ কপ্ন কপ্ন ব্রা কয়াম্ ঙাংলি।

মচাগী মতৌন ব্রান খংলি। কৈরোই লৈকাইগী মমাঙদ মরোন্

থোক্ত্রে। নোংম নোংমগী কুম্মৈ হরাওব ইপা নাৎকী ইপু নাৎকী য়েংনীংব মতম্নী। মচাসিংন সেৎনব ফিরোন্ পিবা গুম্দ্রব নাইতোম্ লৈবা মপান খন্লক্ই। অসি লৈপাক্ত লৈরুরগে। পাই থৌরি য়ান্দুনা সিসির হায়ন চাং য়েংব পাম্লক্ই। মতম্দুগী য়ুম্সাগী মৈতৈ য়ুম্সনি নাক্থ খাঙেন্ফম্ ফম্মেন্ নিঙোন্কা ফুংগ লাইরু কা চাক্খুম্ কা খাঙেন্ সুকতু হুম্ দাং লৈবা মাংগোল্ কা লৈবনিন খাঙেন্দ থৌরি য়ান্দুন সিরোইদবা মাইয়োন্দ থৌরি কোংগোই থম্লগ খংলাও লাওবদ তাখিবনি মচা সিংন বাবা করিনো থৌরি য়ান্দুন সিগে থৌরংলিসিবো।

"মচান উপুদগী ফি লৌরগা য়োন্লুই"

" মমি তংখাই সাম্লবা বীরসিং

য়েন্নিং অমুক্ চোংলক্লোইদব সিবন মফরে।

হক্চাং পোলাংসি মুৎথৎলম্লগে তাইবঙ পান্দগী। মপু মাগী লৈকোন্দ লৈবাং লৈনম্ ওইন তিল্লগে অরোইব মিংখৈ পিরম্লগে পাইম চপ্ য়ুংন খনদুন। বাব হিংবদ মাই পাক্ত্রব লৈকাইগী ইজৎ সন্মান্ সোক্তনব ইপা ইচা লাইরম্লেন্দ খোংদারসিব।

মচাগী অনিংব থুংনব লম্বী যাৎতুন নিংস স্রোব যেংলী নোংম মপা মচা পুন্ন হিংবসু সিবসু চপ্ মান্নৈ। নিংবা কায্ব তাইবঙ মৈসালবক্তা হুমাং মবিক্ক কম্লাক্ থক্ থক্ নিক্। ব্রাখল্ অদুন মাংদ চপ্ চপ্ লেপ্লগ কৌরি। ইমা সাবীন তাইবঙ ঐখোয়বু। মমিৎ কুপ্তন সংগ্রিক্ লেংলম্লগা থোং লোন্সিন্খ্রে। মপা মচা পুন্ন মৈখেৎ চুদুন ময়ুম্ তুম্ন মৈ চাক্খিদুন মৈতান্ন ব্রাখৈরে। তাইবংদ খোংগুন্ মুৎপিবে, মসিন মফারে তাইবঙদ হিংদৌ সরুক্।

## কোক্ ঙাওবা

মেম্ম তারিব্রা? ঐ কোক্ য়াম্ন ঙাওইদ, ফামুংসি উরু উরু লৈরেনে। অমুক্ত ফামুংসি ফাও নখোয়বু। ঐবু অস্থুম্ন অমুক্ত ঙাওদে নহন্মখৈদি। সন্ য়েংব চৎলুবনি তোমান্গী সন্গী মমল্দি হিংদ তাংলে। সন্ লৈব ঙম্গনি থাজদরে মেম্ম। অরৈব সেল্ চেক্সিন্ন হোংনৌ হুখ্রাবদি ফংবগী থ্রা লৈতে। ঙরাংস্থু হৈজিংপোৎ অমা য়াওকরে লুহোংব মফম্ মঙাদসু পোৎয়েং সেল্ পিরুরে। মরক্সিদ লান্ন থৌরম্গী পোৎয়েং সেল্ অমমুক্ থিন্লুরে। ঙাইহাক্ ঙাইহাক্সু ফম্লকইবনি। ফিরোল্ হোংদোক্লগ খোঙ খুৎ অমুক্ত চাম্ থোক্সি। নুমিদাংগী চাক্তো খরা খজিক্ ঙন্লপ্ থোংউ। ঙসিদি খরা ঙন্ন তুম্গে কোক্সিসু ঙাউফিং ঙাউফিং অদুম্ তৌরি মেম্ম। ঙাইহাক্তা ইসাসে সংদে বি-পিদো অমুক্তা চেক্ অপ্ তৌরগে খন্বনি ডাক্তরদ।

"ইবোতোম্বীগী মেম্ম ফম্ সেম্মু। লাইনিংথৌ থৌনিজরগ ফমুংদ চঙবত তারক্ই। কনানো অমা মপান্দগী কৌবা তারক্ই। বীমোন্ বীমোন্

"তারিবরা মেম্ম থোংগান্দগী লেপ্কৌ কৌরক্ইবসিন কোক্ন ঙাওফিং ঙাওফিং তৌরিঙৈসিদ"

"নুপ মচাদু বীনগ থ্রারী ঙাইহাক্ সান্নারি।

" ইবুংঙো ইমুংদ চংলক্উ।"

"ঐনী ইনে ঐখোয়গী ইবাইবু লৈবরা থ্রা অমত হায়জগে লাক্লিবা।"

"ঐঙোন্দদি হায়ব য়াবরা?

ইবাইদ হেক্ত হায়জগে।

বীমোন্ বীমোন্ নাসেন্ন অমুক্তা উনগে হায়রি তারিবরা

বীমোন্ থোরক্লগ মসেন্গ ব্রারি সান্নরি।".

"করি হায়গে ইসেন্বু।"

" ইবাই গাড়ি অমুক্ত থৌবীদব য়াদে। ঐগী ইমাদু মবুক্ য়েক্প থিন্ব লেংব লাওবু লাওবনে তৌফম্ খংদ্রে। হোস্পিতান্দ চৎতব য়াদ্রে। ইবাই উপাই অমুক্তা তৌবীয়ু।

" হৌজিক্পো

ইবাই য়াদদুন তৌরিবনি। মাইবন ঙাক্থব ঙম্দ্রে। গাড়ি লৈব হায়দো ইবাইনি।

"বীমোন্ গেরেজ হাংদোক্লগ গাড়ি গ্রোং গ্রোং থৌদোক্খি।

" মেম্ম ঙৈহাক্তা পোৎথাগে হায়রগ কনানো হৌজিক্ পুংস্থ থেংলম্লগনি। পুং ১১:৫০ চপ চান তারে। গাড়ি থৌখিবদুবু।

নচা বীমোন্নি মমাংগী ইনম্ম হোস্পিতান্ ফাওবদং থিন্বীয়ু হায়ন চৎখ্রীবনিম।

"ঐখোয়গী গাড়ি নত্রবদি গাড়ি ব্রায়ক্ষম্ ইঁরে লৈতাবরা।

"নচা নুপাসিন হোয় হায়ব য়াম্ন ফৈয়ে। অদুননি অন অয়েক্ য়াওরবনিন পিদ্রবস্থ ফজদবা মীব্রা ঙাংনদৌরিবনী তুম্থাবীরো।

"মীৎসে উইসিন্ব য়ারোইদৌরি থোংগাল্দুদি হাংলগ হেক্ থম্বস্থ নুংঙাইতে থিংজিন্লুও নঙবো।

হোয় হোয় থিংজিন্লুরগে।

" ঙাইহাক্ তুমিন্ লৈরুরগ মপান্দগী কৌরক্ই।

ইয়াম্ব ইয়াম্ব গেৎ অমুক্ত হাংদোক্পিয়ু তামোগী গাড়ি অমুক্ত ইন্সিন্জরক্কে। চৎচরুব খরা থেংখ্রে, সোইদন অহন্ন চৈরব সোইদ্রে ঐ।

"কনানো গেৎ হাংউ হায়রিবসিন।

“ঐনে ঐনে রোযেন্নে। ঙসাই ঐন ইয়াম্বদগী গাড়ি লৌহৌবনি ইমান্নবগী পাও অথুব অমগী চৎচরুব খরা থেংখ্রে। ইয়াম্বনদি থেংলসু য়ৌরক্উ হায়বগী লাক্চরীবা ঐনে।

“নঙগী নয়াম্বদি অনাব অমগী চৎখী, ইনে হাংলগে হাংলগে।

“নখোয়গী মরক্সিদা লৈজনিংদ্রে খাঙব ঙম্গনি থাজদ্রে, ঐন সাওরক্তুন গাড়ি সিংসে মৈ থাদোক্লগনি।

গাড়ি উগনিকো। ঙাইহাক্তা পোৎথাব ব্বারে হায়রম্মী, মীকুপ্ অমত নুংঙাইন মংতম্ব ফংদে। অফব মংদি অমুক্ তুম্থাগনু অদুগ মকু মং মংলবদি অমুক্ তুম্থদুনা মং অমুক্ নিবীয়ু হায়রি।

“ হায়হৈদেদা কৈনো পাঙাঙত ঙাংবীরীবসিবো। ঐখোয় কয়াম্ কুইন হিংখিগদগে কলিসিদবু।

হৈরাংলিঙেদ য়ুরাংলি কার পুখিবসু অমুক্ হন্লক্ই,
তিৎ তিৎ তিৎ খোংলক্ই।”

ইবোতোম্বীগী নুপী মেম্ম পাখৎতুন গেৎ ফাওব সোৎ সোৎ চৎখীদুন গেৎ হাংদোক্ই।

“নপান সাউবন তুম্ব য়াদে সাউব মৈ হৌরবনি। তিৎ তিৎ খোংদ্রবদি য়ুম্দবু থৌজিন্লক্প য়দ্রা। তুমিন্ন চংউ অহন্সি ঙসিদি য়াম্ন ব্বারে ঙাইহাক্ত পোৎথাগে হায়জরীবনি ঈসৌদি ঐঙোন্দ।

“বীমোন্ তপ্ন চংদুন মাগী কাদ চঙখিবদ মঙাইরি তেলিফোন্ ক্রিং ক্রিং অমুক্ খিংলক্ই।

“সোম্দা হিদাক্ কাপ্পসিদা খরা হন্খরে ডাক্তরন য়ুম্দ পুব য়াননি হায়দুনা ফোন্ তৌখো হায়ন ফোন্ তৌখিবনি।

“মমান কনানো ফোন্ অমুক্ লাক্লিসিন।

মমান ফোন্দো পায়খি।

“হলো উম্ লৈরে য়ৌবতা ঙাইরি।

ডাক্তরন করি হায়রব।

“চংলো হায়য়ে গাড়ি অমুক্ত লাক্পিয়ো পংব ব্বাননি। ঐনদি নোংঙান্ব ফাওব লৈনব হায়নবনি অদুবু হোস্পিতান্দ লৈবদু মমাদু

য়াম্‌ন হৈনদ্রে, য়ুম্‌দ চৎলসি হায়রে, অদুন ঐবু অমুক্ত লৌবীরো লাউ হায়জরনি।

"হৌজিক্‌সি পুং কয়া তারে। নোংঙান্‌দৌরেনে।

" ইমা গেৎ অসি অমুক্তা লোন্‌বীগেরা?

"ঙম্‌লরোই গেটতো সাবাক্ ফাক্‌তুন থম্‌লু।

ঐবু নখোয়গী মিনাইরা? অমুক্ চৎলি অমমুক্ লাক্‌ই করিনো ঙসিসিবো? নপান সাওবন অমুক্‌তোইবা মীৎ কক্‌ল অমা হেক্ তুম্‌ব ফংদে। সালং কাক্ য়াহিপ্‌তা লৈরে।

"সিবু ঐনরা? মী নারক্‌লবদুদ চৎতব য়াদদুন মখোয়সু নুংঙাইন লৈব পাম্‌লিবনি মীবু নুংসিব তম্‌মু ইমা।

'য়ে ইমাসে ফৎতন নৌরব ঐখোয় তুম্‌ব কায়ব অব্রাব পুম্‌নমক্ অসিগী মথক্ত পুক্ ফৎতব মীনুংসি খংদব সাওনব ঐন হায়রিদি লৈকায়সিদ নঙ নৎত্রবদি ব্রাইফম্ গাড়ি লৈত্রব্রা? হায়মী অমা তৌনি চেন্‌নৈ। নঙগী অতা তাই তারব মতম্‌দন কন লৈবীরগে তুমিং ফাওব পাইরক্‌লোই খংজৌ।

"মেম্‌ম নোংঙান্‌গদৌরে ঙৈহাক্তং তুম্‌থিসি লাক্‌ও কৈদৌরিগে। নুমিৎন নন্‌লগনি ইসাসি নুমিৎ থেংলে হায়দুন হৌদোক্‌কনুকো।

"ঙাইহাক্তং তুম্‌থাবগ বীমোন্ গাড়ি অমুক্ থৌজিন্‌লক্‌ই।থোং গেট লোন্‌সিন্‌লম্‌লগ মাগী কাদ তুম্‌ব চংখ্রে।"

অমম্ অঙান্ সিনব মতম্‌দা মমাঙগী জামুন কোন্‌থোংদ লেপ্‌লগ হো ইনম্‌ম হো ইনমম কৌরক্‌ই। মেম্‌ম নখোইবু য়াহৌদ্রিব্রা? থোং গেট অমুক্ত হাংদোক্‌উ।

"মেম্‌ম গেটকী সো পুদুন থোরক্‌ই গেট হাংই।

করি তৌরে অয়ুক্ ঙন্‌তা লাক্‌লিসিন?

ইনম্‌ম ঐগী ইচা অতোন্‌বদো নুপী অমা পুদুন লাক্‌ই। পুং ৮ গী অদু ব্রাইদ পাও হাইদোক্‌প চৎপদু ইবুংঙো অয়ুক্ত য়াওবীয়ু হায়জগে লাক্‌লিব। অদুগা ব্রা অমন ইনম্‌ম খোয়গী গাড়িদো য়ারগদি অমুক্ত ব্রাইজগে।

" নুপী ময়ুম্ন কয়াম্ থাপ্পগে।

" লম্দো হৈকক্ মপান্দদি লম্বু লাপ্খ্রেনে।

লম্বু থাপ্পী হৈকক্ মপান্দি।"

থাপ্পী থাপ্পী লাইন তম্বনী থাপ্খ্রাব লম্ অমদগী লৌরুরীব লম্ লাপ্পনিন ইখুংঙোদু খরা ঙন্লপ্ লেঙ্নব থৌরাং তৌবীয়ু হায়জব লাক্ইব ইনম্ম।

"গাড়ি কনান থৌবিদৌরীবনো?

ঐখোয়গীদি দ্রাইভরস্থ লৈতে। ইচান হেক্ হেক্ থৌরুবনি। অহিংদ হোসপিতান্দ পুখংলুবগী তুম্থাবত মঙাইরি অহিং চুপ্প থৌদুন লৈখিবনা য়ারক্কদৌববু মান্দেনে।

"গাড়ি থৌবগীদি ঐগীস্থ হৈব লৈয়ে ঐগী ইচানুপাদো লাক্হন্গে ইনম্ম।

থৌহন্জগে তাদদো খরা ঙন্না ইরু সাদেংনব থৌরাং তৌবিয়ু হাইবীয়ু।

" জমুন চৎখ্রে মেম্মন মপুরোইববু হৌদোক্ই।

হো তারিবা মপা?

"মেম্মা কৈদৌরে থরাই লাক্পিদৌন কৌরিসিন। ঐবু ঙাইহাক্ত তুম্থাখিগে হায়বমি"

ঐন হেন্ন তুমহন্নিংলিবনী অহিংসু নিংথি নুংঙাইন তুমদ্রে।

" অদুদ করি অমুক্ হায়দৌরীব।

"মমাঙগী জমুনাদো মচা নুপ অতোন্বদুগী নুপী অমা চেন্লক্লে। নুপী ময়ুম্দ পাও হায়দোক্পদু অমুক্ত য়াওবীদব য়াদে হায়রম্ইবা।

"ঙসি নম্রবদি মখোয়গী নুপী চেন্ব য়াদ্রে হায়ব্রাও লম্দি কৈদাগিনো"

"হো হৈকক্ মপান্দগী নেম্নে।

এ অদুক্ য়াম্ন থাপ্পদুদ গাড়িদি কনাগী গাড়িদ চৎকনি হায়। কনাগী ওইনি হায়গে। ঐখোয়গী গাড়িনিদন।"

"মচা নুপাদুবু থৌবীয়ু য়াগদ্রনে ঙরাংস্থ থেংন হন্লক্ই।

"মখোয়গী মচা অহৈবদুন থৌরসু য়াই হায়বনী লৌব লাক্অনি। লোইসিন্বীরো। হায়বিম্মক্তদ মচা য়াইম্দি লাক্পু লাক্য়ে।

"ইবুংঙো নং লাকলব্রা ফম্মু ফম্মু [illegible] সাদেং লুখিগে"

"এ ঙাইগে য়ানি খুরা ইবুংঙো,

" অহন্দি কন কন য়াওরি, মখোয়দি লোইহৌরব্রা।

খুরা কুলপ্ ইপন্ থানিল্গ মখোয়সু লম্ লাপ্লবানিন খরা ঙন্‌ন চৎসি হায়রম্মী।

"ইপা ইপুগী ব্রা লৈরে চহি যাংখৈ থবক্ যাংখৈ। চহি হুম্ফু থবক্ হায়বদো হেক্ চুম্মীদো, ইবোতোম্বী মুরুম্ মরুম্ সোল্লক্ই।

"রিং লাক্ই

" হায মেম্ম কনাগী ফোন্নো অমক্ত পায়রুদন ঐ অমুক্ত চৎনব থৌরাং লোইসিন্গে।

"হো লোয়সিন্বীরো লোয়সিন্বীরো? ঐ পায়রুগে, মেম্ম ফোন্দু পায়দুন, হালো কনানো? ব্রারী সান্নরুরগা খোইদৌ ইসাও সাউদুন লৈথোক্লক্পদ হংলক্ই। চিন্বন মতম্সিদ কনানো অমুক্ ফোন্ তৌবক্লিবসিন?

"গৌহাতিদ অনাব লাযযেংব চৎখিব, অনাবগী। মমাদ ব্রারী সান্নদব য়াদব ব্রা অমা লৈরে ? মমাদো অমুক্ত কৌবীয়ু হায়বিয়ে।

" ফোন্ করাক থম্নিংদরেদ

" থবক্ ময়াম্সিন পুন্লগ চহি সাগৎলীবনী। মপা

" কম্দৌনি সীদি মীকুপ্ অমফাও হাংবগী মতম্ লৈত্রেন।

"অঙাং ওইরিঙৈ মতম্ কয়াম্ হৌখরে।

" চহি নিফুগী মনুংদ লল্ তাল্হৌব মতম্নি।

## চিনী চাব

তোম্ব কবো চৎলি। এম্: এস: তি: তোংদুন লুপা ৪০ খক্তনি চাক্ চাই পলেন্দ বস মনুংদ ঐখোয় অনি থংনন ফম্বই। তোম্ব অমসু মোহোন্সিংগ কৈথেন্দ চানিংব পোৎ লৈরবনিন অতৈ অমুক্ কৈথেন্দগী লৈরারোই। উইরি উইরি তোংদুন লোক্চাও য়ৌব খঙদে, হায়গৎলক্ই। অসুম্ন মোরে কুন্দোং লাইরেম্বী লাই থৌনিজে। অমন্ব থোংদ এক্সিডেন্ অমা য়াওখি। কনানো কনানো ফোরেস গেৎতাগী মপান্ থোক্প মতম্দ নংহৌদব অমা মনিং কৈরাক্ত য়ান্বাদ।অঙম্বী খৌথাব মতম্দ থোংদু তেক্লগ লৈরম্লে কনান থৌথখিবাদ অসোম্গী লৈরাইদ দং লাওন য়েসিন্দুন খাং লেপ্ লেপ্খি মতম্দো নুমিদাংগী, পুং ৯ চপ্ চান। অসোক্প ময়াম্দু ঈথোক্পসু য়াওরে খুডৈ তৎপসু য়াওরে। থোং য়াবরা য়েংউ য়ারে, থোংনাও থুগাইদুন থোক্নরে।

অনাব অসোক্প ময়াম্দু গাড়ি চুম্ন লৈরবনিন হিদাক্ লৈব চৎসি থোক্খিব মতম্দ ঈসিংগী মীদুদি সিরে। সিরে সিরে!

" মহাক্ মফম্ অদুদ অদুম্ সিব য়াবনী অদুবু অকন্ব মীসিংন মাবু কন্বীরে। ডাক্তরদ পুদুন লাইয়েংখ্রে।

"বস মনুংদ রেডিও অমা খোংবদ নুংসিব ঈসৈ কয়া থাদুন তাব ফংহৌই। তেরে মন্কে জমুন থা"।

"নোংঙানলগ হিদাক্ তৈব খোংতেক্প খুৎতেক্প খর খর য়াংলে। নুমিৎনদি য়াংলক্ মাগী মাগী মথৌগী সন কৈথেন্ চৎনব হৌখ্রে। হোতেন্দ চংলগ চা থক্সি হায়দুন চা থক্লিঙেদ তোম্ব মোহোন্ সেল্ কাইহৌসি হায়ন কাইনব মতম ভাতা কয়ানো হংই লুপা ৫নি হায়দুন দুকান্ অমদ সেল্ কাইরে। কবোগী সেল্ ওন্থোক্লে।তুরেল্ মপান্দ লৈবী জুব্রার অসিদ দাও য়েংবদ লুপা তরাদং কংলসি হায়ন য়েংবদ ক্লাক্ত থাবদ ফাওদ্রে। তোমান্সু কাবো য়ৌনব চংলি খংনব য়ুম্ অমা লৈরম্ই। মাংগোন্দ চা কিতলি অমা পিক্ থন্ন হাপ্লগ গিলাস পাইদুন চাঙাং ওইন থক্প অসি কবোগী চংনবীনী। য়ুম্বু অদুদ হংলি হায় লৈবরা?

ইউরিয়াবুনী সাপলাই থুংলবত মঙাইরি লৌব য়ানি।

"লম্ খরা য়েংউখিসে হায়ন হায়ন য়াইম তোমান্ য়ারক্ই। লোন্ খংব নুপা অমগ চংমিন্নসিদন। মফম্ অদু কোনুং অমন্বীনী গেটু য়েংবদ য়াম্ন ফাজে। ইনাও য়ারী খরা পীয়ো তাগে। কম্দৌন য়েক্লিব সক্তম্ অসিমক্ থোক্খিব্রা। উম্ থোক্খি।

কবোদ লাইরব অহন্ ওইব হনুব হনুবী অসিগী মচা লৈতে, হনুব হনুবী অসিন নোংমগী চাব সুব য়ারদুন লাই নিংব হৌরক্ই। লাই থজব মতম্নী য়ারী তাববু য়ামন নুংসিরে। লাইরব হাইব অসি নোংমগী থবক্ সুব চংপ ঙা ফাব ঙম্দরে। হানুবীন হায়রে। হায় নুপা খোং চোংলদি চিন্ চোংপনি হনুবন খুদেংদ ঈসিং থন্ন হাপ্লগ খোং চোংহল্লে। মতম্ অদুদ হনুবান চিন্দি চোংতন খোংতমক্ চোংলী। ফম্লগে খোং ঈসিং চোংপদ নংতেব, থবক্ সুরুবনি।

ইচা লৈদন ইচাগী মপান্ চানি হায়রসু মমিংত মচা অমা উদরে। লৈকায়গী কুমৈ য়েংব চংপসু থোং লোন্লগ সো লোন্দুন চংলীবনি। সন কৈথেন্ চংপসু পা-পী অনি পুন্ন চংমিন্নৈ। হনুবী হনুব সুকথ থানদে।

"লাইন তাইবঙ নখোয় অনিন পাম্ব অমা হায়রো।

" হনুবীন হিংগিইঙে মতম্দা চানব সন লুপা পীবীয়ু।

" লাইনা হায় অহিং তাংলৌ, মিচিক্ মীরোওখোন্ তাদ্রব মতম্দ ঐগী নাক্তা লাও।

"হনুবীন হংলি কদাইদ লৈবরা মকম্ তাক্পিয়ু।

লাইন হায়য়ে কোনুং অমন্বগী য়ুম্বী অসিগী মথক্ত লাই ঐগী নোংমগী পোৎথ মফম্নী ঐন কোংব লম্য়েংবা চংখোক্ত্রিংঙে, সন পিরগে লাক্উ। তাইবঙ কন খংহন্গনু অহিংদনিকো।

"হনুবী হনুব চাক্ঙন্ চারগ হিরি কোন্ন তুম্খ্রু তান্খ্রে। কাইন য়েন্ন খোংদ্রিইঙে, খুনুন পাওকুং পাওকুং খোংদ্রিইঙে। হনুবীগ হনুবগ ফুক্ হৌগংলী। হনুব নফি সেংলু থেংখ্রানি, লাইন সাওরনি চংলসি হায়ন কোনুং অমন্বীগী কোন্থোংদ য়ৌনব লাক্ই। লাইন পিলর সনগী য়ুম্বীগী মতোন্দ নুমিৎকী মঙান্ন ঙান্ন অহিং অদুদ লৈরম্ই। হনুবী হানুব অনিনা কবোগী লাই অসিদি পিনবীয়ু হেকত পিরেদন। ইনুং সোর ঙান্দ্রিঙে সন লৌব চংলী হনুবী খ্বাংচেৎ সেংলি। হনুব কিসি সেংলি সনগী য়ুম্বীদ কাবকউ হায়ন লাই ঐ কুম্ব য়াদে। নখোয় অনি কারক্উ তাইবং। কন খংহন্গনু নখোয অনিত লাও সন পিগনী হায়খিবনী।

" লাই সন পিনব মঙোন্দ লোইনন সন পাইদুন লৈ। ইনুং সোর ঙান্খ্রদি সন পিরোই।

হনুবীগ হনুবাগ পাংগন্ থৌন পুথোক্তুন সনাগী য়ুম্বীদ কাব হৌরে। কার নান্থ কার নান্থ, অহিং মতম্দো অসুম্ অসুম্ চংখিদুন কায়ন য়েন্ খোংলক্ই। মীখোন্ তারক্ই। ব্রাবনসু অমুক্ লোইরে। হনুবী হনুব কম্দৌনি নোং ঙান্বন হান্খ্রনি।

মীখোন্ তাই হায়নরিঙে মতম্দ কুন্ত অনি লাক্ই হনুবী হনুব অনিসি কার নন্থে, কার নন্থে। চংখ্রো চংলু হনুবী হনুব নখোযবু ভাই ঐ অনিন মুনল্সি চংলক্ই।

কুন্দ অনিদ মপোৎ নংতবনিন, কাব ঙম্খিদে সনাগী য়ুম্বীদো নান্পন কাগনী খন্বদো ঙম্খিদরে।

য়াইম তোমান্ কুম্মৈ অমা লৈরে। কবোদ অদুদুম্ হান্ন য়েংলুসি হায়ন অদুম্ চৎলি। কবোগী কুম্মৈ য়েংদুন লৈরুব অদুগী থোক্লক্প মতম্দ য়ুব্রার সান্নব কাংবু অমন চিনি চাব ঙম্গদর মী পাম্জে।

লুপা ৫০০ লৈরে চিনি চাব ঙম্বদ লুপা চাম্ঙাগী চিনি মসিংন মতুম্ অসি চাম্মনি। য়াইম তোমান্ মিৎচি খৎনৈ নং চৎখো য়াইম লৈহৌই।

" য়াইম মমাই অদু খর চম্লক্ তৌই।

"তোমান্ন মমাই সিং নাননি ফাইবোক্নী।

" মুন্ন য়েংদ্রবদি মান্নবদ পাকানি।

য়াইম কবোগী সেন্ থান্নরিব কাংবুদ হায় । চিনি চাব মী লৈরে। চিনি লৌরসি। য়ুম্ অমগী য়ামন নান্ব কা অমদ চিনি থম্খ্রে। ময়াম্ ইকোই কোইন ফম্দুনা য়েংব য়াননব ফম্নখ্রে ঙাইহাক্ অদুদ।

"সোম্দ য়াইম তোমান্ ব্রাতানৈ।

" য়াইম সক্ উৎলী। চিনি চাবা মী ঐনি।

য়াইম তোমান্ করম্ন সিন্নগদব। য়াইম ঐন সেৎলীব ফৈজোম্ পুম্য়াৎ কোক্য়েৎ অসি চপ্ মান্নন সেৎকদবনী। অদুগ নংন মরুম্দ লৈগদবনি ইবানি সক্ উনব য়াদে। হোরেন্ ঐন চাব ঙম্দ্রগ মপান্ থোক্লক্কনি। মতম্ অদুদ ঐন খ্বাং হায়রপ্ ঐন লাক্প মতৌদো তম্দুন চৎকদবনী ব্রামাং য়ান্নখ্রে (চুপ্) ব্রা ঙাংনদবী।

"চংব চংব কবো মরোন্ লোন্নৈ চিনি চাব মী লাক্এ।

য়াইম লাই কন্না নীংব সাই।

কবোগী সেন্ পাইবা মী ফম্দুন লৈখ্রে।

য়াইম চিনি চাব হৌখ্রে।"

য়াইমান হায়য়ে চিনি চাব মতম্দ মপান্ থোক্প য়াগদরা হায়ন ময়াম্দ হায়ব মতমদ"

"কবো ময়াম্ন য়াই হায়খরে।

"য়াইম চিনি চাব তংখাই চন্খ্রে।"

ঙাংনরক্ই ইসেন চিনি চাখিনীবো, মখুৎ অনি সিননা নম্ব মানন চিনি চাব অসি কবো ময়াম্দু চাখিনীবো ইসেন ইবাইতোন্ লুপা ৫০০ নিদ ইরাই লাইন মৈতে মচাসি ঙক্ইহে।

"য়াইম তিংলী য়াংলি নোম্লী মসাদু।

কবো ময়াম্না ব্রারসু মপান্ থোক্প য়ানি। তাক্পিরে খর চাখো চাব য়েংবসু নুংঙাই চাই ফজন চিনি মতুম্ ৭০ রোম্ চাখ্রে। মখোল্সু হৌনাচাবনি

"সোম্দ তোমান্ দুকান্গী কারক্ত তুমিন ফম্লি।

য়াইম কোন্লপ্ মপান্ থোক্লক্ই।

মিৎচিন হায়ফেৎ য়েংলগ উইন্লি।"

তোমান্ য়াইম চপ্ মান্নন চংখিদুন কবো মীয়াম্ মমাংদ চিনি লৌরগ মাসু নিংগাংন ফম্লগ চাব হৌখ্রে। চোপ্ চোপ্ চাব মন্নৈ। চিনি খাজিক্ত মঙাইরে।

" কবো মীয়াম্ন ঙাংনৈ লোইদৌরে।

"লুপা ৫০০ লৌখ্রানি, কবো পুম্নিল্ লিন্লি তোমান্ চিনি চাব লোইরে। পৈস পিরো লুপা ৫০০ লৌদুন থোক্লক্ই কবো মীয়াম্ন ঙক্পাদ খম্ থেংখ্রে। চিনি চাব অসিদি য়ামন ঙক্লে মপুক্ মচা অসিন করম্ন চিনি ময়াম্ চাবনো হাইনৈ।

য়াইম তোমান্ সান্নব রোন্ অদুন ঙম্বনি। ফাইবোক্নী চাসু চাব সেলসু লৌব ঙম্ব মখোয়দ পিদ্দিকো। পিগনি হায়্ন য়েক্ জোবান্ তৌখ্রবনি। ঐনি য়াই হায়্ন ঙাংন ঙাংন কায়নখি ময়াম্দু।

" চপ্ মান্নব মাইথোংনি মান্নমন্বগী সান্নব রোন্নি

ফিজেৎ চপ্ মান্নৈ ব্রাংব মান্নৈ কোক্য়েৎ মান্নৈ।

য়েংবদ খেৎনব লৈতব অনীনী, অঙম্বন মন লৌব মসান তাবনী।

# সংসার অমা

নুমিৎ অমখক্ খংহৌদন লাক্খিবনি মুন্নব উরে তন্ন তান্নদুন, ঐগী মোবাইন্নী হায়্ন লৌরুবনি। অদুসু নুংঙাইতন লৈহৌরে অনিদো, হন্দতি মফম্ মপা খংদবসিদ ঐগী কোক্সি খুদক্ অদুদ মৌসু অমা চেন্লক্‌ই। ফাগিদৌন।

"হালো মৌদি
করি হায়্নি মপাম্দ থিন্লুরসি ওক্তোদ
ঐগী ওক্তোসু য়াওসির
হোয় ওক্তোদ হেক্ত চৎলসি"

লৈকাইগী লৈসাবী অমা অনিগ, ইমাখোইগ অচাপোৎ লফোই চং, পোৎলম্ লাংবসু চং সি চং তাব ওইন ইমান হায়্রিব, মৌগী ফিরোন্ হোংগনিসু হায়রি। লৈদুন পুরক্লে তর চাক্ পিজরে পুং ৫ রোম্ তাবদ ওক্তো তোংদুন ইম্ফাল্ তম্ন থৌরক্খি।

"হালো করিদৌরি।

থম্মোয় কায়রে মমাদো হাও নিঙোন্নি, ঐগ মোং চান্দৌব মান্দে।

নচা নুপান পাম্ন লৌরিবনী।
য়েক্ মসেন্ ত্তিননাদব পু পাং সুবদি পাম্লি,
লাইরক্ন সুম্তৌব,
লুহোংবদি নোংমৈগী ফাইরেন্দ হোংলসি হায়ন মবেন্বোক্ন

হায়রক্‌ই। মেত্রিক্‌তংদি থাহন্‌খিগে। হায়্‌হৌবনিম ঐসু অমুক্ ফৈয়ে অপাম্‌বাদ হেক্ত চৎমিন্‌নসিম হায়ন হায়ন থা অমা ফার্দ্রিঙৈদ অমুক্ চেন্‌লক্‌লে। পাও হন্‌ব হেন্ সেক্‌ত হন্‌লে, ইপন্ লাক্‌ই নপাদি কদাই চৎখি হংবদ। মনেম্ সাবীনা মৌ অমুক্ লাক্‌ই। হায়ন, চা পুথোক্‌লক্‌ই মৌদো কদাইদগীনো হংবদ ইমফাল্‌দগনি খুম্‌লক্‌ই। চা থক্‌খিসি মোরাদ ঙাইহক্ ফম্‌বীয়ু। তঙক্ তঙক্ লেপ্‌খি মপন্”

“য়ারে ফম্‌দ্রসু মপাবুনি।”
“ঙাইহাক্ত ফম্‌খো চা থক্‌খিসি।
পুং ফারক্‌প মতম্‌দ
মৌন চা পুথোক্‌লগ পিরে।
অহুম্ লক্ চেন্ লক্‌লিব ইপন্।
নংদি কৈদাগিনো,
ঐ ইম্‌ফাল্‌দগীনী
পরপ্ পরপ্ চংখি মনেম্‌দা হায়, কদৌঙৈগী মৌনো সিবো।”
“ইপন্ ঙরাং অমুক্ চেন্‌লক্‌ইব অহুম্‌লক্ সুরেদন।
মোৎ কাই চান্‌নদে।”

ইপা ইপুগী ৱানি অহুম্‌লক্ চেন্‌লবদি; লুহোংবীরসে, মোবাইন্‌গী ৱানি।

তু থাওজন্ মিলেন্ কী মতুং ইকং নংলব কুম্ মৈখুগ লৈপাক্ ওইব লম্‌দম্। কালেন্‌গী মৈসালক্ত তয়ার মৈ থাগদবগী পুন্‌লিব পুংদি নুমিদাংগী পুং ১১ তাখ্রে। ঙাইহক্‌তংদি তুম্‌থনব হোৎনব অরাইব থবক্তি নত্তে। মহৌস লাইরেম্‌বীগী খুৎসেম্‌বু মীওইবগী খুৎসেম্‌ন মাইথীবা পীনিংবগী মহৈ সোয়দে নোংমদি। হিপ্‌ন হিপ্‌ন তেবন্‌দগী মৈখেৎতু লৌখৎলদুন উচান্ মৈর খুৎ য়েৎ ওইন চুখৎলি। মৈনম্‌সু চুখৎলি কেন্দন্ পাইরগ ঘড়িদ য়েংবদদি পুং ২ তারম্‌লে। ফন থেংলম্‌লে। ঐন পুক্‌নিংদ থন্‌খিবদুগ চপ্ হেক্ চায় অসাব খাঙনরম্‌বগী খোন্‌জেন্

তাখিদরে। উন্ ব্রাইমুক্ চিক্ নোংয়াই মতুং পুং ২ তাখারে তায়ার মৈ থাহৌরগে, মৈঙাল্ লাক্লগ চিনফু মাইতেংলি। তয়ার মৈ তুম্লগনি। তল্ চা থক্লুখিগে হোতেন্দ থোক্লক্ই।

রিক্সো কোবী বোরা ইন্দুন ব্রা ঙাংগুম্ মিখোন্ তাই মরি মরি লাক্ই, অঙন্ব বস থেংনহৌনব খোংথাং কন্খৎন ইলি রিক্সো।

গেরানী ময়োম্ অমগা খুৎত, ময়োম্ খাও অমন কোক্ত পন্থৌসিদ খর হাপ্পু হাপ্তুন সন কৈথেল্দা ইন্বিরে।

বস থৌরক্ই লৈমরেমবীনি ঙাইখো নাগ মপান্নি পোৎ মাখে পুন্ন হাপ্পু সিন পোস্ ওফিস্নী পোৎ পুন্ন হাপ্পু। হাও কৈথেন্নী পোৎ মখৈ পুন্ন পুন্ন হাপ্তুন থৌখ্রে। .

চংসিন্লক্তুন হোতেন্দ চা তন্ চানৈ। পান্থৌন পুন্ন পৈস পিবম্মী ময়াম্দগী য়ায়মবীন, হো নুপ করিগীনো নংন পৈস পীরিব, নোংমত পৈস পিনিংদব মীত ঙাক্তনী মখোয়সে নং মাংগনিকো।

মৈজাও মথন্ত চৎতবদি য়াদবনি ওক্তো থৌন থৌন খরাই পুরগ ওক্তো থৌরক্ই বস পারকিংদ খাম্খি খরাইসি ইম্ফান্দ পুবীখো, গাড়ি মনুংদ হাপ্লসি হায়দুন হাপ্কৎখারে। মতুংদ চা থক্নব হোতেন্দ চংলি।

“হালো
ঐগী মোবাইন্ য়াওদরে
হা:
ঐন গাড়ি থৌরিঙৈদ ওইনী
লাক্ও চা তন্ পিয়ো
পুক্নিং নুংঙাইতে
হালো হংখিসি
মফম্ খংদব্রনি”

নহল্ মখৈদি হেক্ হেক্ ফংখি। নোংমসু ফুরিংখোওদগী চোংথারগ

ইম্ফান্দ তাবনিম, হন্‌ন য়েংলক্‌পদ রিকসো থৌব মখোই অনিন মুন্‌নব হেক্ উই।

হন্‌দক্মুক্ চেন্‌লবদি থাংন অনিমক্ য়ানদুন হাৎকনি। অসাওবন মাংদ থম্ নচাসু ব্রারক্উ ইচানুপাসু হন্‌দক্মুক্তি হাৎকনি।

"ইবেন্‌বোক্‌ন ফিরোই সিদং লোইরগ,
মচেম্‌ন ইনাও হন্‌দক্ চেন্‌খ্রো অরোইব ওইন।
পারি পুরি য়োংলৈ মেন্‌লৈনি।
চাদ সিন্‌ন চাখোম্চাওদুনী মেম্ম।

অরেপ্প লৈতব অঙাং অনিগী মখোৎ কারক্পগী লাই তিন্ কিদব মতম্‌নী। মম মপাগী ব্রাসু তাই নংবু নথিবোংদি লাইরম্দ। নবুক্ থন্‌লোই অদুন নবুক্ থন্‌নব কম্পুতর ট্রেনিং চৎলুখো চহি অমদ তম্হৌখো, হোয় হায়দুন মচাগ মপাগ য়ান্‌নরগ, ইম্ফান্দ কম্পুটর ট্রেনিং চৎলি। থা মরি সুরক্প মতম্দ য়ুম্দ অমুক্ লাক্ই, কম্পুটর লৈবীরো, দুকান্ অমা সন্‌দুন থবক্ হৌরগে হায়রি, লুপা লিসিং য়াংখৈ মুক্ থাদগে।

"মপান লুপ কয়ান য়ানি
লুপ লিসিং য়াংখৈমুক্‌ন হৌসি তানৈ।
অদুন য়ারদরা
হোয় হৌরসি।"

নোংম নোংম হৌখিদুন চহি অমা হৌখরে। ফিরোই লোইখ্রে, মচেম্‌ন ইনাও মেম্ম নংবু মেট্রিক্সু লোয়দরে, বাবা ইমাগী থৌরাংসি অকক্‌নব মতম্ লৈতে। অদুন নংন য়ুম্পান্ লম্বীদ খোংদারবনিন নং চেন্‌খারোম্নি"

"ফোন্ নম্বর পিখি
তামো ঐ সিদ লৈরে থুন লাও"
"ফোন্ নম্বরগী মতুংদ চৎনদুন থেংনৈ।
পুন্‌ন লাক্খি সিববুদি হিংনব হোৎনসি।

বাবাগী অসাওবদু নোংম নোংম হৌখিদুন
মরাইন কাওজখিনী ঐসু মচা নিপ অমনি হায়বনি। ঐগী অহান্ব চাত্রদি নিপ সিদ লৈবনী অদুবু ঐগী খুৎত ঙাক্ত লৈতাব য়েক্নী হৌখিবন হৌখরে হায়খিবন হায়খারে থক্ত তিন্ সিংকৎলগ মাইদ তাই অচুম্বনী। হৌজিক্ লুহোংবীদব য়াদে অহুম্লক্ চেন্লবনীন, হাৎপগী মহুৎত ময়ুম্ পান্নব লম্বী সেম্বীরগে। লুহোংব নুমিৎপু খাওয়ৈ কৌই খুদক্ত লুহোংববু নুমিৎ অকোয়ব থাবন্ য়েংদুন নুপী ময়ুম্ অমা সেম্ নুপ ময়ুম্ন মসাগীদো ওইদুন।

লৈকাইগী চৎনবীদ মতুং ইন্দুন ইসৈ সক্পী পুংয়ৈব হায়দুন লুহোংবীরে। বেন্ মাইয়েক্ য়াওন। নিংবদি কাইরে। ইচাগী মনিংদি থুংজরে। লুপা লিসিং ২০ চংন মী নেক্তুন লুহোংবী।

সোম্দ - ইচানুপীগী দান্ পিব ঙম্দ্রে মপ মমাদো,
"আউন্পোৎ পিদরে মম মপ লৈন লৈন।
নোংম হেক্
কাইরক্কনী সাগৈগী দান্ ফংলক্তবী ঐ
" পুন্সি লৈপুন্ ফংদবী ইমাগী
খুরুম্খি সনামহি উমানহা চিংচারোইবীদা পুন্ন"।

অহান্ব নিংবগী নিপাবুদি লুহোংদুন কুন্দো পরেং হুক্প ফংজরে। সনামহি উমানহা চিংচারোইবীদা পুন্সি চারি মপান্ থান। পান্ব পিনবীয়ু থৌনিজৈ। মীকুপ্ত ইমা পাব কৌব ফংলরোইদ্রা। পিগী ইহৌ সাগৎলী। লৈতে অউন্পোৎ সন লুপ কোন্লিক্ লৈকায়গী মিনোক্সু তারক্কনী খন্লুবদ তুম্ব য়াদে। সংসার অসিদ ঐমুক্ তোন্ব কন লৈরিগদব সিরগদব পুন্সিবুদি হিংবন ফৈ খন্দুন লাক্প পুন্সি অমা ওইরি।

## ভিলেজ চৌকিদার

ইখুন্‌সিদ লাইগী মথংদ পান্‌ব মীগী নিংথৌনী। নিংথৌদুগী মখাদ লৈকায় মরি খাইদোক্‌লি, খুন্‌দুবু ঙাক্‌নব ভিলেজ চৌকিদার অম লৈ। মথক্‌ত মেম্‌ভর অমসু লৈরম্‌ই চৌকিদারগী মতম্‌সু লৈইরক্‌ই।

ইনুং হেক্‌ ঙান্‌বগ লৈকাইগী ব্রাথোক্‌ অসি চৌকীদারন পুব মতম্‌নী নানৈব ফৈজোম্‌ অম সেৎ কোক্‌সেৎ অম কোক্‌ত নিংথম্‌ থাগী মতম্‌নীন সম্‌তুগী ওভরকোট খুরায়্‌ য়ৌন চোন্‌ব অমা লিৎ, সিফাইগী বুৎচাও অম তোং মখুৎত লিচৈ মরু পান্‌ব অম পাই খুন্‌লক্‌ লৈরক্‌ত কোয়ন চৎলী,

লৈরক্‌ অম সৈসক্‌ অম

নোংম য়েন্‌ হুই হায়দুন য়ুম্‌দোম্‌পোক্‌ ওইন লৈব, য়ুম্‌গী মীগ লৈকাইগী মীগ খৎনৈ।

ভিলেজ চৌকিদার ইন্দ্রজিৎ সোরোক্‌ত চৎপাদ লাওনব তারে। কনাগী ময়ুম্‌নো খৎন চৈনরীবসিন হায়ন চংদুন ঙাইহাক্‌ য়েংই তুমিন্‌ন। খৎনরম্‌ব লৈকায় মীয়মদো ইন্দ্রাজিৎ চৌকিদার লাক্‌ এ। তাবাদ খৎন লাওনরম্‌ব য়েংবগী পারিংগী সেম্‌বাংদো মাবু কিবন তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈখারে।

ব্রা ঙাংদে পাইরক্‌ পাইখুদগী লৈকায়দুদ লাওনবগী খোন্‌ অব্রাওব তাব মতম্‌দ প্রপ্‌ প্রপ্‌ চঙলক্‌অগ পায়রিব লীচৈদুন সেৎ

সেৎহেক্ত ফুখি।

হায় কন কনানো হৌজিক্ত লাওনরম্ববদো মম্বিংন করি কৌব। নুপীর নুপার হায়মু। করি ব্রাহ্মৌদগীনো অচুম্ব অসেংব নত্রবদি ঐন পায়রিব লীচৈ থাও তৈবানী নায়াংলেনদু খোংদাই তাইবীগে হা। নম নপান ব্রারক্তবীগী মচাস ব্রারক্কে ঐন।

খুর কৌবান হায় মাম্ম কৌবন হায় ইপু কৌবন হায় ঐখোয় মতুংদ অমুক্ খৎনজররোই। খুনু খরং পাইরক্পাদ চেকল চাদি লাংখুনু উনারক্ত কে কু লোংখী।

ইচাগ ইমাক্ক ইসুগ নখোয়ন মতুং মানও অমুক্ তৌজররোই হায়রবনিন ঙসিদি য়েংবীরগে। হৌজিকপু ঐন থেংনরমদ্রবদি নখোয়বু ইমু নাইমু তরামগনী, ঐগী লিচৈ তুনান্বী মতিক্ মম্বাই খংলেদন, কদায কদায ব্রাকোংসেল্ পুথোরক্উ। থিন্থব য়াব নৎতে। অরৈব লুপ ১০-২০ পুথোক্তুন খুরুম্লগ কৎচৈ। ব্রাকোংসেল্ খর অসিন অবোইব ওইয়ু। নখোয় তুমিন্ তুমিন্ লৈনৌ। হায়রম্লগ চৎখ্রে।

খুংগং অমদ ভিলেজ চৌকিদার অমন ঙাক্ সেল্লিঙৈ মতম্নি। চৌকিদারগী ব্রাযেন্ অসি অসুক্কী মতিক্ চাওরম্ই। য়াম্ন চাও্দব কেস্সিংদি খুন্গী চৌকিদার মেম্বোরন ব্রায়েন্ বিচার তৌরগ লোইরম্ই। মতম্দুগী চৎনবী হায়্ববু কেস্ অমা সোলভ তৌবদ ফাইন্ ওইন লুপ ৫০ লৌরম্ই।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার মীজাও ওইবত নৎতন মপান্গন্সু য়াম্ন কন্ব মীতানি। মাবু হেক্ উবদ অকি তুজুংব পোক্ই। ব্রারক্ ব্রাতেম্ হৈবা মীনী খুন্ অমগী চৌকিদারনি হায়বদ থোইন নোপ্তব মীসক্নী মীপুম্ খুদিংমকন বাখান্ তৌব মীসক্নী। মাগুম্ব অনী লৈতে।

ইন্দ্রজিৎ চীন্গায়ব্রা অসি ওন্থোক্ন হৈখ্রাপোৎনী। মাগী নোংমগী ব্রাকোং সেন্ খরদং ফংনব হায়দুন লৈরক্ খুন্লক্ত কোয়ন চৎলীব মতম্নী ছুই ফাওব চিক্নরবদি চৌকিদারগী লিচৈ কিবন তোক্নরিবনি। অমারোমদ লৈকাইদুদ ছুইগী মপুসিংন ব্রাকোংসেন্ তিংগনি

কীনে।

চৌকিদার ইন্দ্রজিৎ থোংগী লম্বী অমদ লাক্পাদ কোমোন্ কোক্ হেক্ থেংনরে। উরোক্ থোংনী। মী অনি থৈনব য়াদব থোং উরোক্ থোংনী তা-ইন্দ্রজিৎ কদোম্দ হায় কোমোন্ ঙাইখোনে ব্বারী ঙাইহাক্ সাখিসি। নঙগী ইমুংগী পাও অম মীন চিবোন্ চিবোন্ ঙাংনববু তাবদ মী মাঙ্ব য়াব ওইন হায়নৈদো।

কোমোন্ মনিংস থিরদুন তা ইন্দ্রজিৎ করম্ব ব্বাফম্গীনো? হের ইবো ইচিন্সিন হায়দোক্কদববু---। ঐনদি নোংমগী লৈরক্ খুন্দক্ত অয়ুক্ নুংথিন্ নুমিদাং নাইদন থেংনগে থিব ওইবন। পাওদি কৈথেন্ কুম্বীদগী লৌবসু য়াই। অমদি ব্বারেম্ সুবীসিংদি মাগী ইমুং মনুংগী মচা ফবগী মমৌ ফাবগী ফংতবগী ব্বা ঙাংনৈয়ে। হেন্দোক্ তুন মীব্বাসু ঙাংনৈয়ে।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার ঐন নোংম নোং চিকেৎ চিকেৎ চুব মতম্দ লম্বী চৎন চৎন লাক্প মতম্দ কৈথেন্দগী কুম্লক্পদ ইমা ইন্দোন্সিংন ব্বারী লিনবদ তাহৌবনীম মৈনমনিন মীদি উদব ঐগী মাইদ মৈঙান্ য়েব মৈনম্ পুবীনে। নঙ্গী নুপী সানতোন্ লমচৎ কয় মথোঙ্ চাদব মানে। মাংগী নুপীসিংদুন ঙাংনরিব ব্বারিদু নাসোন্দ অদুম তাববু মসি নুপা নহানদ ওক্তব সাজৎ চৎপগী ওইন তায়নে।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারগী ব্বাফমদু তারুবদ। কোমোন্ সাওনিংখিবন মসাদু থক্ থক্ নীক্লক্ই। তা ইন্দ্রজিৎ হায়বীব ব্বাফম্দুন অসেংব ওইরম্লবদি ঙসিমক্ ঐগী নুপী সনাতোন্ দেবীসে খাইনগদৌরীবনী।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার মাগী চিনীগী লাংদ সেল্ থুবনি। পম্লীব নুমিৎ খুদিং নোংমগী ব্বাকোংসেল খরা ফংনবগী লম্বী অমদি লৈরে। কোমোন্দু ময়ুম্দ হনব্রগ প্রমান্ পান্থে তৌদুন মাগী নুপীদ ঙাংব হৌরক্ই। অসাওব কয়া ব্বাহে সিজিন্নরক্ই। সানাতোন্ করিসু অরান্ব চৎব্রাব মাগী নুপীদুদ মপুরোইবগী ব্বাহেসিংদু তরুব্দ ইঙক্ ঙক্লে। করিনো ঐগী নুপ লাই ওকনারবর? ঙসি নৎতাব ব্বাঙাং

ঙাংলিসিবো। চৌকিদার ইন্দ্রজিৎকী ব্রাহৈ পাইম ব্রাখন্ ফাথব ঙমদদুন মচা মমৌসিংগী লৈকাইগী মমাংদ ঙাংলোইদব খোন্চোপ্ কয়ান মাগী নুপীবু নংন পাম্লীব নুপাদুগী মযুম্দ হৌজিক্মক্ চৎলু। ঐন নংবু খাম্দে।

খৎন চৈনবগী ব্রাথোক্ থোক্অবনিন খুনগী চৌকিদার নম্বোর অমসু, নুপীদুগী মবুং মৌপৃন কৌরুরে। ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারগী ব্রাহৈদগী হায়গৎখীব ঈ হায়থব ঙমদন নুপাদুন মাগী নুপীদু খাইনবদ লেপ্খ্রে।

ইন্দ্রজিৎ চিন্গী তেন্ অসিদি মৈ ফুং ফুং চাক্লি। ব্রা থোক্লদি সেল্ থোক্ত মীপুম্ খুদিং লুখুম্ সেন্ন ব্রাজবনি। ব্রাকোং সেন্ খর ফংনবগীদমক্ চীন্গাইব্র থারুবনিম। মীগী মতৌ মনাওদো য়ুম কয়নাহন্গদৌরি। খুন্গী মচিন্ চৎপ অম ওইন। কাইনবগী লাংগী তেন্ কাপ্পসি চুমদে।

পাওথেম্ হৈব কিকোইদো মঙাই। ইন্দ্রজিৎ মান হেক্ চঙঙু চঙঙুব য়ুম্ অদুগী মতৌ মনাও মপ মচা অমসু মনি মমৌ খৎনদনিঙাই লৈতে। পাওথেম্ হৈবন মাম সাব মচাগী মপ সাদুন তাইবঙগী পাও্জেন্লীব ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার নুমিৎ চুপ্পাগী মহী লাংব ইমুং অম ওইহন্লী।

থম্বাল্ সুমাংদ পৈয়া চেপ্সি-সিদুন লৈরম্ই। ইন্দ্রজিৎ হেক্ উবদ তা চৌকিদার করি লৈরগে ফক্ সোম্দ এ: য়ারে ঐ ফম্লরোই। ব্রা অমতং খঙহন্গে হায়দুন চংলক্পনী। করি ব্রা ওইরবনো তা চৌকিদার।

লৈকায়গী লৈপুং য়াকাব ফমবদ ঙাংনব ব্রানি। নংগী মরুপ্ কোমোন্ নংবু সেরান্ তুরান্ ব্রাহৈ খর হায়রক্পনিদ। ইতাও কোমোন্ন করি করি হায়রিব? নঙসে নুপীগী ফনেক্ সুই। নুপীগী অরেম্ অখাক্ চায় হায়য়ে। তা চৌকিদার ইতাও সাকোন্মক্ন ঐবু অদুম্ হায়বকো। মা খঙগনিদনা ময়া চিক্তুন লৈহৌইনে হৌজিক্ত।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারসি মহৌসা মহৌসানী। সাম্তুগী ওভরকোট খুরাই চোনবদুগ বুটচাওদুগ কোত্রোক্ কোত্রোক্ থোক্খি। লৈরেন্ অমসুং কোমোন্গী য়ুম্সি পংলাপ্ লাপ্নদে য়ুমলোন ৬ ফাওব চৎপ য়াব লমনী মীৎলৈ নারৈ যেংলগ লৈরেন্গী ময়ুম্দ সৎ চৎখি।

লৈরেন্ সিং খাইদুন সুমাং মচিন্দা লৈরম্ই। লৈযেন্ন তা ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার উবদ সিং খাইরম্বদু তোক্ই। তা ইন্দ্রজিৎ ফক্ সোম্দ ঙাইহাক্ত, ঐ ফম্লোই ব্রা অমত হাযরম্গে চঙলক্পনি।

কোমোন্ নখোয় অনিগী অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌন নফি হোংদ্রিঙৈগী মতম্দগী চাক্লুক্ অমতদ চাক্ চামিন্নদুন যাম্ন লুন তিন্নারক্পনি হায়বসি মীপুম্ খুদিংমক্ন খঙনববনি। লৈকায় অমত্তদ হুই কৌবদ তানব লম্দ লৈবনী হাযরিব।

নখোয় অনিন লূন তিন্নারম্লিবাসিদি ইরুপ্ হাৎপ পাপ্ পুই হায়বনিকো। তা ইন্দ্রজিৎ কোথবীরন্ু। কবি ব্রানো। হেক্ত হায়বরিম্মু ইবো হায়গদব ব্রাবু হায়নিঙদ্রে। নঙবু চাক্থোং ফৌসু তৌই ফৌরম্ব ফনেক্ ফাওব লৌসিনলি। অমোৎ অকায় সুইনে হায়নে লৈরেন্ন।

লম্লোং মঙা ফাংবগী খোংনাং তারুংগী মখোংদ মাগী ওভর কোৎটু লৌথোক্লগ থাদুন মথক্ত ফম্দুন চুরুপ্ থক্তুন লৈ লৈরেন্ অমসুং কোমোন্দ থমোয় সোক্ল সোক্লব হিগাই ব্রা কয় কাপ্সিন্লগ থোরক্ই। মখোয় অনিন লৈরিব ময়ুম্দগী থোরক্ই।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারগী ব্রাসিবু সাওনিংখিবন লুতোল্ কানরবনি। অনিমক্ কিসি থক্ থক্ সেৎলি উনবগ, ব্রাফংনব লৈরেন্ চেন্থোরক্ই। থোংগান্দ লেপ্লগ হো ইতাও কোমোন্ ইতাও কোমোন্ খোন্ হইগৎন কৌবক্ই।

লৈরেন্ন ইতাও করি হায়গে চেন্থোরক্ই। ইতাওন ঐবু লৈপুং য়াকাফম্দ ঐবু ইজৎ য়োন্লিব করিগীনো। কোমোন্ ইতাওন ঐবুসু ফৌসু চাক্থোং তৌই হায়ন মীয়াম্ মমাঙদ য়োন্লিব করিগীনো?

মখোয় অনিমক্ অমন অমগী পাউখুম্ পীনব নংহৌদে। কিসি

সেৎনৈ ঙাংন লাওন তাপ্ তাপ্ পায়দুন উরু উরু লৈনরক্‌ই মতমদো। ইতাও নুংসিনব মরুপ অনিসি ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারগী হীগাইরা লাংগাইরান খুৎথোক্‌নবনী।

লৈমাইদ ফৈতু তুখ্রে। অমন অমুক্ মথক্ থং অমন অমুক্ মথক্ থং মিনিট খর নম্‌নরগ। মখা থাংখিবদুন মথক্‌ত ওন্‌খৎনব হোৎনরবদ নাপী মরক্‌তুদ লৈরম্‌ব চৈতেক্ নুংন থিন্‌দুন মনগন্‌দ হোগাইরে। থবৎ থবৎ তৎলব মফম্‌দো ঈ খর থোক্‌লে।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারন য়েংদুন লৈরে। মীবু ফৎত্‌নব সিন্‌বাসি মসাদ হন্‌জিন্‌দুন পান্‌বনী। কলিদ খুদৈ কংদে হায়ব লৈ। মখোয় অনিমক্ থাংন খুৎন য়ান্‌নব থানব চৈন ফুনব তৌনদে নম্‌নব খক্‌তনী ইন্দ্রজিৎন মখোয়বু খাম্‌দোক্‌ত্রাবদ মতম্‌দুদ ইতাও তোকঅসি মী ফুসি।

মখোয় অনি নম্‌নরম্‌বদগী ফুক্ ফুক্ হৌগৎনৈ। ইতাও ইরুপ ঐখোয় অনিবু খৎন্‌হন্‌লিবসি। মিবু মাংনবা সিনব। ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারসি ফুগাইরসি ইতাও, ইরুপ ঐখোয় অনিন খৎনরগ মান কুমহৈ য়েংদুন লৈবগী মরম হংলুসি।

সেন মাংবা তারে লৌসিংত খজন থিব তারে। ইন্দ্রজিৎ চৌকিদার নংন তৌবন নংন ফংব ঐন তৌবন ঐন ফংব।

নুঙস স্বোর থাবেৎ থাবেৎ মসাদো উফুন্ ব্রাইফুন্ তৈরব। সামু মচুম্ তাব অনিন মিৎসন কোরি চেন্। ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারন ফম্‌লিব লম্‌লোঙ মঙা ফাংবগী খোংনাংখোংদ ফম্‌লিব মনাক্‌ত তুং তুং লাক্‌ই। তা ইন্দ্রজিৎ ঙসি ইতাও ইরুপ্ ইরুপ্ লৈরেন্‌গ্ কোমোন্ ঐখোয় অনিবু খৎনহন্‌লিবসে নংগী নচিন্‌দুননী।

সাওন হৌগৎলু মীকুপ্ অমগী মনুংদ নথাব্রাই লৌগে। হৌজিক্ ঐখোয় অনিগী ইথৌন য়েংখীগের হা। নংন খুন্ অসিগী চৌকিদারনী হায়ন থম্‌লীবনী।

"চৌকিদার লান্‌লুরবনিন তুমিন্ লৈরে।

" লৈবেন্ ইথনতগী ইতিক্ যেংগেব
কোমোন্ ইথনতগ ৱাউনবস্ মিকুপ ফাবোই হে।

"ইন্দ্রজিৎ চৌকিদাব তুমিন শাম লৈ লান্লুববনিন। লৈকায় অসিদ খৎন চৈনব ৱাথোক্ অমতং তাবগ খামজিনবগ, ৱাকোং সেন্ হেক্ হেক্ লৌবীবমবনী নংন। মচা মমৌদ হীগাইৱাগী তেন্ থাবমই। মনেম্ মকুদ শাইন ৱা হাইজিন্। ইমুং মচি লাওহন্নব সিন্লিবনি। মতম লৈব খিবীক্ত, খৎন চৈনবগ ৱায়েন কাতি শানশ লাকোং সেন্ চাব মীনী থবক্ সুকসু সুদব চিন্ন চাব।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদাব সেল্ থোক্কদব মফম্ কোইথি থিল্লিবনি। নোংমসু খুনু তুন ফম্দ, দাওনিদ লুপ লিসিং অম খাইন ওমইদন। মাগী অমোৎপ ফৈজোম্ পুমযাৎ অমোৎপ অদু সেন থোকপনী লাসদুন অতোপ্প অম খক্ হোংদে, থক্প মান্ব চুরুপ্ মচৈ অম নাদ য়েপ মিৎত যেংলগ চুরুপ্ সু নি। অবেম্বনি হাযববদি কোম্ ক্লাসু মচেৎ অমত হাযদুন নিদুন চাই। উখোং ফম্বীন মীৎ চাওন যেংলি চংবীবক্রাদি ফানিদ।

থবক্ত সুজব বোকুন্গী মযম্দ চংলগ হুইথি যেনদেম্ মবক্ত যেন্দেম্ থাবদি মকা চাওনী। সেবোৎ লিমান্বী সিগ হৱাইজাবগ থোংব মফজেনে। তেংনৌমান্বী মপাদ কবি পাম্বীনো সিন । তেংনৌমান্বীনে কোৎলগ চাব হাওবনীদ। সিন নুংসংবু লাযন ফাব নুসং হিদাক্নী হেকত চাব য়াই। হাযবদ ঐসু যেংগে হাযন ফুবিৎখাও পিক্ গন্ন হাপ্খি।

মতম্ কৌব লাই মথোৎ কাবক্প মীদ থৌন হাপ্পীদুন হেক্ সোন্লবদ চৈসৌ ওইব লাই। ওসিদি ইন্দ্রজিৎ চৌকিদারগী নাকেন্ থা ওইরক্লে। লাইববগী হুইগ, ইন্নাক খুন্বগী হুইগ মের লাংবন্ থাদ চিক্নৈ। লাইরবগী হুইন চাদবন মপান্গন্ সোল্লী হুইন হাই ঐন হয়েং পোইনু কারগ নং কম্দৌগে য়েংউ হায়খি।

ইন্দ্রজিৎ চৌকিদাববু থক্সি খাসি কি হংগোইন চৎলম্ব মতম্

সেইখে তা ইনদ্রজিৎ চৌকিদারনি হাপদুন ফম্জবনি নরানু কনা। লৌবীবিংগ হা।

কুম্জ পুক চন্লব চৌকিদারন অসুক কুপ্পনসিরাকত লেংনেনা কোয়োনগ অনিন ব্রাগি তাদ্রে। মকুপ অনিন সেংজম্ব কিসি থোক্অগ ইন্দ্রজিৎকী মমাঙদ ফুং ফুং কনথোক্অগ হায়। তাদ মতুং মনাও সেবান্ তুরান্ তৌরক্কনু হায়বম্লগ চৎখ্রে।

চৌকিদার ঐন অসুক্ যাম্না শীচায় তৌরক্পাসি। ঙসি হায়বম্লিব রাইহেসি পুন্সিদ তাখিদ্রি। মাগী মহৌসাগী দম্ক তৌগদবসু ঐনুসু ঙম্ব মান থোক্ থাবনীনা কিব ইকাইব নংলে খোংনাংখোং অদুদগী হৌগৎদ ঙম্দ্রে।

মোংজু পনগাদ তুরেন্ লৈরক্ লাংখোং ঈসিংগী ঈসিং ঙাকত কালেন্ থাদদি অকংবগী অকংব ঙাক্ত কালেন্ থাদি কোইলাসসু সৌদোক্ই। মথোং কারক্প মীওইদ চুং ফিরান্ চাই ফিরান্ মমাই চুম্লি নুমিৎন মরাই চাইথারক্লবদ নুমিৎকী মঙাল্ ফংব ঙম্দে অমম্বদ লৈবাংন লৈমন্ চন্লবদ খোইমুদু কদাইদগীনো।

ইনদ্রজিৎ চৌকিদার তোলোপ্ লৌব পুলিস্ ওফিসত হেক্ লৌরম্বনি কোমাই পুদুন তোলোপ্ ফংলম্বনিন নুপী ৭ লোন্ব নুপানী য়াসু য়াই নুপী খুদিংন চৌকিদার ওইবত নৎতন তোলোপ্ ফংলিবনিন।

মসা নান্ব চৌকিদার ওইরম্বদগী লায়নান মসাদু লাইযেং লাইয়েংন পুন্সি চেংজেন্ লোইদুন মতু মমান্ ইপোন্ পোন্ চাগনী থক্কনী কাওখারে অরাম্ খৌরাং পোক্তরে। লোইরে ইনদ্রজিৎ ঐগী মতম্ মপান্ ফারিঙৈ মী অমন ইথক্ত ঙাংখীব তারক্ত্রি।

ঙসিসি কোমোন্ অমসুং লৈরেন্ মখোয় অনিন ঐবু অমুক্ ব্রাতেম্বীরম্লে ঐগী লুমাংদ মখোই অনিন লাং থাক্লম্লে।

০২/০৯/০৯

লমদ্দমদুদ

কোম্বীলৈ বেংগলোরদ চহি মঙারোম্ লাইরিক্ তম্লক্পনী। মাগী ইস্কুল্ গ্রাউন্ অদুদগী খর চৎলগ লৈকোন্ অম লৈ। পংচাউ চাউদন লৈসু মরাং কাইন সাৎলী মচু মচুগী লৈনী। নোংজু নুংস নাইদন লৈ মখন্ সুন সাৎলি। অঙৌব অঙাংব অমুব্ হৃংগাম্মপান্ ঙাংলৈনব কুথাপ্লৈ লৈহাও নুমিৎলৈ লৈপাক্লৈ মনম্ সুচেল্লী য়েংবদ পুক্নিং তনৌ তনৌব মফম্ অম মন মসিং ফজন কক্তুন ঙানু য়েন্ কয়াগী ব্রাহোংগী মসক্ মান্ন সেম্দুনা থম্লি। নুমিৎ খুদিংগী চানিংবদি ফাওই। চৎপদি ঙম্দে ইস্কুল্দগী হন্লক্লগ কোম্বীলৈ লৈকোন্সিদ লাক্ই। লৈকোন্গী চংফম্ গেৎত সাইন্ বোর্দ অমদ ইরি।

অদোম্ন ইকায় খুম্নবীয়ু।

লৈকোন্গী মনুংদা পলস্তিক্ ফৎতব থাদবীগনু

পীক্লিব অঙাংমচাসিংন লৈকোন্দ খোংবোন্ তা লংবী সান্নব য়াদে। হায়রীব অদুনি কোম্বীলৈ লৈকোন্ চৎপ মতম্দ চাবগী পালস্তিক্ মকু তারম্বসু থেংনৈ। করিগুম্ব মতম্দ অঙাংদুগী মম অমন অঙাং মচা সেন্নাবীদুন খর চাউব অঙাংদুন বোন্ সান্নহন্বসু কোম্বিলৈন উরি।

লৈকোন্দ নুপ মচা খরন খোংবোন্ সান্নব সেন্দন্ন গোল্ পোস্ ওইবনী অদুগ বোন্ সান্নৈ। সাইন্ বোর্দত নিয়ম্ ময়াম্ অম ইদুন লৈরিবদু পাবিদে য়েংবীদবসু য়াওরীবনী কোমবীলৈ থমোয়দ----।

ফম্ফম্ সাদুন পোথাফম্ সাড মচ অম লৈকোন্দুগী চিদাইদ কৌবু পাংবদ লৈ। ইস্তেপ্ থাক্ মঙা কারগ ব্রাংলপ্ সেম্বনী। ইসতেপ্

অদুদ খোং য়ানথাদুন ফমলগ যেংবদ থপ্‌লব ঈসিং ইথক্‌ ইপোম্‌ হৌবদু তরং তরং উবা ফংই। সংবান্‌নব অতিয়াদ।

কোম্‌বীরৈ নুমিদাং ৱাইরমদ ৱাক্‌কিং লাক্‌প অয়াম্‌ব মতম্‌দ নুমিৎ তাবুম্‌ তৌরব মতম্‌ ফাওব ফমদুন লৈরি।

ঈসিংদ নুমিৎকী মঙান্‌ন য়ৈবদো য়োইময়াই তাওদন্‌বগী সন অহিংব মচুগী মঙান্‌গ ইরোইনন মতুম্‌ তাব বোল্‌দুন সমুদ্রগী ইয়াইদ সুম্‌ সুম্‌ লুপ্‌থখি, অদুগুম্‌ব মঙাল্‌ অদু য়েংবগী পেন্‌ব নাইদে।

খুৎসেম্‌গী চাং মানন নেমন্‌ ককলব পেলেন্‌ ওইব নাপীসিংদুগী মথক্‌ত লোংখাক্‌ লোংন ইাপ্‌তুন অতিয়গী ফজব লৈচিল্‌ নোংফাই পাইব উমাইবীন মসা খপ্‌তন পাইব উরু উক লৈব খংহৌদনা উরক্‌ই অতিয়াদ।

সেক্‌পী ময়াম্‌ অমন লৈকোন্‌গী মায়কৈবোম্‌দ পুম্‌মুন কোইপাই পাইদুন লৈবদু। সেক্‌পি ময়াম পাইব উবগ পুক্‌নিংদ ফাওরক্‌ই। মান অঙাং ওইরিঙৈদ য়েন্‌বী অমগী য়েন্‌নাও চেন্‌ব মচাদ, উমাইবীন যং য়ং য়েন্‌নখারোম্‌দগী হুম্‌থদুন য়েন্‌নাও পুখিব সৱা সৱা লাওববু তাবীদে। উমাইবী মপিন খোংদুন পাইখৎতুন কোইরাও লাওব তাবীদে উমাইবীন।

সেক্‌পী ময়াম্‌ খুন্‌ হোংলিবরা অদুগ কনাগুম্‌ব সিকার গী মীন নোংমৈন কাপ্‌পদগী কায়দুন পাইরিবর মরম্‌ অমদি সোইদন লৈরক্‌কনী কোম্‌বীরৈন থম্‌মোয়্‌নুংদ খন্‌খি।

অয়ুক্‌কী চা থক্‌প লোয়্‌রবদ লৈকোন্‌দ চৎনিংব ৱাখন্‌ অম ফাওরক্‌ই ফীসু সুগন্দবনি কোম্‌বীরৈ। নুমিৎ খুদিংগী লৈকোন্‌দ চৎপদু ঙাইহাক্‌তং চৎলুখিগে খনন খোঙন অসুম্‌ থোক্‌লক্‌ই। রিক্‌সো তোংগে খন্‌লম্‌বনী অদুবু খোঙন সুম্‌ চৎলগে। অসোংব খোং লম্‌বীদি ওইরগ মী কয়া অম চৎতব লম্‌বীদ সম্‌দুন লাক্‌প কোম্‌বীরৈ নুপী অমদ লৈকোন্‌ চৎপ য়াব লম্‌বীর হায়্‌ন হংলি।

"অসম্‌ব লম্‌বীনী নাপী সোংবনি চৎলু তাক্‌লক্‌ই

" খন্‌লী অসম্‌বদি ওইব মীন গাড়িদি চৎতব মফম্‌ অদু ওইরে।

নুপীদুন হায়বগী মত্তংইনন কোম্বীলৈ সুম্ লাক্ই। চিংগী সারুক্ লমদম্নী লোইরোই লোইরোই লমবীদু ওম্ই। গোলাই অম লৈসিন্বদদি। মাংদ উরক্ই সিড়িগী থাক্ সেম্ব অমসু লাপ্তক্ন উয়ে। ইস্তেপ্ থাক্তু য়ৌগদব গোলাইদ লোক্চপ্ অমগ নাক্নদ ক্নেন্পন্ অমগসু লৈ। লুন চেনব ঈসিং অদু য়াম্ন লুন চেন্ব মানাই। নুপা অমন মরেংবান্দ য়ান্দুন ত্তিন্ অনি পাবোং ওইন ঈসিং পুব অঙমবদ কাপ্থংলক্পসু লোক্ অদুদ হুই অমন ঈসিং থকপাসু উই। ইপ ইপুন হায়ব অমদি লৈ। অখুব লম্বীদ হুই লক্ননু হায়ব অমদি লৈ। অসম্ব লম্বী চৎক্নু ইমা কৌব নংদে হায়রি।

খোং লম্বীদো মী অনিসুন থৈনবদি য়াদব লম্বেন্নী রাখল তৌন মাংগী লম্বী নক্সিন্লক্ই। তুংগী লম্বী সাংহৌরে। লম্বীদুদ লাক্পদ মতেক্ মতেক্ রাখল্ খল্লক্ই। পুরিব ঈসিংদু কযাম্ লাপন পুবিবনো লুম্লনিদ মাংদ উখিব ইস্তেপ্ সিরী থাক্তো য়ৌসিন্লক্লে। ইস্তেপ্ থাক্তু রাংলপ্ তৌই। থাক্ মসিং য়াম্ন উই। কোম্বীলৈ ইস্তেপ্ কাব মতম্দ খুক্লু সৌদুন কারক্ই। নিংস মপি হোন্লি। নুংগী ঈসিং মপান্দ থোক্লক্ই হুমাং মরিক্ মরিক্ মাইদগী তাথি।

ইস্তেপ্ থাক্তু লাইবক্ কৎলগ কাখৎপ হৌরক্ই। অতোংব ময়াই য়ৌব মতম্দ কোয়্য়েং য়েংবদ উরক্ই লৈকোন্দুগী খারিব তার মনাক্ত চৎলিব লম্বী অসোংব মী চৎনদব লম্বী।

সুম্ চৎন লম্বেন্দুগী অথেক্পী গোলাই অমগী হায়্দোক্লক্পদ মসম্ মন ইচোই চোইন নুপী অম কপ্তুন লৈরম্ই।

কোম্বীলৈ চিংনদন হায়্। লাইরেম্বীর তাইবং মীর? কপ্লীবী নঙবো? অচিক্প মফম্ অসিদ করিগী নথন্ত কপ্লীবনো, দাকুসিংন সন লুপ ইজৎ লৌবীখরাবর

"কপ্প তোক্লগ খংয়েং য়েংখৎলক্ই। ঐগী নুপাগীদমক্ কপ্লিবনি।

নুপাদো কমদৌন? চৎখিবনো কদাইদ লৈখিবনো?

কোম্বীলৈন হংই।

খংদবনি উদবক চপ্ মান্নৈ। নুপ য়াওদে মফম্ অসিদ্রাইদ লৈ। কম্দৌন মফম্ অসিব্রাইদ লৈদ্রীবনো।

" আদগী সেক্পি ময়াম্ অম পাইরিব মফম্ অসিবাইদনী।

"তুমিন্ লেবগ কোম্বীলৈ য়ুম্গী মনাক্কী লৈকোন্গী অদুব্রাইদ পাইবিব লংজ সেক্প ময়াম্ কোইপাই পাইবদু নিংসিংলক্ই।

কোমবীলৈনা হায়। ঐ নংগীদমক্ যাম্ন নুংঙাইত্রে। নহাক যাম্ন ব্রানসু উরে। অনক্পদ ঐখোয অনি লৈকোন্দ ফম্দুন চা গিলাস অমমম্গ থক্লগ পুকনিংগী ব্যারি খব সান্নবংস লাকও। তম্থোক্লগ খব্রাব কোকপনি।

চানা সক খংনবসু নত্রে। নুপাদো চোইজাহনবব সমলাংদু জনং সমবুন্ সেম্ মখ্রাংদ ব্লাংচেৎ সেংগ কোম্বীলৈ হায্বদো যাবে।

লৈকোন্গী চঙ্ফম্দ হোত্তেন লৈবীবদুগী থোংবানদা লেপ্লগ কোম্বীলৈ। নুপী অনিসি চা গিলাস অমমম্ থক্লগ। লৈম লেন পার্ক চায়ন থাব লৈকোন্দুদ চঙলক্ই মখোয অনি। ফমনব থাবিন যংম্ফম্ অমদ ফম্দুন ব্রাবি সাব চৌযকই।

" কবি লম্দগীনো নমিংন কবি কৌবগে।

ইমিংলো অন্জিত কৌই।

ইতাগী মিংন কবি?

কোম্বীলৈ চানু।"

অন্জিত নংন নংগী নুপাগীদমক্ কপ্লিব অদুগী মবম্দো ঐঙোন্দ ব্রাবি লিবো ঐ যাম্ন খংনিংলে।

ঐগী নুপাদো সিব হকচাংদু মোংফম্ অসিদা হুন্দোকপনি। উচেক্সিংন চাখ্রাবব চাদ্রিবব যেংব লাক্পনি। অন্জিত নহাকন হায়্রিব ব্রাদো ময়েক্ সেংন ঐবু খংহন্লু। ফজন মপুং ওইব বাবিদু ঐবু খঙহন্লু।

"হোই ঐ হাযগে তাউ।

ঐগী নীপাসে লম্দম্গী চৎনবীদ ঐখোযগী অসিব হকচাংসে আদগী অসোংব লম্দম্সিদ হুন্দোকখি। চিং অসিগী অহাংব সারুক্

অসিদ একর কয়া ওইদৌনো। অকোইবসে অসিগী মনুংদ অকুৎপ অম লৈ মদুদ অসিব হক্চাং পোলাংসিং অসি হুন্দোক্নৈ।

ঐন খংনিংব অম লৈরি। মোংফম্ অসিদ নুপ নুপীগী মফম্ খাইদোক্ন লৈবর পংহুন্ত হুন্থবরা?

অন্জিত নুপাতন হুন্থাবনে ৱারিদি নুপাগী অম ওইন লিনৈ। নুপীগীন অম ওইন লিনৈ। কাসু তোঙান্ তোঙান্ খাইন লৈয়ে। অসুক্কী মতিক্ থুন লংজান অসিব মীগী হকচাং পোলাংসিং চাখ্রাবদি থৱাইন মপুগী লৈকোন্দ হৈনম্ লৈনম্ ওইন তিন্ব ফংজৈয়ে। ঐগী নুপাগী অসিব মসাদো ঙসি মঙানি সুখ্রে। হুন্দোক্লম্ব লৈহুন্ লোইখিব নুমিৎনী অদুন নুপাগী হকচাংদো ঙসি ঐন য়েংলুবদদি লঙজান উচেকসিংন চাব থেংনদে মপোক ইকাই কাইদন অদুম্মক লৈব মান্লি। উরুবদগী ঐন ঐগী নুপাগী য়াইফনবগী কপ্লম্লিবনি।

“মোংফম্দ মী অতোপ্প চংব য়াবরা?
ঐখোয় লম্দম্গী নৎতব মিতোপ্ চংব য়াদে।
নংদি হৌজিক্ন করি লম্দ লৈরি।
ঐগী লৈফম্দি উরি লম্সিগী খুন্তোন্দনী
ওক্তো তোংলগ চৎলী।”

কোম্বীলৈ নহাক্ন ঐগ ঙসি থাজদন পুন্ন ৱারি সাব ফংবসি। ঐ য়াম্ন নুংঙাইরে ইপুরোইবগীদমক্ নহাক্ থোইন ৱারুনু নংগী ওক্তো তোংলগ চৎলো। অন্জিত হায় ঐসু নংগ থেংনব য়াম্ন নুংঙাইরে। ঐন ঐগী নুপাগী ইপুরোইবগী সিথীবগীদমক্ ৱাবদো নংগী ৱাসি তাবদগী খর মখৈদি ক্লাউখ্রে। নোংম হৌখিদুন অসুম্ কাওজরসনু ঐখোয় অনি অমুক্সু উনখিসিকো।

মতম্ লৈরি অন্জিতাগ কোম্বীলৈগ নোক্ফেৎ তৌন কায়নরে।

কোম্বীলৈ থেংখ্রে ওক্তো ফাদুন তোংলগ লাক্লে। লৈফম্দু পংথাপ্ থাপ্পদি নৎতে। ওক্তো হেক্ তোংবগ লুপ ৫ লৌই। ওক্তো তোংন তোংন কোম্বীলৈন খন্লি। ঐখোয়গী মৈত্রবাক্ত চৎনবীব থৌরি য়ান্দুন সিব মীদু তেক্সিন্ হন্জিন্দনব হায়দুন চুক্ সায়।

পাংগোংন মস ফংদবগীসু সায়। অসুম্‌ন লান্‌ন থৌরম্ কয়া পাংথোক্কই। কক্‌য়েন্ মিঙম্‌বন সেৎ সেৎতুন চাবদু খাঙেন্‌ফম্‌দগী পুখিব কয়াসু লৈ লম্‌ফেল্ পাংত হুন্‌দোক্‌প কয়াসু লৈখ্রে। লম্‌দ সিবন লম্‌সি কৌই, লম্‌সিবু সুমং থেলোংদ পুসিন্‌লম্‌দে। মাগী মাগী কাংলুপ্‌কী চৎনবীনী। চুম্‌ন নাদুন সিব মীগী হক্‌চাং অসি মোংফম্‌দ হুন্‌দোক্‌লগ লঙজ কব্রাক্‌ন উচেক্ ময়াম্‌ন সেৎ সেৎতুন চাখ্রগ সরুগ ফংই লাইরম্‌লেন্‌দ হৈরাং লৈরাং লৈমন্ ওইন তিন্‌লী হায়ন থাজরি।

অচৌব উচেক্‌সিংগী মথৌ তোঙান্ তোঙান্‌লী সেক্‌পীন পাইব কক্‌য়েন্ মীঙম্‌বন পাইব লঙজন পাইব মতম্‌দ মী অসিবগী লোইসিন্‌নব লৈবনী।

"কদায় চৎলুরীবনো?

বেবীক মাসি ঐ ঙসিদি অঙক্‌প থৌদোক্ অম থেংনকরে ইবেম্‌ম ব্রাসি হায়দুন বেবীক থোক্‌খিব থৌদোক কয়া মাগী রুম্ কাদ দাইরিদ ইদুন লৈরি।

অসিবগী থব্রাইসিংদো ভুট ওইন থোক্‌ই। মফম্‌দুদ নহাক্‌ন চৎলুরীব, মফম্‌দ্রদি অচিক্‌প মতম্‌দ লান্‌ঙম্‌দ্রব থব্রাইসিংন মরক্ মরক্‌ত থোক্‌ই হায। ভুট থোক্‌ই হায়নবি লৌখোং অমদুদ চৎপদ লৌখোং মচাদু নুপ খর ইরুজদুন লৈব মান্‌ব খর থেংনৈ ঐসু অদুম্ লাক্‌ই।

নথামোযদু কন্‌লী নারবর্স চৎতন নয়ুম্ য়ৌরক্‌ইব লাইবক্ ফারবনি। লাক্‌ও লাক্‌ও ঐ খোইজু লৈথাম্ মৈ ওক্‌পিগে ঈসিংন টুরিক্‌ন সেংদোক্‌পিগে।

হুরান্ মতুং মৈরিংব হায়দুন হৌজিক্‌ত কিব ফাওরি। হয়েং মখৈ মফম্ অদুদ অমুক্ হন্‌ন চৎচবোই। অসোংব লম্‌দম্‌দুগী নপী লকতা।

------

## অউন্‌পোৎ

চিংলাইগী মতম্‌দ ব্রাংব্রেন্‌ন অনান্‌ নিঙোন্‌ লৌব মতম্‌দি ইবৈমগী পলেম্‌ পন্‌থৌগী হিয়াই ব্রা উতোং অমা মখুম্‌ চেৎন শুম্‌লগ ব্রাংব্রেন্‌ন পিবীয়ে। অদুগী মথং সম্‌থবকপ মতম্‌দ লাইসিংন পাংথোক্‌লম্‌ব লিক্‌লম্‌দ তাইবঙ্‌ মী য়ুম্‌বান্‌দুন লৈব ফুংগ অমা সাগৈ খুন্‌ যোমদুন পান্‌লব মতম্‌। মথাই থাইন্‌দগী হায়্‌বদি চিংউ লাই হক্‌তক্‌দগীন তাইবঙ্‌ ফাওবদ পলেম্‌ ওইবীগ মপন্‌ পন্‌থৌগ সাগৈ ইরুপ্‌চ ইমোম্‌গী অউন্‌পোৎ পিনব খন্‌নৈ। পিনৈ। অদুদসু নৎতে নিঙোন্‌ সোতো ফাওব তান্‌নৈ পিনৈ নিঙোন্‌গী য়ুম্‌ফম্‌ অমমম্‌ পিনৈ।

ফৌরেন্‌ লৌফম্‌ লৈবন লৌ। দুকান লৈবন গাড়ি লৈবন অরৈব খুদিংমক্‌ পিনৈ। নম্রগ ইংখোন্‌দ য়ুম্‌ফম্‌ অম পিদ্‌ব য়াদে হাইন পিনৈ। মসি য়েক্‌নি চৎনবীরা?

ফুংগ অমা নাইন পান্‌ব লৈম ওইবী চানু নিঙোন্‌ ওইবিসিংগী খ্বাইদগী মরু ওইব সিন্‌ফম্‌দি ইয়োং সংদ ফি সাব লং নাইব থৌরম্‌ অসিন অতোপ্‌প লম্‌দগী ফিরোল কয়া লৈন্‌রম্‌দে লৈম তিন্‌গী মুগ ফি সাবন য়ুম্‌থোং য়ৈন সিন্‌থারম্‌ই, চিংদগীন লসিং নাইব কাপ্‌পোন্‌দ হুইত্রিন লসিং নাইদুনসু সারম্‌মী।

মুগ ফানেক্‌ মুগ খুদৈবু চাক্‌চ ফি, লৈম চানুগীন চাকথোংফি ওইরম্‌ই, চাক্‌খুম্‌ কাদ য়ান্‌লি। লুতুং সম্‌বুন্‌লিব লৈম ওইবীগী হৌন

চৎলোন্ নুপ মপুবোইবগী ময়াম্ব উব্দ মতৌনিন মকোক্ খুম্লি। মৌ ওইব মতম্দ থক্সি খাসি ঙাকন্ যুমপান্ব ঙাক্তনি। লোয়ইন্ সিলোন্ অসি ইসিং মনুংদ লৈব তুরেন্গী নুংজেংদগী হেন্ন কুপ্পী হায়রি।

চার নাম্ম হেন্বদি যাই। সেৎলিব ইন্লিব ফিরোন্দি অম ফাওব থাদোক্প য়াদে। ইতুম্ফি, চাক্চ, খোং তৈথোক্নব ফি। অসুক্ মরু ওইখ্রব পোৎসিগী থৌরম্ থৌদ মাংফরোই। চিন্থাং য়ৈন তুংগী মীরোন্গীদমক্। ফুংগ অমগী লৈম চনুসিংগী মথৌ ওইন লৈগনি। মতুংদ মচ মসুসিংগী চৎন পথাপ্ ওইগদবনি। মরু ওইন অঙাংন ইস্কুল্ কাব চৎলম্দাইদ পন্থৌ নম্রগ মমা পলেম্ন হং হং মখুৎত চিক্পিরি থাজবনি। থাজবন তাইবংদি লান্নৈ।

লৈম কয়ান মৈতৈ যুম্সাগী মাংগোন্ কাদ খ্বাংফি সাই, খ্বাং ফি সাব্ন মুগ লংগী য়াম্ন কুইন সিজিন্নব য়াই। সুব মতম্দসু ষন্থি তান্লগ সুই। মীওইব খুন্নাই অসিদ চীঙ্ অম্সুঙ্ তম্দ চাদ নাওদারিব ইপ ইপুসিংন খুৎসু খুৎলাই খরদি মতেং পাংনরম্ই। চীংগীন সুম্বন্ য়াংকোক্ উ খুদেং সুক্ কোন্নবী সুম্জিৎ লাংগোন্, যুমসানব উ ময়ার্মসিনি। মতেং পাংনদুন, মীওইবন চংদব য়াদব পোৎলম্ অসি মরু ওইন চাওখৎপগী মাইকৈদ চংলক্লিবনি। যুম্পান্বদ সেক্মাইদ সাব চফু, উয়ান্, কেগাম্ থাল্লি লম্দম্ অসিগী পোৎথোক্নি। থুম্খোংদগী থুম্ন চারিবনি চাক্ক ঙাগ। তাইবং মীওইব্দ হিংলিঙৈদসু ফি সিরগসু ফি ঙাইহাক্তা থাদোক্নব য়াদব। অইং অস অরু অপান্ ইকায় ইকি ঙাক্নব অমসুং লৈতেংগী পোৎলম্ন সিজিন্নরক্ই। অঙাংদসু নিংথাদ খংই হায়রি। নিংথাদো ফিনি। নাহোংসু ফিনি। অদুবু নিংথাদি মসিং থিব য়াওই।

লোইবী চিংদ লসিং থাদুন চীংমিন পাম্দ লসিং থারগ লসিং অদু তম্দ কৈথেল্দ য়োন্দুন সেন্দোংসু ফংলি। তম্গী মীন লসিংদু লৈরগ কপ্তরেংন মথি তান্থোক্ই, কাপ্পোন্দ হুইখ্রি য়েথোক্লগ

কপ্রেংন য়োংন লং নাইদুন অমুক্ ব্রান খুনাইদুন মীওইবন্ ফি সারিবনি। চীংমী তম্মীন লৈম তিন্ য়োক্লগ মুগ লং সুংলি। লংহন্দ অহিং মিংসেন্ খাংন হিদাক্ ঙান্থক্ হিদাক্ ফু তোংজৈদ থক্লি। মৈতান্ন সাব তিকি ফুংগ অমগী চংনবিদ অহেন্ব পোংসিংন কৈথেন্দ য়োন্লিবনি।

পাউখুম্ খরদি পিফম্ থোক্ই। পাম্লৌদগী লসিংদু হেক্লুরগ পয়ান সাব লাদ হাপ্লগ লসিংদু নুংসাদ কংন ফৌদোক্কনি। খুংলাইনি কপতবেংদ লসিং মরু চপ্থোক্লগ পৈয়ান সাব সজিক্ পোলাং মানবদো কাওপোন্ কৌই। কাওপোন্ মনুংদ লসিং হাপ্লগ। লসিংদু নাচল্ অমা কাওপোন্দুগী মনুংদ হাপ্কনি। ব্রাচেংন সাব ইংলগ সাব খুংনাওবীমুক্ চাওব ফুং অহুম্ সাংব মচৈদুদ পীক্লব লীগী মরীন লিরুং মব্রোং মান্ন লীরি পান্গনি। লৈমন লুতুং সম্বুন্লিবন কাওপোন্ মনুংদ হাপ্লিব লসিং নচল্দু সিন্ সুরীবী লৈমন মাগী খুংপী খুদোম্বী অনিন হুইত্বিদুগী মতোন্দ ফং-ফং চিংন লসিং কাপ্থোক্কনি। লসিং মফোন্দু চুরুপ্ মচৈ মান্ন ফুংথাইমুক্ সাংন লাংগোম্গী মচৈ অমনা তাসিনগনি। তাসিন্লব লসিংগী মচৈসিংদু মরি ১০মুক্ পুনসিন্গনি। মচৈ ১০না লংদুম্ অম সাই। লংদুম্সিংদু তবেংয়োংক তরেংদগী লংহিন খ্বাংলাক্ ওইরগ উংদুন সুংদুন লং ওইন নাইথোক্পবু মোইথাপ্ নাইব কৌই। লংদুম্সিংদু অমুক্ তবেং অমাদ লংখাই লংখাই সাদোক্ই। লংখাই অমমম্সিংদু চনাং থারগ কংন ফৌদোক্কনি। চনাং থাবগ লংখাইদু লংথোক্ তরেংদ হাপ্চিন্লগ তৌগী উতোংদ অমুক্ লংদুম্ সান চাক্সিন্গনি। চাকসিন্নব লংদুম্সিংদু ফিহৌ কৈরাক্ত লেংসিন্লগ সাগদব ফিগী মতুং ইন্ন হৌগনি।

ইয়োং সং লৈ অমন মাংগোন্দ উখোংদ য়ান্দুন খ্বাঙদ তেম্নাসাই পাংয়োংদ ফনেক্, ঙৌবোং, অথাব ফীদি তেম্ন খ্বাঙদ সাই। অদুবু পাংঙা তেম্ কৌই। পন্থৌ মাংগোন্ খেন্চোংলাং চার

য়োংখম্ মাংদ থা পাংঙা তেম্ জগোই সারিয়ে। য়েৎন হুন্লে ওইন ওক্। ওইন হুন্লে য়েৎন ওক্ পাংঙা তেম্ জগোই সারিয়ে। অপাব ফিরোন্ খুদৈ ঙাবোং লম্থাং কাংখল্, ফনেক্ মাইথবি পংয়োঙদ সমজেৎন সানৈ। মতম্ কুইনদগী হৌন চীংবুরোই তম্বুরোই খুন্দ লৈতাদুন লৈরীব ইপুথৌ ইবেন্থৌসিংন মীওইব ঐখোয়ন সেৎন ইন্নব। ফিরোন্ সাব য়ুম্ অমদ চংলিব খুৎসু খুৎলাই পোৎচৈ কয়ামুক্ পুথোক্পিরম্ই। সুমাং থেলোং, ইমুং মাংগোন্ লম্সিৎ লম্সেংব ইমুংগীন য়াংগেন্ সুমজিৎ কৌই। ইমুং মখৈন তাসিন্লু হাই। মাংগোন্ মখ থাংবদো ফম্মেন্ কৌই। অৱাং থংবদো নাক্থ কৌই। অদুগ সুমাং থেলোংন সিৎতোক্উ হাইব লোন্ সিজিন্নৈ। মৈতৈ লৈপাক্ অসিদ সোনন্পুংদ ইকোই কোইন ৱাই তৈব চৎন্রি সন্থিন ৱাই তৈবদি মহিকসি । মীওইবগী চৎন লোন্চৎ লোইয়িন্ সিলোন্ মীওইবন ঙাক্ন চৎনরি।

তারুন্নীগী পুহৌবীব ৱারী পরিংদ অমুক্ লাক্চরগ। মতৈ ইবুংঙো লৈবিঙৈদদি ইমুং মনুংগী থবক্ ইনখাং খব নোম্জরগ লৈজ্রম্বনি। সমুগী মপোৎতো ষন্দ তারে। মচা নুপী অম লৈহৌবদুসু লৈসাবি কাঙদোং ফারক্ই উপাই লৈতরাবনিন নহাক্ নুপী ওইব্গী খ্বাংচেৎ মচি লাংদুন থৌন ফরক্ই। পাবোৎ সুরম্বদগী নাইতোম্ সুবগী পাংখক্ ওইবে। নোংম মতম্ অহুম্গী অয়ুক্তন মীতোন্ নামৎসু চৎলি। নুংথিল্সু খুলং নামৎ চৎলি। নুমিৎদাং খুদিং সিন্নাইবুংদ লং নাইব লংচাক্ চাক্পসু য়াওবীরুই সেন্ ওইন পিবিরক্ই। খুলং সেন্ অদুন মমা মচাগী নোংমগী চর হেন্দনব চাক্খুম্ মৈ মুৎত্নব হোৎনৈ। মতম্গী লাইবেম্বীন লেপ্তন চৎখিবন মচ নুপীদো চাউরক্ সাংলক্লে। মমান চৎথোক্খ্রগ ইমুং মনুংগী থবক্ ইন্খাং চেংফু থন্নব মেন্খৎপ ঙম্জরে। নুপী মচ অমা ওইবগী চুং-ফিরান্ চাব। য়াইওইব সক্তম্বু অউব মীপুম্ খুদিংমক্ন ইস: কনাগী মমোম্নো করি যেক্নো মাগী য়াইওইব সক্তম্দ মমৌ

ওইনিংবসু কযানি। সম্লাংনা নিংদু য়েন সম ফৈ। সাবোং সাদাদ য়েংট্রু সেংট্রবদ অরুংপ অমত যাওদে। মহাক্কী মাতিক্ মযাইন সামু ফৌব পাখঙ্ অমগ নুংসিনদুন পুর্নাসিগী লৈপুন ওইনব অহন্ মসেন্ মাংগোল্ কাদুনা বাংলাইখ্রে।

ঐন তাবিব পাওসিবু অসেঙ্বা ওইযম্গাদবা? হেন চংনুংশা তেব [illegible] হাযবদ্রানি। হেমসিং তাবর্গনগা যুমদ হোবে [illegible] শাক্ই। তরুনিদু সুমাঙ মচিদ হৌবব নপা গোইদুন লৈবমহ, হেমসিং হেক্ চুনন [illegible]দাদ [illegible] হায হায [illegible] সম তাদন চমনবনে?

[illegible] পাওনো খুবাকো, তাবীবনো'

হেব ইস মযিংনীগী পার্ট্রান [illegible]। অযিংবিব কৈদৌবনা' [illegible] শাইবাসিব। অচুম্বনি খুবাতোন। অদুদা [illegible] মীশা লাইজা ইফুংথোক্ন লৈ। কবিনো নঙন তুমিনন লৈবিাসন। [illegible] মটিন পোংবী নানিনে' নঙগী অচিন্পোৎ [illegible] কবি খুনমিনন, যেক্ন কবি যেকনো' খুবাওান থোইন পংলাপ [illegible]

মমাঙগী সবোক অচৌবদুগী মচিন্দ লৈব যুমদোংপোক [illegible] চাওবনী মচানুপ হেমসিংহ হাযদুনি। যাই যাই [illegible] তম্ব ওইসনু। ইতাও কে মচানি হাইব। মপা মপদি য মন [illegible]। ইতাওদগী মপুন্ [illegible] কাইবর্নি। ঐগ মতম [illegible] থঙল্বনি। মাগী [illegible] হৌজিক্ মতম্গী লৌখুপ লৌকাই চিন্দ অমা পুকত। [illegible] কাদুদি যাওবনী। অথোই নপন নম্রবসু মসাগী লৈজব খবাদুন মীঙোন্দ কযা চংজদবনি। অদুগীদু মথক্ত ইতাওদু মীন বাখন তৌব, মীগী মসক মুন্ন খঙবনি। লৈকাই অদুদ মচিন্ চৎপ , মানবু হাযখ্রবদি লোইবে। হাযন্বিব মীসক্ অম্সু ওইবিবনি। মী হাযবসিমক্তবু অমগ অমগ মীমান্নদে। মহাক্ মীন মসক্ খঙব মতিক্ মথৌন লৈব মিতানি। মীন ইজৎ তৌনবিব মরুপ্ভুগী মচা মমৌ ওইবগনি হাযবসিদি লাইবক্ ফববনি। খুবাতোন্ন তাক্পিবিবদু নচাসু খনজবিবনি। তৌব্তবু ইচাগী

অউন্‌পোৎ তম্‌বীগদবদু লৈতদুন ব্রাজরিব। নিপ ময়ুম্‌গী মতেঙ খরদং হায়রুরগসু ইচাবু মমল্‌ লৌই, লৌদুন য়োন্‌থোক্‌পনি হায়দুন ব্রাঙাং খুদিংদ য়াক খুদিংগী।

হৌজিক্‌ মতম্‌গী নিঙোন্‌ অম লুহোংবদ উন্‌নরিব অউন্‌পোৎসিংসে খুরাতোন্‌ন হেন্‌ন খঙবীরিবদুনি। নচান অমুক্‌ হায়দ্রগসু ইসুং ইমান্‌নবীসিংন মচা নিঙোন্‌দ উন্‌ননব লুহোং মরুপ্‌ কয়া হৌনরি। অরৈব ইমান্‌নবিসিংন মচা নীঙোন্‌সিংদ উন্‌নরিব পোৎলম্‌সিংদু মসিং থাদুন লোইব নাইরোই। ইকাইজৈদ হায়দোক্‌কদব, কনাগী ব্রাস্লিং মেসিন্‌, টি:ভি, রেডিও, গ্যাস্‌ সিলিন্‌দর উপু কাংথোন্‌ সোফা ফিরোল্‌ লিক্‌ ফোন্‌ গোদ্রেসনচিংবা কয়ানি। সেন্‌জাও পায়ব কয়ান মচা নীঙোন্‌সিংদ গাড়ী মচা। কার লৌ দুকান্‌ পলোট অমসুং ফৌনি। ইমান্‌নবিসিংদুগী মতৌদুদ মচান কলকউবগী ব্রা নৎতে। ঐন হায়ব হৈত্‌বদগী চিৎথহৌব কয়াসু লৈহৌরিবনি। নচাদি মাগী পান্‌থৌন হুন্‌দোক্‌পীরম্‌বদগী ইম ইচাগী নোংমগী চরা তান্‌বদ ব্রান হোৎনরি। ইমান্‌নবিসিংদুন মচা নীঙোন্‌সিংগী হৌবিরিবা মরুপসিংদুসু য়াওব ঙম্‌জদে। থমোইসে খন্‌ন খন্‌লুরগ মতম্‌ কুইনা কায়নখ্রব ইপুরোইববু নিংসিংলক্তুন থম্‌মোই ফুক্‌ন কপ্‌থোরক্‌ই। হা ইবুঙো নহাক্‌ লৈরম্‌লবদি নচাগী লুহোংবদ করিনো খরদি সেম্‌ সাবীরম্‌গদবনি। তোন্‌লবী ননাই পীদং-পাদৎলবী খুবাক্‌ নাম্‌মতা খুরবী নুপী লুখ্রাবী ওইবী ননাইন করি উপাই তৌসিগে? হে লাই ইবুঙো ননাইন করি ইরান্‌নো করি লংজরুবগী অসুক্‌ ব্রাব পোৎলুম্‌সি পুহনবীরীবনো? অচং থোং লোন্‌বিরোগব। বাবু মচাগী মমৌগী মতৌদ য়েংব ঙম্‌সিলক্‌তরে। মাসু থম্‌মোয়নুংদ হিক্‌ন হিক্‌ন কপ্‌মিন্‌নরে। কপ্‌খৈ কপলুরগ বাবু তরুনীবু থেম্‌জিন্‌লক্‌ই। কপ্‌লগনু ইচাসিদি কৈন মমা মচাগীদমক্‌ খুরাতোন্‌ লৈরিবসিদি। কৈন মমা নঙন কপ্‌লগ নপুরোইবদো অমুক্‌ মীওইন থোরক্‌কদব নৎতে। তাইবঙ্‌ পান্‌বসি অমুক্‌ পোক্‌প অমুক্‌ সিবনি। ওমোর নৎতেকো নঙবু লাক্‌চ

খুদুম্ চন্দুন তৌখিব নৎতে। পোক্লবদি তাইবঙ্ কুমহৈ য়াওব তাবনি। ব্রারুন্নু কৈন মমা লাইন য়াংপ খায়াংনী তম্ব অম লাক্কনি।

খুবাতোন্ ংলগে। য়ুম্ য়ৌবগ ইচাসিংগ অমুক্ তান্নরগ ইসুগীদমক্ করি পাংসিংগে ং্য়বদো খননরুগে হায়রম্লগ থম্মোই সোক্ন হন্খরে। বাবু য়ুম্ হেক্ য়ৌবগ নম লৈবর হংলি। ইচাসিংদি কৈদাউ হা। ননদোম্চাগী লুহোংবগী অউনপোং লৈন্ব সেন্ লৈত্নুন ব্রারম্বদু নন্দোম্চাগী মতৌদ য়েংব ঙম্দে। মাগী নুপী মচাসিংগ ব্রাতানৈ। ইচাগীবু ঐখোয় লৈন লেন করিগী ব্রাহন্গদবা? নুপীগী মচাগী ব্রাহৈ তাবগ বাবু থম্মোইদ মোমান্ নোক্চৈ। পাবি ইমোম্ ইপানী মাই চোপ্হন্গনুকো। ইচা পোক্পগী মহৈ য়ান্লে হয়েংমক্ পৈস পুরগ সন কৈথোন্দগী লৈব যাব পোৎসিংদু লাংসিন্লগ নন্দোম্চাগী ময়ুম্দ থিনলুগদবনি। মপান হায়ব মতুং-ইন্ন মচাসিংন মমান্নব খরগ পোৎসিংদু গাড়ি অমদ হাপ্লগ মন্দোম্চাগী ময়ুম্দ থিন্লুরে।

তরুনি পোৎপাং খরগ মখুরান পুবীবক্প পোৎসিংদুগ মপাঙ ওইজবে। হৈজিংপোৎসু য়াম্মী য়ামদে হায়নদ্রে। নোংঙান্লগ মচা নিঙোন্গী অওং অউন্ তম্দুন হৈন-লৈন সমদুন লুহোংলগ থিন্খরে। নুপা নুপী বোর কৈন। সাবী সানৌ অনিমক্ লাইনিংথৌ সনামহি উম্নহা চিংচারোইবীবু থম্মোইদ চেৎন থৌনিজৈ। পোৎচংদি চং সি চং সি চং মরু ওইব কৈনাগী মাংদ পুদুন চৎলিবনি থিন্বদসু। মচানুপী লুহোংব্রবদ তরুনি মদোম্খক্ত নাইতোম্ তাহৌবে। নোংমগী নুমিদাং অরৈব খর য়েন্লি থোংলগ চারা মপুরোইবগ কায়্নখিব মচা মচাগ লৈমিন্নরম্বগী ব্রাখল। মফাং মফাং তাখিবদু খন্দুন তাইবঙ্ পান্দ লৈরিঙৈদ লোইনবম্ব মতৌগুম্ন মপুরোইবদো খুলং ইসৈ সক্লদুন হন্লক্তুন মাংগোন্গী ফম্মেন্দ ফিরোন্ হোংদোক্তুন ফম্ই। (খোইথাংলি) সোগুন্ন লৌথোক্লগ উখোংদ য়ান্লি। তরুনি ফৈজোম্ থুপ্ন মপুরোইবগী ব্রারি সান্নরি। মপুরোইবন হাইরক্ই তরুনি মমা ঐ

শীসিং খর থর্কসি ইসিং য়াম্ন থৌদাংই। ইসিং গিলাস্ অমত্ত লৌরুচো। তকান ইমুংদ ইসিং লৌন চংশিব মতম্দ মগু ফাওবে। মতম্ কুইন কাইনশ্বব মপুরোইবগ সান্নরম্ব রাবীদো মিকপ্ থোবক্পদ মঙ্ ওইবম্দুন তেংথাদুন কপ্চখি। থরাইদি সিদে হাৎবি সিন লাইন।

সামু মতাওগী কৈকুন দোক্তর অম্নী। লুহোংব মুমিৎনি-অয়ুক্ত তাতা অনিন অউনপোৎসিংদু হোনলকতুনা দোক্তবগী সুমাংদ, সংগাইদ থম্ফম্ চন্দদুন মচি ময়া য়েনখাদ পৈদুন লৌবি। অউন্পোৎসিংদু থেংনবদ মীন অমুকতোইব কুম্মৈদু মঙাইরেমি। মীওইবগী পুনসি মহিং যাম্মি মাগাসু ওইব যাববোইদব মীগী মপোৎসিংদু উরুবগ কন্লক্ কন্জাওদুন খোয়সাওব কয়া যাওদব নংতেদো মসিদ মথৌন ওইন কন্লবইবাদি সামু ইবুংগ সামু মাগী অউনপোৎ ময়াম্দু উরুবদগী ৎাওনখিবন মিহুনদো চেন্গুম চেন্গান্খ্রে।

সামু মথম্দ হন্লক্অগা মগী অসাওব মৈসাদু অযিংবিদ পুন্লপ হেৎপনে। ইসং ইমাননবসিংগী লমব পাবদ পঙ্নোপ্ নোপ্পদি নংত্রে। ইমান্নবসিংগী লুহোংবদ উন্নবিব পোৎযাম্সি উরুবগদি ইমাইসি লফম্ব লৈতবে ত্রে। ঐগীদি কদাই উপু মচ খব কাংথোন্সু শংগ্রাগী মামা মকোল্ ওইগদব চরু মকুম্ মকায়ন হান্ব বোবাগী মোন্পাক্ অমা। কোন্হিং কাবব পাথ্রাইগী পুখম্ তেংগোৎ মসিবা মমাংথক্ত খনগৈদ্রব অউনপোৎ। ঙসি অযিংবীগী মপুবোইবন সামুগী মপোৎ সনদ খোংগৎলাবি। ইসুং ইমান্নবাসিংগী অউন্পোৎ ময়াম্দো উরুবগ হকাইদুন তৌববনি খনজে। মমা লুখ্রাবীন মচাগী অউন্পোৎ মবাং কায়ন উন্বীবক্তে হায়বসি খংলিবনিম। অয়িংবীগী মপুবোইবন ঙাংলিব সাওবীব অচুমবনীন মহাক্ কবিসু সাওদে। তুমিন্ন খাঙদুন লৈজে। মপুক্নিংদদি খনজে ঐনা লায়্বব ইমুংদগী হৌবক্প ইপান নাওকোন্বীবক্তব অসিগুম্ব মৈসাসি লাংলিবনি। সামুগ অয়িংবীগ মতৈ-মনাও অনিন নিংঙাই সন্দান্দুন মুংসুক্ মুংসুক্ মোত্ তিন্নদন

লৈরক্পসি ফন কুইবে। থমুমোই সোন্দবী, ইকাই খীবী হায়বসি নুপী ওইবীসিংগীদি হৌন্‌সানি, খাংব কনবীন, নুপাদগী মগুন হেন্‌বীনি অথাং কন্‌বীনি, কালেনগী মৈসালকত্ত সাংশী লৈপাক্লৈনি। ব্রাঙাং খুদিংদ অউনপোংকী ব্রাদমক্ কাঙ্‌লক্‌প। মথন্নাই নুংঙাইতব অমসুং ইকাইবন অয়িংবী সুরম্ চারম্ব খঙদে। মচি-ময়া খুদিংদ তুমিন্ ভুমিন্ মপুক্নিং নুংসিন ঙৈখিব মপাব্রুংবু নিংসিংলগা কপচরি।

হেমসিং মচা-মমৌ অনিন মোত্ মান্দবক্ত্তবসি মচনুপীন খংখি। মপাদু মাংগোন্দ চে-চাং খব যেংদ্‌ন লৈ। মচা নুপান ইমুংদ ইসৌ লাংদুন পোংচৈদ দোং দোং লাংখাই থগাইরি। সামু ক্রিবোন সেংলগ মপান্দ থোরক্‌ই। মপান হায সামু অমুক্ত ঙাইখো, নঙ কদাইদ চংক্দৌবিবনো' সামু চপ্ লেপ্‌লগ ঐগী চংফম্ খংলগ কাবি কান্‌নদৌবিব। ঙাইখো ইবুঙো নঙ্‌ন হায়রিসিবু ব্রাখল অমতা ইতা তাদেনে।

সামু-খোন্ খবা চাউবপ্‌ন, বাজিন হংবীবিসি ব্রাখল তানিংবগী ব্রারা? বাজিন ব্রাখল তানিংলবদী নচান হাইজরগে তাবিবো। ঙবাং নহান্তা মঙাইবি ঐখোযগী লৈকাইসিমকত্তদ ঐগী মকপ্ দোক্তরদুগী লুহোংব বাজিসু লৈকাইগী অহন্ অমা ওইন চেপাও ফংদুন লুহোংব চংপীক্কবনি। হোয়নে চংলুই। অদুদ কৈদৌরব? ইরুপ্‌কী লুহোংবদ উনলক্‌ইব পোংযাম্‌দু উবীরম্‌গনি বাজি। ব্রা মখা যাম্‌ন তানিংবোই। ঐখোয়সিদ উনলকইব অউনপোং সামুগ লাফোইগনি বাজি। সামু অউন্‌পোংকী ওইবে, ঙসি ঙবাংসিদ ইমৌবু সুব সুব নৈবীদুন ইসৌ লাংন পোংত চৈদ তাইনদুন তম্‌ন লাই সাদুন নঙ হৌজিক্ অঙাং নংতববনিকো। ঐখোযন নংবু অঙাং ওইবিঙৈদগী নহৈ নসিং তম্মু হায়বদ য়াদ্‌দুন তোক্‌খিব জোব্রাবগ জবদ চাবী নুপী খরাবু পুনখ্রবা। মাগী মাগী ইমুং মনুংগী মচা মমৌসিংগী ব্রারিন মাঙ থারবনি। খুন্‌লক্কী ক্লাক্ নুপী ব্রারেম্ সুবী কাঙলুপ্‌সু লৈরি। য়ু থক্‌পী নুপী কয়াসু লৈরী

কেথেন্দা পোৎ য়োনলিবি অমসুং লৈরীব ময়াম্ন লীনরীবা ব্লারি খুনুং ব্লারিন কৈদৌনি। নোংমত চেংহী সম্বান্ লাংখিদরে, সংব্রে মনম্গী চেংহীগী মহুৎত সম্পুন মহুৎ সিন্খরে হায়ব।

মতম্গী চাইসেন্ মতম্গী সম্তেন্বী মতম্গী পুংলোন্ন শাথেংনবী মখোয়গী অউন্পোৎসু অউন্পোৎনি। মতম্গী মৌসিংসিন চৎলিব লীচং সাজৎ চাক্চ ফিজেৎ ব্লাঙাং সাঙাং নখোয় ঐখোয়গী মতম্দ থেংনরক্তে। ফিজেৎ চাক্সেংন কাম্খ্রিব, ইকুবোক্, ইনেম্বোক্ কৌনিদে। মতৈদসু মকোক্ খুমদুন থৌগল্লোল্ য়াওরীব্রা? ইবেন্থৌ ইপুথৌ কযান চংনরম্ব লোয়যিন্ সিলোন্ লৈজে। অমাংসংদ চংলুরবদি ইরু সাদেংলম্ই। অয়ুক্ অমসুং নুমিৎদাংসু চপ্ মান্নৈ। চাক্থোং ফি, চাক্চা ফি চাক্খুম্ কাদ অদুম্ থম্নৈ। অসেঙফি সেৎতুন তরা চাক্ যারম্ই। ইরু সাদেংলগ চাক্খুম্ চংলম্ই। নুপীসিংগী ইমাং থাসু চাক্খুম্ চংব য়াদে। খাংঙু থক্কী চংনবীদ পুসিন্লক্ইব অওন্ব দাইনিং তেবন্দ চাক্ চামিন্নৈ। চাওখৎপ অওন্ব পুরক্লীব গ্যাস সিলিন্দর থোরকপদগী অসেংব চাক্খুম্ ফুংগ লৈরক্তরে। অসেংবন কদাই অমাংবন কদাইনো। পুমতোৎ তোৎখ্রে। অথু অকায় লাক্লবদি চা-খরদংগী লোন্বগীসু গ্যাস। হীসং খরদং সাহন্বগীসু গ্যাস পুম্সেংদ সেংলব চাক্খুম্গী মতম্সিদ।

অবোক্ খোইন অমাংসং চংলুবদ তোংলুব সেন্দন্ থম্লগ চাক্ থোংব মতম্দ হোংদোক্ই। চাক্ থোংবদসু সেন্দন্ তোংদে। চাকখুমদ ইরুজদন চাক্ থোংব য়ারম্দে অসেংফী মুগান ওইরম্ই। য়ম্থোংগী লৈরম্ই। হৌজিক্কী মৌসিংন চৎন্রমলিব থক্সি খাসি অসিসু ওন্থোক্ন ফজৈ। লুতুং সমবুন্লিব মৌসিংন কোক্ত ফি অমা কোয়েৎ ওইন য়েৎতুন ফিগোন্ চিংখৎন মৌনি খংনবা হোৎনৈ। খ্বাংফি সেৎলিব লৈসাবিনি খংনৈ। লুমাং হাবুন্ লৈরগ পান্থৌ কৌবদ হাও হাইন খুমই। লুতুং হাবুন্ লৈরগ পালেম কৌবদ হাও হাইন খুমলীব অদুগী মাইয়োক্ত।

চানুরাদগীন মৌ অহন্ ফাওব ফনেক্ খোইখ সেংখবে। সম্লাংস্ কোইকক্নরে। নুপা শীবরেন্ মখৈন সম্লাং য়োক্থরে। চন্ন নিঙোন্ ওইবিঙৈ ফনেক্ খোইদোম্ সেংখিদো। লুহোংলব তুংদ ফনেক ফিগোন্ চিংখৎতুন সেৎনৈ। ফিগোন্ চিংখৎতুন সেংখ্রব, মৌ ওইগ্রব নুপান ফনেক্ খোইখ সেৎলবাদি থক্সি খাসি য়াওদব তারম্ই। মতমসিগী মৌসিংদি হাইরিব য়ুমপান্লোন্ নৈনবিদে। মৈর কৎলব অয়ুককী নোংমগী নুমিৎদাং য়াচংবগী অয়ুক্ ঙন্ন কোন্নব, নুমিদাং ঙনন কোনসিন্নব হায়ন মৈব কৎচবিব ইবাৎ থৌনিসে কাওবীরোইদবনি.

মীওইব ঐখোয়ন ঐখোযগী চৎনবী লোয়িন্ সিলোন্ ঙাক্ন চৎপ ফিজেৎ চাক্চ নুপী ওইবিসিংগীদি। পোম্বী লাংগী ফাগুপাসিংগা লৈতেং ওইন্‌বিবনি। ইকাই হাঁক অমদি লৈতেং ওইহনবীধান। মৌ অমোম্ মকু মনেম্ন লৈকাইগী অহন্ লমনন বাবি ঙাংনগদব হায়বা ফাওব কবিসু নাচুংবীদে। মখোযগী লিচৎসিন লমচৎ খংদবী রাম্ক্ রাতেম্বী, লরাই মচা তাবীনি হাযদুন মপু মপন চেনথহন্লি।

য়ুম্পান্লোন্ খংব মৌন নোংমগী চেংফুদগী চেং জৌবদ মুৎ তদং হনজিন্গনি। মসিবু চানিংখাক কৌই। কৈদগী ফৌ পেকলস্ খুজোক্ তদং হন্জিন্লি। অসিসু চানিংখাক্ লাইবেম্নদ হাইজবনি লৈসৌন সৌগুম্ সৌবিযু হাইব রাথন্লোন্নি। মসি পুমনমক্সি পলেম ইমান তাক্পি, কৈদ ফৌ হৌজনব ন্নামৎত কৈদগী ফো পেক্হৈদে। রাক্চিং থাদ কৈ য়ুম্ সাব কৈ কাব য়াদে হাইবি।

উন অহন্ ওইবদি মফৈজে মীন অহন্ ওইবদি গাঙচ চানসু যাদে সিংচ চদ্রবদি ইচা ইমৌসিংদি নোং হেক্ ঙান্বগ জাবদ উমলিব মচিন্ ময়া সেংই সেংদে খঙদে। চাক্ পুখম্ মচাসিংদুন পুন্ন চব রান্লিব, চাবম্ থক্লম্ব কোনলিক্ সিংদু ফেংদোক্ সেংদোক্প ঙাইবিঙৈদ হযিংনা রা রা ইন্লি।

অঙাংগী নামদ চাক্ পুখম্ চাসিন্লে অরাম্ খৌরাং লৈররোই। অমগী য়ুম্দ টি: ভি: য়েং অম্গী য়ুম্দ অমুক্ চৎ, য়ুম্ অমদ অমুক্ ফম্ বারেম খর ঙাং-সক্নরবসু মৌবু খোঙথাং খুদিং য়েংসিন্লি মহায়দো। মপু মপেন্দি মতম্ হেন্দুন চরি তৎলবা অহন্সিংন চাব য়াদ্রদুন হিসিং য়াউম্ খর থক্অগ মতোকই। মীগী মচানিন মৌদো ঙাংলু চৈরুগদবসু খা চিক্ন, থম্মোই চাক্ন খাঙখ্রব মপোক্নি। মীৎন খরা য়েংলগসু, অহন্সিংগী চাক্সি ঙন্ন চাশিংব মান্লে হাইদুন নোংঙান্বগ চাক্ খোংদোক্ই।

গিনা খর য়েংলগসু তর চাক্ ঙন্ত হেক্ত খোং। মথম্মোইদ চাক্ ঙন্ন শিজনিংবগী খোংব নৎতে। অহন্সিংবু খোইন হেন্নন সাওহনব খুৎথোর্নি। চাব থক্প হায়বসিবু মীয়ামগী ওইব চৎনব মতম্ অমা লৈ। চাক্লেন্ চাবগী মতম্ য়ৌদ্রিঙৈদদি পুক্ত অরাম্ খৌরাংব পোক্তে। অমুক্ ঙন্ত চাক্ থোংদুন থমখ্রব। চাক্ চজিক্ ওইখ্রব চাকতু চারুবদদি থম্মোই লাইমন্ কাংখ্রেহে।

কালিগী মৌগ হয়ি চক্কী মৌগ খেৎনব লৈরি। মমাঙথক্কী মৌদি লুতুং সম্বুন্লি। মেলৈ লৈসন নোংচুম্প্নসু হাইরিসে, ইমাগী পোৎনি। সম্জিদ সম্বুন্ অমা মেন্বাবুনি সৈথারিব নিংদু য়ৌন মৌসিংন লাইবুংদা সাব জগোইগ মেন্সিন্লিব সম্লাংদুনি। সম্কক্সিগ খেৎনরিব খরা মখৈদি পনখ্রে। হৌজিক্কী জারদ চাবী-মৌন কা হেন্বগী খৌওং হায়ব তারগদি পোৎ-চৈ অউন্পোৎকী থৌদোক্ ব্রাথোক্নি হায়ব।

ইনাক্ খুন্ব পৈসা পাইবসিংন উৎলক্প থবক্তি মপা ইচুম্ত চুম্ই। ইরেম্দ লেম্ই। ইফদ ফজে। লায়র চুদৎনবগী থবক্ন খুদৈ সুবদ নোং নংই। খোরৌ থাংব মচু তাদব অব্রাৎপ মীব্রা তাফম্ ঙাক্ত ওইরিব লৈবাক্ মচা তাদব। মচিন্ চৎপ মীন ঙাংথোক্ সক্থোরক্পদি অরান্ব ওইবসু লাইব্রা মন্তর ওইব। ইনাক্ খুন্বগী অঙাংদি মনপ্ সিংতোক্পি।

লাইরবগী অঙাংদি তুক্কচনৈ। হন্ন ফাওব য়েংবিদ্রে। লায়রবদদি লুকোক্পদ লেন্ তাই। নোং চুরসু ইমুংদ তাই। অনাবদ ম্বিৎ তাংই অপাৎপদ হয়িং তোংই। লায়রবন বদানাম্ চাই।

মীওইব ঐখোয়ন সিরব মতম্দ লান্ন থৌরম্ পাংথোক্ই। তরেংকী সেন্দি পায় অমন সিন্বনি। অমাইবন ইরাৎ লাইসোন্ থৌরম্ পাংথোক্ই। অথেম্পোৎ চংই। মৈর খোইরু কৎতুন অরোইব থৌনিখি। অহন্ লমন্দ তরেৎকী সেন্জ অঙম্ব কৎলি। অদুসু পাইনি। কাইরগ য়েন্বনি। লৈকাইগী সিংলুপ্ চেং খাইনৈ। চুহিগ সংগোম্গ অচা অথক্নি। তাইবং মীওইবগী চাওখৎপগী থাক্ চৎনবিসি অদুম অদুম্ হোংলক্ই। অরেপ্প লৈতে হায়ব য়াই। লান্ন থৌরম্দ পালা ঈসৈ সক্পদ নম্ লেং ফিরোন্ থানরম্ই। খুদৈ পৈস পায়নাতনতৌরম্ই। সিকি মখাই লুপ অমদগী অনি সুম্ সুম্ ব্রাংখৎলক্ই। ইন্নাক্ খুন্ব কাংবুদি কাংথোন্ সৈজ কৎলিবনি।

অদুগ নুপী পাল সক্নরম্দে। লুপ অমা অনিদগী মঙাচৎপী ইরোইন্ন ফিরোল্ কয়া থান্রক্ এ। লুপ মঙাদগী তরাচৎপি দখিন কৎলে। চান্নব ক্বা খুয়েন্ ৩ রক্ চানব মতুংদ তল্ খেচরি পলাস্তিক্ পেকেৎ নন্ন থম্লগ খেচরিগী মতুংদ হাপ্কনি। ঙসিগী মীরোল্সিন পোক্পদগীন ইপান্ নাহুৎ-নারেং, য়ুম্-সংগাব, লুহোংব, সিবগী লান্ন থৌরম্। পাংথোক্লিব সেন্চং অসি হেন্মন্লে হাইনিংই। মী অমা সিব ফাওবদ য়ু য়াওদব য়ারক্তে। মী য়াম্লক্পগী মতুং ইন্ন লুহোংব লৌখৎপ লান্ন থৌরম্ নোংম কাংদরে। সক্ সোন্লিব ওজাসিংদুন মতোন্ থোক্ই। থৌরম্দুগী মপু থৌবুন লৌসিংত খাজন থিহৌরে। থৌরম্ অদুদ মচা নিংঙোল্সিংন কৎখিববু মপান্ লাইব্রা হায়নরি।

সন্জাও পাইব কাংবুন লায়র অনংগী ইজৎ থৌগন্লোন্ খজিক্তসু য়েংবিদে। সেন্ পাইবনি ঐদি মরুপ্ মপাং খুকন্ পান্গন্লি মতাগুম্ ফিবোন থাব কিক কিক্ লুপ জ্রো জ্রো মচা নিংঙোন্দ

অউন্‌পোৎ মপৈ মপৈ লৌ হৱা গাড়ি য়াওন।

ইনাক্ খুন্‌ব মচা ওইরসু, লাইর মচা ওইজরবসু রানি ওইন থম্‌বা ঙম্‌গনি হাইরি। লৈমন্‌দবগী মরাইবক্‌ত খুদুম্‌ন সুরগ খাঙব নৎতন লৈতে। হৌজিক্‌তি গনতন্তরাগী য়ুগ্‌নি, মান পাম্‌ব তৌববু মীগী মরন্ য়াওদে খন্‌নৈ। মদুগী ৱাখল্ অমসুং মিৎয়েংদুনী ঐ ঐন তৌজব থবক্‌ত মপ কনন মোদোন্‌লে চিন্‌গদগে হায়্‌নরিব। মসিগী ৱাহন্‌থোক্ হায়্‌বিয়ু সমাজগী ৱা খংদে। মান মান তৌরিবদুন মচুম্‌লে হাইবনি।

হায়নিংব ৱাফম্ অমন (সৃদ্ধ) অম সোন্‌বসিদ বামোন্ অদুন য়ুম্‌মাংব লৈরগ মীগী (সৃদ্ধ) দ লাই লেংসিন্‌দুনা করম্‌ন পাংথোক্‌লুই। লুরিবদি লাইবুদি জিবন্যাস তৌগদ্‌বনি হায়। (সৃদ্ধ) অদুবুদি মাংন সোন্‌ব নৎতরা? সোম্‌দ মি সিব অমা খুদক্‌ত হাইরে, ইখুলদুগী লাইদি হরাওরি লাইগী কমিতিদ পাউ পিরে ঐখোয় অহন্‌দো সিরে। অতোপ্‌প মুস্‌লিম্ অমসু সিরে লম্‌দম্ অমগী লাই হরাওব মতম্‌দ খুল্‌গী লাই হরাওব মতম্‌দ নারগ সিব ওইরো খুদক্‌ত এক্‌সিদেন্‌সত সিব ওইরো। লৈপাক্ নিংথৌন জাৎ বিজাৎ ধম্‌র্ম ইনাৎ লাইনিং মান্‌ন্দ্রবসু লাইথোং লোন্‌দুন অৱাব সরুক্ য়াগনি। মৈগী পোৎলোইসু লোইরগ ফুম্‌বসু লোইরগ অমুক্ লাইথোং হাংলগ নাহৈ নাসেংলগ লাইসংসু অমাইবন সেংদোক্‌কনি। তুংদ অমুক্ লাই হরাওব লাইগী থৌগল্ চংব য়ারে তাক্‌লি। অতোপ্‌প লৈকাইদন মৈতৈন ১০নি য়ুম্ মাংই। হিন্দু চৎপাসিংন ১৩নি য়ুম্ মাংলি। বামোন্‌ন ৬তসু স্রদ্ধ পাংথোক্‌লি মান্‌নদবসি লৈপাক্‌সিদ লৈরিয়ে।

লায়র অতোন্ অতান তৌজব থৌরম্‌দ মতিক্ চাদে হায়্‌দুন মখোয়গী মপা মপুন মরী মতাসিংদু কোরৌ তংখায়দ লৈরম্‌দৌরিবরা? পুয়ান হায়ব অমা লৈ, লাইগী মফম্‌দদি অঙম্‌ব খরদং কৎলিব পোৎসক্‌তু য়ামব য়ামদবগী থোইদোক্‌তে। অসেঙব থম্‌মোইদু খক্‌তনি। ইন্‌নক্

খুন্‌ব অচাওরম্ কাব মীগী মতৌদু লায়্‌রব ঐখোয়ন তম্‌লুবদগী লৈজব লৌ ইংখোল্ মচেৎ খরদু বান্‌দোপ্ নম্রগা য়োন্‌খোক্‌প। মান তৌবদগী ঐন মঙোন্‌দগী হেন্‌দব য়াদে হায়ব নাপল্‌গ সিংনরবদি লায়র ময়েং তাহৌব। লুহোংগদব ঙাইহাক্ত ঙাইব ফাওব ঙাই-সেন্ ওইগদৌরিব মরিদো মফি তাখৎনবসি হৌজিক্ হৌজিক্ থোক্‌ইবনি।

লুহোংব লোইরবর হাইববু মদুনসু লোইদরি। মঙানি চাক্‌কৌবসু লৈরী। মাংলম্ চৎকী মঙানি চাক্‌কৌবদি মচা নুপীন ময়াগ মনেম্‌গ নম্রগ মচাসিংন থোং থাক্‌লগ চাক্ চব অমা পিজরগ লোইরম্মী। হৌজিক্তি নিয়োম্ অম লৈরি, হয়েং চাক্ কৌবনি হায়ন চেপাও পিহৌরে মঙানি সুদন হৌজিক্কী মতম্‌সিদি চফু কাইরগ ক্লাক্ন হরাওগুম্মী। ব্রাইরুব জিংঘা অদুন খন্‌লিব মান্‌দোপ্ অদু চাক্‌কৌব লোইদ্রি ফাওব খন্‌লে। নুমিৎ ৫নিদ নৎতে চাক্‌কৌব নুমিৎত নুপ ময়ুম্‌দ ঙা মোন্ ৫দং নম্রগা লুপ লিসিং ১০ পিরক্‌উ। চাগদব মীন খুনপাক্ অমনি। লৌখিব সেন্‌গ উন্‌লক্‌লিব পোৎক চাংদম্‌নবদ নুপ ময়ুমগী মনেম্‌বোক্ সৌ সৌ নিংঙাই সংদান মনেম্‌ন মমৌবু অখাব মীয়েংন নুমিৎ চুপ্‌পগী মৈরিক্‌পীদগী মৈজাওবী ব্রা ঙাক্তা মঙাইরে।

## পুন্সি ইপাক্

তাইবঙ্ ইপাক্ লান্নব পুন্সি অমগী সিন্দম্ সং অসিদ নেদ্রমনি লৈবি সিন্দম্ সং অসি লিংখৎপা চহি ৫ মপুং ফাবক্লে। চন্দ্রমনি ওন্থোক্ন হৈন্বম্দে। অদুবু মমৈ থংদদি হৈন্বগুম্ ওইবে। কৈসম্ সং মদুদ লৈবিব মীসিং অদুগী হিদাক্ - লাংথক্ চান থক্নব মতম্ চান পীজন্ব চন্দ্রমনিন কোযচেন চেন্দুন লৈ। মসাবুস্ পুনসি ইপাকন্গী কননব হোৎনবিঙৈ অতৈ মতম্দসু অখং অহৈ কৌদ্ন অফব বাখন্ তাক্পী। পুন্সিগী মী অম ওইনব পাওতাক কযাম পীদুন ব্রাখল্ তাহন্লি।

সিনদম্ স‌ং অদুগী অকোযব যেন্নখ অকোয্ব তবাগী যেনসিং খায। গেত অম পাল্লি অযাম্ব মতম্দ সো লোল্লি। যেন্নখ পবেং সানবৈ মনম্ নুংসিব তখেল্লৈ, থাবনলৈ, কবোক্লৈ, নুমিৎলৈ, মনালৈ, চেবংলৈ, কুন্দো কুদাম্লৈ, জুবাকুসুম্, লাংথ্রে, উবিক্ সনাবৈ, মনা কক্প পবেং পবেং থাবি, ফৈদোম্ সেম্লগ। মযাইদ লম্ ৫০নোম পাক্প মফম্ অম লৈ। ইকোই কোইন লৈসু মিৎ থুম্ন যেংবগী ফজব ইসিং কাপ্পী অমসু লৈ। নোংমদ সিন্দম্ সংগী মীন হক্চাং সাজেন্ তৌদুন অব্রা নুংঙাই পোৎথানৈ।

লৈ পাম্বী খুদিংগী ইসিং চাইব লোইরম্লে। চন্দ্রমনি লম্পাক্ অহাংব অদুদ খুদৈ মচা অম পুথোক্লগ খুদৈদো তিংথোক্লগ ফম্মি। ঙসি নোংমাইজিং নুমিৎনি কৈসুম্ সংগী সো ঙাইহাক্ হাংলম্মী।

কন কনাসিং লাক্প য়াই খন্দুন গেৎত মাই ওন্ন লৈ। মাগী হৌখিব পুন্সি ঝারি নিংসিংলক্ই। হৌখ্রব মতম্ অসুক্ হন্লক্লারোইদকো। নান্থোক্খিব ঙান চাওবগুম্ মতম্ ফরিঙৈদ পৈস য়াম্ন মাঙ্হন্খিব। মমা-মপান লাইরিক্ তম্বগী অচংব পৈস থারক্প মখৈ লাইরিক্ তম্বগী মহুৎত সংগ ফৎতব তিন্নরগ ফোর চাব কাপ্প, তেব্লেতনচিংব মখন্ সুন তেস তৌখি। পৈস কোন্নদে হায়দুন, মমা মপাদ পৈস থারক্উ হাইখি। থারক্প পৈসাদুন এক্তিভ লৈদুন মমান্নবসিংগ লম্ কোয়দুন লৈথোকই।

পরিখিয়া হাইদোক্লে খবরদ য়েংনৈ। চৎতুন বোৎত য়েংলুবদদি ফেল্ ওইবদগী রোল্ নম্বর খবরদ চন্দবে।

মমা-মপাদ ফেন্ ওইরবদি পাও পীরক্তরে। পরিখিয়া লোইরবনিন য়ুম্দ থোরক্উ কৌরে। খংহৌদন নোংম মনিতোম্বীগ থেংনখি। মাগ নুংসিনবগী মনিতোম্বীন মাগীদমক্ পুন্সি ইপাক্ত লান্ঙম্ ফিরান্ থেৎকে খন্ন লম্মাংনরব পুন্সি ইপাক্তগী করম্ন কন্ব ঙম্গদগে হায়ন খন্লি। ইখং খংহৌদন, ঙাবোই সবান্ মান্বী কুলৈ কুচুনি। হার চাইব ফৌননা লাংবন্ থাদ মালং সাহুম্দ ঙাথু-থেংথু মরম্ চৎখিনদো মঙাই। ফজবগী চাংদি গেত্ লোম্দ চংলক্পদু চন্দ্রমনিন উঁই। লৈসাবীদু চংলক্প উবদ চন্দ্রমনিন পরপ্ পরপ্ লৈসাবী অদুগী মনাক্ তম্ন চংসিন্লক্ই।

- ঙাইরম্লিবনি ঐসু লাক্ও লৈখোং অসিদ

- ঐগী ঙামোক্ করি য়াওরক্ই।

- অংগুরও, সেম্ও, কোম্লাও পুরক্ই। নহাক্ন পাম্ব লপ্

ফুরুত্নি।

- অংগুরদু খরা চাসিদ

- অং ঐ পিরক্কে নহাক্পু করি চারগ লেন্লিবগে?

- নোংমগী থোক্উব চাবনি, পুন্সিগী ইপাক্তগী নৌ য়াওদন হোন্লিব হিনি। ঐ হৌজিক্ ইয়াইদ লৈরি নহাক্কী খন্বীবনি ঐন লানঙম্দ্রিবসি। নহাক্তি করম্ তৌরিব্রগে?

ঐসু ইসুং ইমান্নবিগ পুন্ন পার্লর অমা হাংলে। নোংমগী পার্লর অদুদ চৎলি। সেনদোংসু অদুম্ ফংলি। নোংমদ ঐখোয় অনীন লুপা ৩০০রোম্ ফংবসু ময়াওই, ১৫০ য়েননৈ। নোংম ২০০ ফংলগ ১০০ য়েন্নখি। ঐগ পার্লর তৌমিন্নবিদো লুহোংগদৌরে।

- চন্দ্রমনি মাইমাই হাইরপ,

- নহাক্সু সংগোই তেক্প য়ারে।

- ঐদি সংগোইদু মন্দুন তেক্লবনি।

- মতম্ চাবিঙৈদ সাবিঙৈদ য়ৈয়ু হাযনব লৈ।

- ঐদি কনাগ লুহোংগদৌরিব, ঐদি লুহোংলরোই হায়ন পুক্নিং চপ্ য়ুংন লেপ্লে। মদুগী ব্বাদো পন্লক্কলনু মতুংদ।

- মনিতোম্বি ঐসে ওন্থোক্ন সিরাপ্ তৌরক্প নুপীনি,

ঐন পুন্সিগী ঙাক্লৌ ওইরগ নহাক্পু মাংহন্নিংদে। হন্দক্ মপোক্সি নিংবা থুংদ্রিবসিবু? নহান্মপোক্ত পাপ্ য়াম্ন তৌরক্লমল্লে। হয়েং মুক্কী মপোক্ অমা লৈরম্গদর লৈরম্লবদি চক্ অদুদ ঐখোয় অনি থেংনসি।

- মথংগী চক্কী ব্বাবু ঐদি থাজব ঙম্দে। ঐখোয় অনিগী

ৱাখন্লোন্ য়াম্ন পিক্মন্লে। পুন্সিসিদ নীংব থুংব মী অমত লৈব হৌনদে। অমদ নম্রগ অমদ অদুম্মক্ নীংব থুংদব ঙাক্নি।

- নুম্মিৎন চিংয় পাংখরে, ঐ চৎখরাগে, অচা অথক্ পুম্নমক্ মতম্ চান চাব, মতম্ চান তুম্ব নোংমগী সাজেন্ কাওদব ফৈ। নথ্ম্মোই পিক্কনু।

মনিতোম্বী চৎখরে, চৎখরাবদ চন্দ্রমনি ৱাখল্গী ইবৈদ তাওদুনা লৈরে। ঙাইহাক্ খল্লুরগ মথন্ত নিনদ তৌজে। চহি খবাগী মমাংদ মনিতোম্বীগ থেংনজরম্লবদি ঐগী পুন্সি অসি য়াইফরম্গদবনি্কো। অমসুং মনিতোম্বীবু পুন্সিগী লোইনবি ওইন ফুংগ অমদ নাক্থ ফম্মেন্ খাইন পান্ব ঙম্গদবদো নান্থোকখিদ।

মনিতোম্বী মমান্নবি বানি কৌবী অমগ, চন্দ্রমনিগী য়ুম্দ লাক্ই। মনিতোম্বীন নোংম রানিগী ময়ুম্দ লাক্পদ চন্দ্রমনিগ থেংনখিবনি। য়ুম্ মথং মথং ফাওরক্পদ চন্দ্রামনি অচানব হেক উনবদ নুংসিনব ওইবামালে। মনিতোম্বীগ চন্দ্রমনিগ মিৎ হেক্ চান্নকব মখোয় অনিমক্ মখোঙ্দগী লৱাই লুতোন্ ফাওব ইলেক্তরিক্ন চিংবগুম্ ফাওখি। মনিতোম্বীন চন্দ্রমনিগ কৈ লাবগী সাবন্ তাবব কুলৈ কুচুদ কোইবপ্ তৌব মিৎত খোয়্বপ্ তৌব সম্দদুদ ঙাওকরামানে। চন্দ্রামনি চুং ফিরান্ চাবী মরেপ্ন হায়ফেৎ ঙম্বী খ্বাং চেংলপ্ তৌবী মাইথোংন তঙাং তঙাং কুচুদ লম্যৌবি মনিতোম্বী উকবদ সজিক ফান্লম্ব থাংগোন্ লেপ্তুন মখ্বাং মেৎতুন মমিৎ কুপ্তন চন্দ্রমনি অনৌব অসা অনৌব য়েন্নিং চোংখি।

চন্দ্রমনি অমুক্ ওক্তব সাজৎ চৎলরোই, মতম্ খবাসি ময়ুম্গী থবক্ য়েংসিন্দুন ৱাখল্ তান লৈরী। ঙসি অনৌব অসা অমগ লোয়নন মনিতোম্বীবু মাগী ৱাখল্ অদু নুংবুংনবে। মনিতোম্বীগ চন্দ্রমনিগ নুংসি লম্বিদ চৎমিন্নরি। মীকুপ্ অমতং উহৌদবদ পোৎথাফম্ লৈতে।

ফোন্দ নুমিৎ খুদিংগী মতম্ কুইন কুইন ব্রারী সানবদগী য়ুম্গী অহন্সিংন ব্রাথোক্ ওইনরে। পাখং লৈসা অনিন অয়ুক্কি লিক্ল কংদন লৈব মতম্নি।

রানি চান্নবি মরুপনি। নংঙোন্দ্ ব্রাফম্ অমতং হায়্গে তৌবনি। অদুবু কদৌরব? অদুবু ব্রাফম্ সিমদি হায়হৌদ্রবদি মতম্ কুইন নিংব কাইনি ঐবু অমরোম্দ ব্রারৌরক্পসু য়াই হায়্দুন ব্রাফম্ অসি হায়গদৌবিবনি।

মনিতোম্বীন হায়রো করি ব্রানো।

- চন্দ্রমনিগ কয়াম্ কন্সিন্ননা -- মীনদি অনিসি য়াম্ন নুংসৈনে হায়নৈ।

- অচুমবনি, রানি ঐ মাবু থম্মোই সেংন নুংসিরুরে। ঐ মাগ লুহোংলগে চপ্ লেপ্লে।

- রানি লুহোংলগে খন্দুন লৈরে।

- হোয়মী

- ঐনা খন্দুন, মাগ নংগ য়াম্ন নক্ন তিন্নরমগনি হাইব।

- ঐনা খন্লুদে, মাগ নংগ য়াম্ন নক্ন তিন্নরম্গনি হায়ব। নহাক্ ব্রা অমা ঐঙোন্দ লোৎলে। নহাক্ন হায়নিংলীবদো করি ব্রানো হেক্ত হায়রোমী।

- রানি নহাক্ নথব্রাই য়াম্ন নুংঙাইররোই হাইব ঐসু খংই অদুম্ ওইদুনসু নহাক্ক মাগ য়াম্ন নক্ন তিন্নাহন্নিংদে।

- মাগী নুংসিন্ব নুপী অমা লৈরবরা?

- নৎতে অদুগী ব্রা।

- মতম্ মাংহল্লগনু অরেম্বদ
- ইচিন্সিন হেক্তা হায়রগদ্রা।
- কৈদৌরগে হায়রো।
- ঐন হাইরুরগন নহাক্ নিংবা কাইগদরা?
- ঐ নংঙোন্দ পেনদব অমত লৈরোই।

চন্দ্রামনি নহা ওইরিঙৈ মী ফংতব খরা তিন্নদুন দ্রগ চাব, কাপ্প খরা তৌরম্মী অঙাং ওইরিঙৈগী মতম্দ লাইরিক্ লাইসুদি য়াম্ন ফন হৌরকই। মবুক্সু তপই। চহি মতম্ খরা ঙাওসিন্নরম্লগ অদুদ মাগী লৈখা তানবগী মচাক্ লৈখ্রে। য়েংঙো মাগ য়াম্ন কন্ন লোয়নরম্ব মমান্নব অমা ঐচ: আই: ভি পোজিতিপ্ ওইরবনি হায়নৈ।

চন্দ্রমনি মসাগীদি ঐ চপ্ চান খংদে। অদুগ মমান্নবদুগীদি মী অমদগী ৱারি ফজন তারবনি। ঐন নংঙোন্দ হায়নিংলিবদি নহাক্ন মাগ লুহোংব  তমলিবদো নখোই অনি ঈ তেস্ তৌব পামই। তেস্ তৌরবদি অসেংবদু খংলেদন। হৌজিক্তি ইবেম্ম কুথি য়েংবগী মহুৎত ঈ তেস্ তৌবন চংনরবনি। ময়াম্ন ঙাংনরিবসি নহাক্সু তাদবরা? ঐসু নুপ অমগ করিগুম্ব লুহোংব তারবদি ঈ তেস্ হান্ন তৌমিন্নগনি। মতম্ মতম্গী লাইন লাইওংসু খংদন য়েংথোক্তব য়াদবনি।

মমাংঙৈগী মতৌদো কলি য়ুক্তদি নংতে। শুম্ওন্ ওন্লবনি। য়াম্ন চুম্ব ৱাফম্নি নহাক্ন হায়রিবদু। হৌজিক্কী মতম্গী চংনবী খংদব য়াদে। ঐ থৱাই য়াম্ন নুংঙাইতে অদুবু নহাক্ন মতম্ চান চেক্ অপ্ তৌনব পাউতাক্ পীবীবগীদমক্ নহাক্পু থাগৎচরি। নুংসিনব হায়ব অসিদি নুংগী ওইব অফ ফংত খন্ন হৌগদবনি।

ৱারি অসি খংখরব মতুংদ ৱাফম্ অসি খন্নখি চন্দ্রামনিগ মনিতোম্বীগ ঙসিগী ৱারিসি মহৌসাগ ইমান্ মান্নদে পুন্সি ইপাক্ত

ইরোইব হৈবগ হৈত্তবগ ইয়াকমিন্নৈ হাইনবসু লৈ। অরেপ্প অমগী মখাদ ৱাপি সান্নব মান্লি। চন্দ্রমনিগী হৌখ্রব ৱারী খঙ্দোক্নব তপ্ন তপ্ন মনিতোম্বীন কাইহৌরি। চন্দ্রামনি মাগী হৌখ্রব ৱারিসিং মীরৈবাক্ত মান নিসা চাথিব ময়ামদু লিখোরক্খি। মনিতোম্বী নংনা খুদোম্বী থিন্ থিন্দুন ঐগী হৌখ্রব পুন্সিদ থবক্ ওইন থোকখ্রবা থৌদোক্সিং পরেং সান নিংসিংহল্লী, অমরোম্দ ঐবু তেংথাহন্লি। নহাক্ক হেক্ উনব পুংফম্দগী ঐগী পুন্সিগী অনৌব ইচেল্ অমগী খোংথাংজিন্দুন লৈরে। ঐ করিগুম্ব নিস অমত সীজিন্নয়রোই হায়্ন পুক্নিংদ চপ্ য়ুংন লেপ্খরবনি। ঐহাক্ তাইবং য়ুম্লেপ্ তম্ব পাম্মী ঐ ফুংগ অমগী মপু ওইব পাম্মী।

চন্দ্রমনি মতম্সি সম্ হৌব মী লাইরুনু। ঐবু লান্ন খন্গনু ঐখোয় অনি লুহোংব ফুংগ অমগী মপু ওইব য়ারে। অদুবু অমুক্তং ঈ তেস্ তৌরুসিদন। চন্দ্রমনি ঈ তেস্ তৌবগী ৱাফম্সি মংল তাইবংল হেক্ তাবদ পাখৎপসু পোক্ই। ৱারী খরা সান্নরব মতুংদ নোংম ডক্তরদ চৎতুন মখোই অনি ঈ তেস্ চাংয়েংখি। নোংম মখোয় অনিন ডক্তর অমদ চৎতুন ঈ চিংদুন পিরমলে। নোংম লৈরগ রিজল্ত্ লৌরব য়াগনি হায়্রক্ই। চন্দ্রামনি ঙসিদি মহৌসাগ মান্নদে। মায়্থোংদো ইমক্ মক্সিল্লি। অদুবু অখাঙ্ কন্বগী নামৈ থেৎপ্গী উইন্ কন্ব অমদি লৈ। চন্দ্রমনি কৈদৌরে নস নুংঙাইতরবরা? নহালগী তেস্কী চেদুদি লৌরুবরা? চন্দ্রমনি মিৎন য়েংলগ চেদু পিরকই। মনিতোম্বীন নেগেতিভ্ ওইরকই। ৱাদি ঙাঙ্নদে মমিৎ মরিমক্ত লাইজ ইফুৎ কাইদুন থিংব ঙম্দন পিরাং সিন্থরক্লি। চন্দ্রমনি কপথৈ কপ্লুরগ মমিৎ নোইর নোইর তুমিন্ন চৎখ্রে।

নুমিৎ তরানিরোম্ হৌখ্রগ খন্ব মথৈ খন্লুরগ অরেপ্প ফিরেপ্ অমগ মনিতোম্বীবু উনব লাক্ই। মনিতোম্বীগী সম্লাং নান্বীরদুন তপ্ন হাইরক্ই। মনিতোম্বী ঐন নংবু কয়াগী মতিক্ নুংসি হায়্বদো

ঐগী ইচিল্‌সিন ফোংদোকপ ঙমদ্রে। ঐসে লাইবক্ কয়াদ থিগ্রবনো। নহাক্কী পুন্‌সিবু ঐন মরম্ ওইদুন লৈখ তাহন্‌নিংদে। নহাক্ন ঐগ কাম্নব হায়বদু ঙসিদগী ওইরসিকো। ঐন ঐগী পুন্‌সি তুংগী অসাগীদমক্ ফিরেপ্ অমা লৌরে। ইমা ইপানসু য়াররনি। অনৌব সমাজ অমা সেম্নব সিন্দম্ সং অম লিংখৎলগে। মীওই কয়াবু মতিক্ চাৰ মী অমমম্ ওইনব হোৎনব অদুগ ঐন সিন্দম্ সং অদুদ পুন্‌সিগী লেংদন লৈরব।

ব্রাফম্‌সি ফোংদোক্‌লগ অনৌব মাইয়োন্দ অনৌব অসাগ লোইনন অনৌব মিকপ্‌খি। মনিতোম্বীনসু মীৎলু পীরাং চেন্‌লদুন মিৎন য়েংল য়েংলগ ব্রা হাইদন মখোন্ থোক্তন মিৎন য়েংবদ খংব ৱাহৈ সিজিনখিয়ে। মনিতোম্বী ব্রা ঙাংব থোক্‌খিদরে চন্দ্রমনি মখুৎ অনি চেৎন পাইসিন্‌লক্‌খি। চন্দ্রমনি কায়্‌নবগী ফিজং মরুম্দ ফম্লুবনি। কুইন ফম্লব য়াদবন মমিৎ উইসিন্দুন হৌগৎলকই। ব্রা ঙাংদন মীৎতন য়েংলগ সিন্দম্ সঙলেন্ তম্ন চৎখি।

## দিমান্ লেটর

ত্রেনগী মখোন্দুন ঐবু তুমদন খাংখি। য়েন্ য়াহিপ্ত ঐ তুম্থরুই। মিক্পতি থোরক্লে। অদুবু মিংতি ইউ উইসিন্দুন চংলি। বোম্বে ইস্তেসন্ অম্দা হান্ন তাখিব খোন্জেন্দু নাপ্প সিংজ য়েন তারি। বাবু সেন্ পিয়ো, বাবু সেন্ পিয়ো। উপায় লৈত্বদগী উপাই অমা থিরিবসি হিংন্নবনি। ঐন চংলিবসিদ মখোয়্গী ৱাবদুদি ঐসুনি। ইন্নক্ খুন্বগী মবক্ত লাইরব ফজবগী মরক্ত অথিব অঙৌবগী মরক্ত অঙাংব মচু মপুগী নোংদম্খোন্নী ময়াম্ অসি সেন্খাই তৌবিব। অমরোমদ হু থক্লগ সিনিংবসু য়াওরম্গনি। ত্রেন মনুংদন নুপান নুপী সারীব, অমরোমদ য়েং পৈসা নিবদ পিদ্রবদি সাপ্ তৌখিনি। বাবু পৈসা চাওন পীবন হরাওবনি। হায়ন ইন্গিৎ পীরক্ই।

থংনবদুন ঐসু লুপা ৫০খক্ থম্মোই সেংন পিবনি। নুপী সাবদুন থেংকিউ মখুৎ থাংগংলি। হোতেন্দ ত্রেন্ ঙাইন ঙাইন চা থক্লিঙৈদ নুপী মচা অমন চে অমা লান্সিন্লক্ই। চেদু মথক্ মখা তাইপ্ তৌই। মমাই অমদন ইংগ্রাজিন মমাই অমদন হিন্দিন চিথিগী মরোন্দি অসুম্ন ইরি। নমাংদ লেপ্লিবা নুপী মচা অসিগী নাম্ অন্জন কৌই। নাগাওদগীনি। মহাক্ মরোল্ থোক্তে। মহাক্কিনি হাইব

এক্‌সিডেন্‌ট অমদগী মখোঙ্‌ অনিমক্‌ য়াওদ্রব পিতাজি অমাখক্‌ লৈরী। মীগী মতেং নৎতনদি হিংজবা ঙমদ্রবিনি নুপী মচা অসিবু অঙম্‌ব মতেং পাংবীয়ু। চে অসিবু পাব লোইবগ মসাদ পীনবিয়ু।

অমুক্‌ হন্‌ন নম্‌ব য়াদ্রে অরোন্‌ব দিমান্‌ লেতর।

চেদুগী মখাদ ডক্‌তর হিমগী সহি তৌরি।

ঐ ফন কুইন নুংবাংনখি।

নুপী মচাদুন ঐগী খুৎয়েৎতগী চেদু মুন্‌খ্রাবদ। ইসাসি তয়াং তযাংলক্‌ই। কবিগুম্‌ব সেন্‌ পিহৈদ্রবদি নিংব কাইবসু য়াই। ফুরিৎ খাউদগী লুপা ১০ চৎপি অমা লৌথোক্‌তুন পীরুই। নুপী মচাদো সেন্‌দু লৌবগ মখুৎ জুর তৌরম্‌লগ চৎখি। লাইবব হায়্‌বদো অসি সেংলবনি। লাইবক্‌ থিবব ময়াম্‌সি লাইসিংদুন কুমহৈ য়েংলিমালে।

ভাই মিকপ্‌ থোক্‌লব্রা?

ইজিৎ মাগী খোন্‌জেল্‌নি

ঐ ঙাইহাক্‌ তুম্‌লুবমালে।

ভাই চেক্‌সিন্‌বন বাজনি।

ঐ করিসু চিংনাদে।

অসুম্‌নসু হংলক্‌ই।

তুমথবম্‌দাইদ হংখিব ব্রাহংগী মখা তান নখোযগী মনিপুব কবম্‌ তৌবিবগে? ঐগী মোৎ পিব্‌ন পেন্‌লোই। নহাবোল্‌ মসেন্‌সু হাৎনৈ। সিফাইগসু হাৎনৈ। মিচম্‌দগী সেন্‌ মুন্‌বদসু হালেংব লৈতে। লান্‌হৌবসু অদুনি। সিফাইসু অদুনি চপ মানৈদো।

নোংমগী চান থক্‌নব পোৎকী মমল্‌ন অতিয়া পক্‌ন ব্রাংখৎলি। সরকারগ প্রজাগ নোংম কাংদন হাৎনরীব। লুরিবদি ইম লৈবাক্‌সে

নুপীসিংন পান্ব লম্দম্ অম ওইহনিনিংদে। ঙা অচৌবন ঙা মচা চাবগুম্ সেন্জাও পাইব নংত্তন হিংব ওমবগী অসা মাংদ উদে। মৈরিকপিন মৈজাওবী ওন্নিং ওন্নিং খংলি। নোংম কাংদন বন্দ ব্লোকেড ইসত্রাইক্, সরকারগী অথিংব য়েক্ন কদোম্দ চংশ্রব। ঐদি হন্নগুমনিদ। মনিপুর লৈব নুংঙাইরনি। অসেংবালাইগী লৈপাক্নি। বিখ্যারি লৈতে চুমই। ঐন অসুক্ কুইন মনিপুরদ লৈরকপ মতম্দ নুপা, নুপী অমত সেন্ নিদে। মনিপুবদ লায়রব নুপা অমগী খোং গাড়ি সাইকল্ অমমম্ লৈনৈ। ঐখোয়গী লম্সিদদি লইরব নুপা অমগী যুম্ নিংথিন সাদুন লৈতে। ঐখোয় অনি রারি সান্নবিঙৈদ অহাংব মচি অম্দ মখোং মখোং ফাক্তোক্নরগ সেম্ব উরক্ই। মপা মচা মান্লি। মখোং অদুদি মথক্ত রা অমা ফৈজিন্লি। মরোন্ লোন্দুন সবকাস্ তৌব হৌরক্ই। মপান সেন্ দোনেসন্ খাইরক্ই। পুখম্ অমদ ঙাইহাক্ লৈবগ মীয়াম্ন ইকোই কোইন য়েংলে। নুপী মচাদো অফৈবা রাদো তোং অদুগ লান্দুন সান্নব হৌরক্ই। সোম্দ মপাদুন সেন্ দোনেসন্ তৌব হোৎনবি। মিৎকী কুমমৈসু খরা য়েংলিয়ে। ঐসু লুপা ৫ লৌথোক্লগ পুখম্দ থাদৈ। চুম্ন নিবাদুগ, সান্নবিব সাবকাস্ অদুগ পেন্বদি সরকাবস্ন পেন্লে। সরকাস্ লোইরক্পদ মপান সেন্ খাইবগ চপ্ মান্নৈ। মীয়ামসু রা কাইনরে। মপা মচাদো মফম্ অদু থাদোক্তুন মফম্ অমদ অমুক্ চংখি।

ঐগী ইথৌদ

ইজিৎ য়েংলগ হাযরক্ই। পীন্হৈব ভাই নংগী পিনহৈব থৌজান্দগী নোংগী মরিক্ মরিক্ন অচৌবা ইপাক্ ওন্গুম্ ইমা লৈপাক্কী অরাব পুম্ব কোক্হন্ব ওম্গনি খন্ববা? নংগী পিনহৈব ইবিক্তুন মীওইলক্ত মীমান্নদ্রব ময়াবু নংগী লৈরাংগী লৈনম্ ফংলবদি। ষনবীন মচা কাইনরব মতম্দ মচা থিবগুম্ নংগী লৈনম্দ ঙাওরগনি।

ঐগী থম্মোইদ খন্লুদে গ্যান্ তাদন লৈরি।

ইজিৎ অহিং মিং কক্‌ল তুম্‌দে।

অহিংদ ঙাইহাক্‌ য়েন্‌ য়হিপ্‌ত তুম্‌লুই। নোং ঙানফুংগী মতম্‌দ কায়ন য়েন্‌ খোংলক্‌ই। খুনুন পাউক্রুং পাউক্রুং খোংলক্‌ই। মতম্‌দুদ ঐ মিকপ্‌ থোরক্‌ই। ঐন হেক্‌ হৌগৎপগ মান হাইরক্‌ই। চা পাইসিদন হোয় পায়সি হায়রম্‌লগ ব্রস্‌ পায়দুন চিন্‌ মাই সেংদোক্‌লুই।

হন্‌জিন্‌লক্‌পদ ত্রেন্‌ ডাবাদ অমোৎপ ময়াম্‌দু নিংথিন তাসিন্‌লী।

ঐন হেক্‌ ফম্‌থাবগ,

ইজিৎন হাইরক্‌ই "চাসি থক্‌উ"।

মখা তান হাইরক্‌ই অঙাংবু থবক্‌ সিজিন্‌নব আইনন্‌ য়াদে হায়দুন অঙাংসিংগী থবক্‌তা কনানসু খুৎ থিংজিন্‌লুদে। মথৌ সুদ্রবদি পুক্‌ করম্‌ন থন্‌ব ঙমগনি। ঐ মসিদ থৌজান্‌
উৎপ অচুম্‌ব নৎতে।

গিলাস্‌ থম্‌ল্‌গ ঙাইহন্‌দ্‌ন ঐন লুপা অমা পিরে। নুপী সারিদান পৈসা পিরুবদ নুংঙাইরক্‌তে। মহাক্‌ন অদু পান্‌নব্‌গুম্‌ তৌই। ঐ থোইন খন্‌লুদে ব্রাব্‌সু নুংঙাইরবসু নোক্‌প অসি মহৌসা লৈজ্‌ব্‌নি।

মথৌ লোইরব অঙাং মচাদো মখুৎ তিংল্‌গা বাবু মাংদ লেপ্‌ল্‌রে। ঐ খংই অঙাংদুন মখুৎ তিংথোক্‌ল্‌গ বাবু। ব্রাসু ঙাংদে মান পাম্‌লিব্‌সি পৈসানি হাইব ঐ খংলি। ফুরিৎখাউ হুম্‌দুন পৈসা লৌথোক্‌ল্‌গ পিগে খন্‌লিঙৈ।

"ইজিৎ ঙাইখো খাম্‌ল্‌ক্‌ই, অসুম্‌ন খরস্‌ তৌগদব নৎতে। নহাক্‌কী খোংচৎ য়াম্‌ন সাংলি। লম্‌বীদ খুদোং থিব থেংন্‌রোই হায়ব তম্‌ব ঙম্‌ব নৎতে। নহাক্‌কী পৈসা য়াম্‌দে হায়খিব্‌দায়।

হায় ঐগী সেন্‌ মতিক্‌ চান য়াওদ্রেন? ব্রাখল্‌ খন্‌ল্‌ক্‌ই। ও বোম্‌বেদা লাইরিক্‌ তমহৌরিব ইচাদ পৈসা পিরম্‌খ্রে। সুপ্‌নতগী ভারাগ চানবগ পুদুন য়ুম্‌দ হন্‌ল্‌ক্‌পনি। মরুপন থিংবদো ঐ য়ারে।

"ইজিৎন অঙাংদুদ লুপা ৫ পীরে।

" অঙাংদু নমস্‌তে তৌরম্‌দুন থোক্‌খ্রে।

" ঐন পিরসু য়াবনিদ।

" ইজিংন পীরসু য়াইদন ভাই।

ঐন চুরুপ্ থক্পসি খরা লেপ্পসু য়াব পোৎনিদ। গাড়ি মনুংদ থক্পসু নো ইস্মোক্কিং (No smoking) মীঙোন্দ অথিংব পিবীগনু।

পুং ১০গী অদুবাইদ ইস্তেসন্ অমা য়ৌরে। ঐখোয়সু কুম্থরে। মফমসিদগী ঐগী টিকেৎ অমুক্ কক্কাদবনি এম্ পেসেন্জর লৈ। পুং ১গী ত্রেন্দ য়াওবীনব ঐন ইজিংত হায়জদুন মহাক্ ঐগী টিকেৎ কক্কনি হায়ন চৎখ্রে। বুক্কিং ওফিসতা।

ঙাইহাক্ লৈরগ মহাক্ থোরক্লে। রিজার্ব ফংদ্রে, চৎপ খুদোং চারোই মথংগী ত্রেন্দ ওইন চৎলো। করি উপাই লৈরি। পাম্দ পাম্দ মখোয়দ চংবন মফরে।

লৈকংথোং লান্দুন মখোয়গী য়ুমগী লমবীদুদ উরক্ই। উহৈদ্রেব কয়া ফৎতব অরেম্ব লুখাক্ হুনদোক্ ফম্দগী হুই ক্বাক্ন ফাওব সোকত্রব নম্থীরবা চাগুম্দু অহল্ ওইরবী অমন কয়াদ থরাই য়াওন চারিব। লাইসিংন লাক্নব হায়বদু অসুম্ তৌরিগদরা? নাক্ য়েৎত উরি মখোং মখুৎ য়াওদ্রব মসিং লাক্ঙম্দন মখোয়বু উরুবদ ঐগী থম্মোই সোক্খিবনি। সেব কন লৈরিগব। অরোইব মতম্গী মিকুপ্ ফাওবদ অরা মৈসা খাওবদ অয়ো ইমা হাইহৌব ইবেন্দুনি। মচা মসু কনান চিন্বান্দো লাইজা ইসিং লিক্ল অমতং ইন্বীরম্গনী। মাগী অরোইব মতম্দ কনাসু হন্ন য়েংবীদন চাক্তারিব অপাইব উচেক্সিং খন্লক্ই থম্মোইনুংদ মী ওইগদৌ সরুক্ উচেক্ ওইগে।

ইজিংকী য়ুম্ পংলাপ্ লাপ্তে। ইস্তেসন্ হেক্ ময়াদনী। ঐ চংখিব মতম্দ লৈরম্ব অহন্ নহা কয়ান ঐবু খুৎসোক্নদুন হরাও হরাও তৌবী। ঐসু ফম্লী ময়াম্সু ফম্খি। ঙাইহাক্ পোৎথারব মতুংদ ইজিংন ঐঙোন্দ কোইরুসি হায়ন।

"কদাইদনো মফম্বু

"অরাপ্পদবু চৎনিংদ্রেদ।

ঐন য়েংহন্‌নিংলিব অমা লৈ। ঐ পুম্নমক্ খংই, ঐন হিন্দুনি, নংন মৈতৈনী।

নিংথৌকাব নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ৭ তা ইস্‌তেসন্ ফাওব খোংন লাক্‌মিন্নৈ। ত্রেন্ দাবাদ কাখৎলী। ঐন ঐগী ফম্ফম্দ ফম্লে। ইরুপ্‌সু ঐগী নাক্ত ফম্থরদুন হাইরক্‌ই। ঐ খংই নণ্ড নথৱাই নুংঙাইতে। হিন্দুবু হংগোইব, হংগোইগনু হিন্দু লাইনিং চৎপ মীসিংদি মনিপুরদ য়াম্ন লৈরে। অচৌ অচৌব লাইসু গোবিন্দ মহাবলি নিতাইনন্দ মহাদেব রামজিপ্রাভু" হায়বিঙৈদ, ত্রেন্ থানবগী হোরোন্ পিরক্লে। ইকুপ্ক ঐগ করম্ন কাইনগনি। কবি ৱাহৈন মান পেন্‌গনি, বাই বাই করি অমতসু ভাব্ তাদ্রে মাবু য়েংদুন লৈরে।

"ঐগী ইতৌদ মমিৎ কুপ্তন য়েংলগ হাইরক্‌ই। মনিপুর য়ৌবগ চিথি ইরক্‌উ।

ঐ করিসু খুম্ব তৌদরে।

মিৎলুদগী পীরাং খরদি তাখি। মাগী ৱাহংগী পাউখুম্ ঙাক্তমক্ খন্‌লি। ত্রেন্ থৌর ফাও মহাক্তি কুম্থদ্রি, ঐগী খুৎ পায়বদুন ঐবু য়েংদুন চৎলো ভাই।।

ৱাসি হায়রম্লগ খোংলৈ থুন কুম্থখ্রে। ঐ করিসু হায়ব নণ্ডহৌদ্রে। মহাক্কী মরম্দ খন্ব নৎতন মহাক্ অফব মীনী। তুংগী মিরোন্‌গীদমক্নী মহাক্ তাইবং মপোক্ত পোক্‌লিব।

বুলুহিন্ তোংদুন গৌহাতি থাদোরক্লে। বস্ মনুংদ করিগুম্ব অম নিংসিংলক্তুন ঐ ইথন্নদ নোক্‌খি। ঐগী ইতৌদু অউব মীন নোক্‌নিংগনী। বস্কী মতম্ ওইরিঙৈদ নুপা মচা অম সেন্ নিরবদু মহাক্কী চহি মরি সুরিদ্রা।

ইজিৎকী ৱা নিংসিংলক্‌ই, মরম্ চাদন সেন্ পীব চুম্দে। থৌজান্ উৎপগী মহুৎত পাপ্ লংসিন্ব থোক্কনি।

ঐ মওন্ মওন্ খন্‌লী। পৈসা পিসির পিৱাসির। অঙাংদু য়েংব

মতম্‌দ য়াম্‌নসু নুংসি কুচু মুরংনৈ মসাদু নোই পেৎলী। সেগাইরব খোংগ্রাও জিন্‌গীনী মসাদ অতৈ ফুরিৎ লিংতে ইনাক্‌ত য়াম্‌ন নক্‌সিন্‌ন মখুৎ মচাদু তিংখোক্‌লদুন :

বাবু সেন্‌ লুপা ৫ পিয়ু।

করিগী সেন্‌ নিরিবনো?

পুরি খাইগ

নমা নপা লৈরীবর।

পিত মত লৈত্রে

নয়ুম্‌দি লৈব্রা

ঐগী কৈথেন্‌দ অসুম্‌ তুম্‌বনি লাম্‌বন সিগদৌরে, সেন্‌ লুপা ৫দং পীবীরম্মু।

ঐ অঙাংদুগী মওং মতৌদু য়েংদুন লৈব মতম্‌দ কপ্‌লি কপ্‌লি তৌদুন রা হাইরক্‌ই। ভায়া ঐ কসারদগীনী সেন্‌ অমত য়াওদ্রে। লমবীদ ডাকুসিংন মুন্‌হৌরে। ঐ ঙরাংদগী চাব ফংদ্রে, সেন্‌ য়াওদবন সেন্‌ য়াওরবদি ঐঙোন্‌দা পৈসা লুপা ১০দং পীযুব ঐ চাক্‌ চাগে।

ঐন খুৎ তিংখোক্‌লুই। ঐগী ইতৌদুদ হৌজিক্‌ত কপ্‌লম্‌লীব অঙাংদো নোক্‌মি নোক্‌মি মখুৎ ওইন ঐগী তিংখোক্‌লীব খুৎতু তাপ্‌ পায়রদুন। মখুৎ য়েৎন লুপা ফাদব পৈসা ৭০ পিরদুন হায়রক্‌ই। ভাইয়া নয়া পৈসানি লৈব ফংব অচাপোৎ অমা লৈরগ চাউ। হায়রম্‌লগ মফম্‌দু থাদোক্‌তুন থুন য়াংন চৎখ্রে, ঙাইহাক্‌ য়েংদুন লৈ।

অঙাংদুন নিজরুব সেন্‌ল খংদে। পৈসা ৭০ অসি ঐগী খুৎত পিরে। অদুগ পৈসা ৭০ সিন লৈব ফংব পোৎ চাউ। ঐ মান চৎখিব লম্‌বী য়েংলী। মাদি ঐঙোন্‌দ হন্‌ন য়েংলক্‌ত্রে ঐন মাবু তান্‌নদুনা মাগী পৈসাদুগী মথক্‌ত ঐন খর হাপ্‌লগ পিবিরে। মান নোক্‌লদুন হাইরক্‌ই।

লাম্‌ব ফারবরা?

ঐ য়েংদুন লৈরে।

মাদি অদুম্‌ চৎখ্রে।

অঙাংন পাওতাক্ অমাদি পিরম্‌ই।

খুবাক খুনম্‌নি।

গাড়ি তোংন তোংন গোলই খুদিং মিং উইরুম্, উইরুম্ বেংত ঙাইহৌ, উররুপনি তাউন ডাউন্‌গী ব্রাংলব ডক্‌তরগী সং ঙর্ক্‌লি নাই মথোন্ মাপন্ লাংখ্রে। মুনী পাম্‌বীন মতুম্ মতুম্ পান্‌লিব, ময়াং ক্লাক্‌ন সংগু সংগু লেরেব। গরম্ দুং গরম্ দুং লুপা ৫দা চেগাইগী পেলেংনী, লেপাকন সাব চাব লোইরগ দস্‌বেন্দ হাপ্‌খি। অব্রা নুংঙাই খোংচংত্তু লোইসনালক্‌নদৌরে। নুমিদাংগী পুং পুং ইমফাল্‌দ থুংই।

দুমাদ য়ৌনিংলন গাড়ীদ লৈতরাব মতম্‌নি। গাড়ি য়াম্‌ন চেন্দব ময়ম্‌দা লাইন তম্‌ব অমা লৈনিদ। সেন য়াওদ্রে হায়বগী কিরানংঙাই লৈতে থোকপ অমা লাক্‌কনীদ। মরুপ্ মপাংসু থেংনগনিন অসিন কারস্ চিংনব লৈতে। হয়েং য়ুম্‌দ পিগে হায়ন নিরগ লোইরে।

বিক্‌সো থাম্‌মে কৈসাম্‌পাৎ পার্কিং য়ৌরে। পরিখিয়া হাইদোক্‌পগী ফোন লুপা ১৫দনী খাবর খাবর কলাস্ তেনগী মেত্রেক্‌কী রিজন্ লেংবায়। ফাস কলাস্ রানিবালান তারে লাওরি। ঐসু পানিংবনীন খাবর লৈব পাম্‌বদ পৈসা য়াওদবন য়েংগে হাইরগ য়েংবদ ঐগী লৈকাইগী রোন্ নম্‌বর খরদি থেংনরে। অদুবু লুরিবদি লুপা অমা য়াওদবগীনী খবর য়োন্‌বন পিরো সং লৌখি নিংব কাইন লৈহৌই।

মমাংথক্‌ত ঐন পাখং ওইরিঙৈদ য়েংমিন্‌নখিব সিনেমাগী ইসৈস্ তানিংলম্‌ই, অদুবু খাবরগী মেত্রিক্ পরিখিয়াগী ফোন্‌দু পুরগ ঐগী লৈকাইগী ইচিন্ ইনাও সিংদ য়েংহন্‌লবদি থৌজান্ হৈ হাইব উৎপ ঙম্‌লম্‌গদবনী। ব্রাখন্ পারেং মরক্‌ত অসিম্‌সু নিংসিংলক্‌ই। ইজিৎন ঙাইখো, তম্‌বা ঙম্‌দে লমসাং চৎপনি বাবু তৌগনু। খরা চেক্‌সিন্‌লু হাইখি। অমরোম্‌দন ইজিৎত ঐন মনিপুরদ বিখিয়ারি লৈতে ঐগী খোইরেন্ তাফম্‌দি সন লৈবাক্ মনিপুর।

*মেনহ্জোবান*

নুমিৎ খুদিংগী অসেংব নাপা ফান্‌ব থাংন হাইদৎপ হৌব্রে। ব্রাঙাংসু তপ্‌পা। মাগী নোংমগী নাপ হায়ব অঙম্‌ব মথৈ হোৎনৈ।ঙাইহাক্ সুব থবক্ তু হুমাং তাবমথৈ হোৎনরগ সুতি ওইবে। মখোং মখুৎ চাম্‌থোক্‌লগ ঈরু সাদেংজদুন চৌকি অমুক্ ফম্‌দুন লাইরিক্ পাই। পুং ৯ তাবদ ইস্‌কুল্ চৎনব চাক্ চারগ পুং তাপ্রে হায়দুন ইস্‌কুল্ চৎলি। মাগী নোংমগী রুতিন্ অদু ফক্‌লাংদ থেৎলী তম্‌গদব রুতিন্‌দ থ ণ লাইবিক্ খাওদ হাপ্‌লগ ইস্‌কুল্ চৎলি। অঙাং অসিগী লিচৎ সাজৎন ব্রাখন্ লৈন থবক্ ওইন তৌরক্‌পা অসিদ অহনসিংন চৈব ৬মথ্রে।

লৈকায়গী অহন্ খরানদি বোমেন্‌গী মমাবু চৈবী। ফৎখীদ্রব অসোংব উপাল্ নোংবান্‌লে, তিংখং ফৎত হাউদি অকুৎ অতোং লাইফমদৌন লৈবাব মফম্ অসিবু সেংহন্‌নব অপিক্‌প অঙাং মচা অমা থাদোক্‌লক্‌ই পোৎনী।

নোংমদি মাগী লৈকায় মখুন্‌দুগী মমান্‌নব খরাসু অমোৎ অকায সেংদোক্‌প মখুৎসু থাং য়োৎপাক্ পাইদুন য়াওব লাক্‌লে। মখোয় ময়াম্‌ন সিংজং য়োৎপাক্ পাইদুন উ নাতে চাদব খর অমন য়ান্‌লি, খরন লৈপাক্ তেম্‌লি। মখোয় ময়াম্‌ন নোংমগী মথৌ লেপ্‌তন সুরি।

মমান ইচাসিং ব্বারনি সে মিথাই অমমম্ উম্‌মু পিরে। মিৎন উদ্রাব মফম্ অমা হেক্ উবদ, রোমেন্‌গী মমাদো নুংঙাইরমানে মচাসিংগী থবক্‌তুদ য়াওসিন্‌ব্রে। খুজ্ লৈকাই নুপামচা কয়াসু থোরক্‌তুন অঙাংসিংন লম্ সেংলিবদো য়াওবীদুন ফজরব লম্‌হাং অম মান্‌লে। মীন সেম্‌লগ

লাই ওই হায়দুনী।

খুন্ লৈকায়গী ময়াম্ লম্সেম্ব লৈসেম্ব ভুসেম্বদ য়াওবীরবনিন। সান্নপুং অম ওইব মতিক্ চারে। অকোয়বদসু মখল্ মখল্গী লৈসু থাজিন্লে। সান্নফম্ ফজব অমা ওইরবদুদি। লৈকাই অঙাং ময়াম্ থোরক্তুন সান্নজরে। ঙাইহাক্ সান্নরগ লাইরিক্ পানব ময়ুম্ ময়ুম্দ চংনখ্রে।

সান্নপুংদো ইচিক্ চিক্লে। পুখ্রিগী ফজবসু হেন্লে। ইসিং সোক্প লাক্পসু উরেনে ফজবদো।

সান্নপুং সংকাব নুমিৎত রোমেন্, হয়াওবগী পনখৈ লৈত্রে। মমান মপান লৈকাই মচিন্ চৎপ তান্নদুন ফংসন্ অদু ফজন পাঙথোক্নব সিন্বীরে। লৈকায়গী প্রাধান্ অমন চীফ গেস্ত্, লৈকায়গী মসক্ নাইব অহন্ অমন প্রসিদেন্ত ওইহন্দুন সান্নপুং সংগাব অদু সিন্লে।

ফংসন্ অদুদ য়া ঙাংবসিংন হায়খি। য়েক্জোবান্ হোৎনব তন্দব অখাং কন্ব অঙাংসিংদুগী মথৌদুন ফজব শরা অমা তম্বীরে। রোমেন্ অহান্বদ অসোংব উপান্ নাপী নোংবান্লৈ ময়াম্ অসি সেংদোক্নব হোৎনবদ মতম্ কয়াগী মতীক্ য়াজখিব। মীয়াম্ন ওইরোইদব থবক্নী হায়ন রোমেন্গী মমাদ নাচাদো মতম্ মাংহন্গনু হাইখি। অদুবু য়েক্জোবান্ অরেপ্প লৈজব অখাং কন্ব উইন্ লৈব রোমেন্ন নিংহন্নব লৈতন মখুৎসু ওইরদুন লৈকাইগী ফজব সান্নপুং অমা ওইরে।

অঙাংদি নিংথাদ খংই হায়বদুনি। অঙাং ওইজরবসু য়াখন্ খন্ব তুংগী মীরোন্গী খন্বনী অহন্গুম্ লৈব ওইরবদি অহন্সিংনসু অঙাংগী মতৌ তম্ব য়াই প্রমান্ অহন্ মথিন চক্ষু মেন্লি। অঙাং মথিন রোকেৎ সাই। লোইন লোইননা মমা মপা লৈকাই মমান্নব অহন্ লমন্সিং মচা মসু সিংন মরম্ ওক্পগী পুন্সি নুংসাংন পান্জু হাইন বোর পিবিরে।

সান্নপুং অসি সংগাব নুমিৎত অঙাংসিংগী ইস্পোৎ অখন্নব খরা পংথোক্খি মিতর ১০০গী লমজেন্, থৌরি চাংবী, লোংজম্ খোংগী বোন্, তিম্ অনি সেম্দুন সান্নহন্খি। লৈকাইগী য়ুম্থোং

খুদিংদ সেল্ খাইদুন দোনেসন্ তৌরুই। মদুদ ফংলক্প সেনদুন সান্নাহনখি। লৈকাইগী য়ুম্থোং খুদিংনসু সেন্ পিবীরকই। ইস্পোৎ অসি সিন্বনী। অথোইব কাংবুদ মন বোই কলম্ন চিংব ইচম্ চম্ব মন কয়াসু অহনব মকোক্ মথং তাব সিংদা অহুম্সুব ফাওব মন পিখি। মন পিব অদুদ ময়ামন খুবাক্ খুব মখোন্দু কয়া ফজখ্রবনো।

প্রাধান্ ঐগী লন্নাই ওইন নহা ওইরিব রোমেন্দ মরম্ ওক্প অহান্ব নিপামচা ওইখিবগীদমক্ লুপা লিসিং অমা মন পীজরে। রোমেন্সু খুৎ সোক্নদুন মীয়াম্ মমাংদ হরাওন মন লুপা লিসিং লৌরগ হরাওব ফোংদোক্খি। রোমেন্ সান্নপুং থোন্খি নুমিৎ অদুমক্তদ।।

## লৈহাও পাম্বী

কংল লাইফম্লেন্দ চাওরব লাইওইরব লৈহাও পাম্বী অমন ওইদ হৌরি। য়েং থংব অনক্প মফম্দ হৈনৌ পাম্বী হৌই। হৈনৌ পাম্বী অদু সিদ উপান্নি। খুদৈগী চাং শাক্পা ফি অমা সেংপীবদৌন হেক্ হেক্ কংলী। মেরা মেন্ তোংব নুমিৎসু য়াই মমাঙদ সিদ উপান্ ওইবন ইপুথৌ লাইলেল্ সিদবগী খুভম্ ওইন মঙাং লুরাং খুমন্ পুংজদ মৈর কৎচরগ ইরাৎ থৌনিজৈ।

সজিবু চৈরাওব কংলা লাই থৌনিব চংনৈ। মের মেন্ তোংব নুমিৎত চনুরাসিং ফনেক্ খোইদোম্ সেৎতুন লৈম ওইবীসিংনসু লাইনিংহন্সিংনসু হয়াহে হয়ি সিদব সিদবী হাইন লৈসা পাইন মৈব কৎলি হৈরাং লৈরাং কৎচদুন থৌনিরিব মফম্ অমনি। কংল লাইফম্লেন্নী। লৌনৈ সিদব লৈম্লেল্ ইমাগী খুভম্ ওইন লৈহাও পাম্বীদ মফম্দুগী লাইনিংসিংন লৈহাও পাম্বীদা হান্ন থৌনিজৈ। মথংদ সিদ উপান্ হৈনৌ পাম্বীদ অঙম্ব কৎচরগ থৌনিজৈ।

সিদবী খুভম্দা নুমিৎ মঙাংগী পুংফম্দ রাই তৈথোক্তুন মৈর থার্ডমৈ থান্দুনা ইরাৎ থৌনি নহৈ নসেং লাইরোন্ন। মথংদ সিদ উপান্দ হৈনৌপাম্বীদো অমুক্ মৈর থার্ডমৈ কৎচরগ ইপা লাইনী ইপু লাইনি পাইম নুংদ খন্ ইমা লৈপাক্কী লমন্ সিংব সক্চরগে খন্ লৈসা অহম্লক্ কৎচৈ লাইবক্ত। অমুক্সু খুবাক্ অনি লোন্ন খুরু খুদক্ কুন্ন লাইবক্ন লৈসা সোক্ন থৌনিজৈ থম্মোই সেংন হিরি কোন্ন।

থাংজ খুদিংগী কংল লাইফ[illegible] থৌনিজবম্ব সিংগী মনুংদ মকুতোম্বী, তোনজাও মৌদিংঙুসু অমনা।

মতম্ সাংনা কংল লাইফমলেন্দ অসাম লাইফনা লৌবাংঙ কুম্দগী লাহ নিংখীবনী ইপা লাহদি অচেৎপা নত্তে নাসেংদনা ইবাৎ থৌনা থোবম্ পাংথোকতুনা [illegible]।

হয়াহে হয়িও হায [illegible] অথোহব লাহ [illegible] লো[illegible] সিব নাইদব ইপুথৌ তেংপানব মপ [illegible]। মালেম[illegible] সিদবী হমা মাদংলেননা। কোবৌন [illegible] লাপ[illegible] [illegible] লমবন [illegible]লম ইমান ম[illegible]হনলা। কোবৌ থকন ব্রা[illegible] [illegible] [illegible] মহেনাল।

সিদবী ইপান্ লেহাওনা [illegible] বাং, তমফ লাইবমবা ফাওনেযে। সিদব তেংপানব মপুগী তলা পামেন্না হৈনৌ পামবীনী ইবাৎ লা[illegible] [illegible] কংলা লাইফমনি অবাংনা ইম লেপ্লকনী। [illegible] [illegible] লাইফমলেন লাইফম [illegible] [illegible] যেক [illegible]। [illegible] ইকোন ওবেং লৌবি। তাইবং মী এখোয় [illegible] [illegible] [illegible] থৌনবোমদ নুংজেং হীসং যাওদনা যাদে [illegible] [illegible] মহৌসংনা ইদনা থমলি।

সিদবীগী লাইচৎ লাইওন সাহওনলিব লৈহাও পামবীনে।

হযি সিদব লাইলেনগী লাইচৎ সাইওন্ লাংওন্ তলা পামেন্ হৈনৌনি।

কোবৌ ন্নমিৎ খুদিংগী লৈহাও পামবীগী মনা কেনলকপাসিংদ সেৎতোক্ সেংদোক্লমই সীৎ নন্ন মখোংদ বাই তৈথোক্লগ মৈব মেনক্রুক্ থান্দুন ইবাৎ থৌনিজৈ। সিদ তলা পামেন্ হৈনৌদস্ অসুম্ন মখোংদ ব্রাই তৈথোক্লগ মৈব মেনক্রুক থান্দুন লৈ হৈ থম্মোই সেংন কৎচদুন থৌনিজৈ। হিবি কোন্ন।

লৈহাও পাম্বীন অসুম চৎখীদুন বাংঙু লাইফম্দ চৌবিব লৈহাও অদুগসু ফাওনৈ। ব্রাংঙু লাইফমদ চৌব লৈহাওন নাকেন্থা ওইব মতম্দ কংলগীসু মসা নম্ম তেক্খীযে।

ইমাগী নুংসিব লৈনম্ন তাইবঙ পান্দ য়েন্লিবা লৈনম্সিংগী সম্বুন্ লৈ ওইন নচোম্  ঙানলীব সনা কৈথেন্দা মননা য়োম্লগ লুক্মাই মচিদ, লৈহাও পাম্ব কন য়াওবগে হায়ন লুক্মাই মচিদ নুংসিরব পোদোন্ মৈবিগী মঙানদ ঙান্থোইরি। সন কৈথেন্দ লৈহাও লৈব খুরক হাংদে ঙাইহাক্তং।

সাবব কালেন মৈসাদ, সিদ উপান্, নংগী মখোংদ মালং ইচিক্ থেম্ল, নুংগী পুৱাবীবু অবোন্বদসু অফোংব তাইবংন লিক্লম্সিদ ৱাবি সানৈ।

নুমিৎ ২নি চংন গোসেনৱাক্ কেম্ সাদুন কেক্রুপাৎ লম্হা, ইম্ফাল্ তুবেন্গী ময়াদ মিনু থোংসু লৈরি মফম্ অসিগী কেক্রুপাৎকী অমোৎ অকাই সেংখী মী কাংলুপ্ অমমমগী সং ১নি।

চাব থক্প থোং লোন্ব কেম্ অদুদ লৈরগ চাবনি

মাগী পুখম্ তেংগোৎ খুজাই কপ্ লোইনৈ।

মাগী মাগী মখুন্দগী লাক্প মী মখৈগী পুন্ন কেম্দ অরু অনন্ তান্নৈ। পাৎ সেংবগী মথক্ত হি অচৌব ৩খক্ ৱাইরুরগ হিদ তোংলগ হাপু থাংগোন্ ফুম্লেন্ থাংন সেংবনী।

শুৎত পাইরিব থাংগোন্ থাংসাং ফুম্লেন্ থাংন চিংব হীদ মাগী মাগী গুরুপ্ হীদ তোংলগ সেংবনী ইয়াইদ।

লৌবি থাং ফুম্লেন্ থাংন মতাই অকোইবদ লৈরগ সেংবনি। থবক্ ফব তান্নরীবনী কেম্ অদুদ লৈব পুম্নমক্।

মনিগী মখুৎতগী ইখং খংহৌদন নোংম ইয়াইদ হীগী মপান্দ লৈরগ নাপি লেন্বদ থাংগোন্ ময়া ৩৬৫ অসি ইয়াই মপ চান তাখি নুমিৎতু নুমিদাং ৱাইরম্ ওইখ্রে।

মপাদ উসা অমতং য়ুংবীযু

হয়েং অয়ুক্ত খুন্লসি

নুমিৎ অদুগী অয়ুক্কী মতম্দ কেকুরু পাৎকী ইপা লাই ইপু লাইদ খৈয়োম্ অনি কৎলি। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং ৱাইরম্দ মনিগী

মখুৎতগী থাংগোল্ তাখিবনি।

হয়ি মিংখৈ সোন্দুন অহিং তুম্খি

হিরি কোন্দুন

খোম্লেন্দ মরুপ্ অমন ঈসিংদগী ফাওগৎলগ

থাংগোল্ পিরম্হৈ।

মনিদি মিকপ্ থোরক্প মতম্দদি অহিং নোংয়াই চবুক্ত ওইরম্হৈ, ঈস্ কনাগী মতেং লৌরগ থাংগোল্ ফংগনী থমোই তনিক্ তনিক্ লৈরি।

কেম্পর্ খুদিং হৌগৎনরে মচিন্ ময়াসেংব ঈরু সাদেংব হৌনখ্রে। অরোইব কেম্পর্ন চা থক্প হৌনখ্রে। থবক্ কোন্লু চাব থক্প হান্লু নোক্নৈ।

তোন্জাও কপ্ অমগ চা থক্প চংই।

থাংগ মংগী ঈরুপ্চাও ঐন থাগোল্ খুন্গনী।

মপা খংলী উসা য়ুংলি। লাইন পিরম্বনী।

ঐঙোন্দ সোইরোইদ

পুং ৭ তাখ্রে ময়াম্ পুম্নমক্ কেকুপাৎ সেংব লাইবু নিংদুন মসাগী খুৎলাই পাইদুন থোক্নরে। হীগী কাংবুন হীদ কাখৎতুন হীনুংদ খুৎলাই পায়রগ লৈখ্রে। ঈরুপ্ ঙরাংগী মপাদো লাপ্ন লৈরগ অমুক্ত তাক্লক্উ। থাংগ মনি য়োইময়াই তাওদন্বদ য়েংলগ লাইজ ঈরৈমদ থৌনিজরে। নিংস য়েংলগ লুপ্খি। লুরব ঈসিং মনুংদ কোইম মারগ থাংগোল্ পুখৎলক্লে থাংগ মনিন উৎলে থাংগোল্ লৈরে।

মপী ঈর চেন্ তোন্জাও খোম্লেন্দো চুম্খ্রেদ।

লাই লৈকো মফম্সি লাইফম্নী মপুগী থৌজান্নী।

ঈরুপ্ থাংগ মনি নংগী মতেং নীজরে।

থাংগ মনি অঙম্ব মতেং পাংনবনিদ।

ঈরুপ্চখুদিংমক্ ঈমাপোক্নফম্ লম্দম্সি লাইফম্নি। পুক্নিং

সেংন নথৌ তৌবীয়ু। লাইফম্নীন, অদুগী তুংদ তোন্‌জাও হান্নগুম্ সিদ উপান্‌গী মখোংদ মৈর কংচদুন পুক্নিং তান চিংউ সিদব সিদবীবু ইরাৎ থৌনি মপুগী মিংশে সোন্দুন ইরাৎ থৌনি থৌরম্ নুমিৎ খুদিংগী ওইন থৌনিবন মথৌ ওইখিয়ে।

## ইরুপ অনি নুংসিনব

লৈরক্ অমগী মচিন্ তাইনফম্। সোরোক্ ময় ওইব হৈনৌ মখোং অমগীসু মখোংদ পুখ্রি মচ অমসু লৈ। ইনা কুপ্পা য়ুম্ মচা মচা পরেং সাদুন গেৎ থোংগান্ মায়য়োক্নব অম খারোম্দ ব্রাগী কোন্থোং পানব ইনা কুপ্পা য়ুম্ মচা অমা লৈ। য়ুম্দুগী তোঙান্ তোঙান্ন খাইখিবন লাইরব ইমুং অমা ওইরম্ই। নুপীদো মখোং সেক্প পুক্নুংগী লাইন নাই, মমা পুক্নুংগী ওইরক্প ওইবন মীগী খুলং নামৎ য়োন্ব লৌউ সিংউ চৎতে। য়ুম্ পান্লবনীন চাদবদি য়াদ পান্লুববনিন অঙাং নাওখু নাওখু পোক্ই। মী অমদি ওইবনিন মীগী মতেং পাংবসু মসাগী ফিভম্ য়েংঙুবগ চৎনিংদে।

হায় নুপা অবাবসি কোক্নব করি উপাই অমা গেংসি, মীগী খুলং নামৎ সুবসু ঙম্দে। মৈবা পাইবীসু খংজনি। য়ু সুংদুন য়োন্লসি। মদুদগী ফংলক্প সেনদোংন নচাসিং থাক্প ঙমগনী। হোয়নে য়ুদুম য়োন্সি হায়ন য়ু য়োন্খিদুন চাব মপুং ওইন চাবদি ফংজবে।

লৈকাই অদুগী চৎনবী খুলং নামৎ লৈন য়োন্নব পুনব মীতোন অমুক্ সিংদোক্প। লৈঙোই পেক্প ব্রাংজিং তুবেন্দি লৈঙোই মবাং মাইন ফংলে। অদুগী মথকত মর্জবি। মতম্সিগী সাবিব চেক্কী মতম্নীন তুবেন্দ মবাং কাইন লৈঙোই পেক্নবী। মদুসু মপানগন সোন্বীনীদা খাওদুন মচা নাওখুদো নম্ম চাবগা চাবা নাম্ম হেন্দুন লৈবকপনি।

লৈবক্ অমা সৈসক্ অমা লৈকায অমদ ইন্নক্ খুন্ব লাইবব শরদি লৈকায্ অমদ পুন্ন খুন্ত লৈতারীবনী। লাইর মচাগসু ইননক্

খুন্ব মচাগসু খুন্‌লোক্‌পি অথালি চেগাই লংবী লাইথি লুহোংব কৈথেন্ কাব পোং লৈব ইচে ইচন্ মিংকৌ থাকৌ ঙাংনৈ সক্নৈ। তুরেন্দ ইরুজব চংপদ চেংহী সাবন্ পুরগ ইরুপ্‌পী অমাংবী লোংদাও তাওবী, লৈরাইদগী চোংথবী অমাংবী সানৈ। ইরুজব কারক্‌লগ সম্‌খোং সেংদোক্‌লগ লৈকাইগী অহৌব হৈ কাফোইগ থুম্‌মোরোক্‌ক য়েন্‌দেম্ মনাগ চাই। চাব লোইরগ কে কু লোংপী সানৈ।

সান্নরিঙৈ মতম্দ সান্নরীবনীন থাজদে। পূক্ চাক্‌লে পুক্ চাক্‌লে, ফাগি তৌরীবোই নিংই। অদুবু অহন্ অমন্ লাংথ্রে মতোন্ ৭তং সুরগ পিথক্উ হায়ন পিথক্‌পদি খর নেম্‌থরে।

করিগুম্ব মতম্দ লাইরব ইমুংদগী হেক্ চংদুন চাব থক্‌পসু মমা মপান য়াদে।

নোংম ইনাক্ খুন্ব নুপ মচাদুগী মমা মপান, নং কদাই চংলুই, ইমান্‌নবগী য়ুম্দ সান্‌নরুই। কনাগী ইমুংনো মখা থংবগী সিদব। উম্। লাইচুনী খংদরো নংবো, হয়েংখৈ সান্‌নব য়ারোইকো চৈবীরে মচাদো।

ওজা ওইব ইমুংনীন য়োংকী গেত পান্‌লী, ব্রাংত পাদব ইমুংনি। মপাসু ওজানি। ওজ ওইব ইমুংগী মচানুপ অসি কেন যোক্‌চব মচানি মীগী অবেম্ব লুখাক ওইনা চাকলেম্ শিজ্‌নিংদে। অদুবু ওজা ওইবনিন নোংম য়ুম্দ ছুতি নংত্তন লৈব যংদে। নুংসিন মচাদে। সান্নরিবান হায়দুনা য়ু যোন্বী অদগী মচ নুপীদুন তোবোং থোংদান সানলমিন্নৈ।

নোংমসু মমান ইসকুনদগী ইনাখক্‌লগা সাযেং শাইদুন পুবক্‌ই চাব ব্রান্‌লবব ব্রান্‌দে। ইমান্‌নবীগী য়ুমদ চেক্‌খে। ব্রাজোং কন্নবীনা নবম্ মখুম্ লৈবনিন মচাবু লাইবিক্ তম্‌নব কনা চোংনৈ। অদুবু লৈকাইগী তিন্নবীব মমান্নবী ওইহনিবা নুপী মাগাদো যাম্না নুংসনৈ।

নোংম নুপামচাদুন সান্নসি হায়্‌দুনা হৌব পাক্‌ই।
সান্‌তি ঐখোয়্ অনি ঐখোয়দা সান্নারুসি।
নখোয়গী নমান চৈবদি
বাবসু ইমাসু ইস্কুন্ কাখি

মখোয় অনি মখুৎ সম্নদুন চেন্ন চেন্ন লাক্মিন্নৈ

য়েংউ হৈনৌ ফজদ্রা? অমুন্ব য়াওরীবর য়েংউ।

খুৎন মেৎ মেৎতুন য়েংবদ অপেৎপ অদু মুন্লবনি নং চানিংদ্রা ঐ হেক্পিগে।

চাবুদি চানীংই অদুদ চৈবীগদরা?

ঐন অমুন্ব অম হেক্লগ লোইরে। অসুক্ য়ামন পান্লী অম হেক্প মসিং খংলোয়দ

নংবু হৈ হেক্প হৈব্রনে।

তিংখং তরা তিংলিবসিদি, নঙ তিংখং তরাগী সম্বল্সীদ কমদৌনী হা?

নেম্ প্লেত অমসু লৈ য়েংবীগনু ইকাইজে।

অমুন্ব হৈতমক্ হেক্কদবনী

নেম্ প্লেত্ অসিসু লৈসনু

সে ঐ হৈনৌ হেক্লগে

হোয় হেক্লো

অমুনব পান্ব মসাদো

আদ নখুৎ য়েৎকী মপাদ য়েংউ। খজাই ঙাংব য়াংন পানলি মংশা য়েংউ।

সিদ খজাই ঙাংবগী য়ানি পেৎতে।

মুনদ্রগ তোক্লো অম্সিন চাব য়ারনীদ

মেথা হৈনৌ হেক্পদ থারিব য়োৎলী তরান মখোংদ তোগাইবে তিনা পুনডাং ঙাংনা থোক্লে।

য়োংগেসে কদাযৱাইদ সোক্পনো। সিদি ডিতোন্ লৈবরা। অন সোক্কনী হায়্দর নংন হেক্ য়াদে ইসু থোক্লে।

ঐখোয় ডিতোন্ লৈ, ঐ পুথোরক্কে নঙ খর তৈবীয়ু।

হোয় লৌথোরক্উরো লসিং খরা পুরক্উ।

ডিতোন্ লীক্লী লৌথোক্তুন সান্তিন তৈবীরে।

য়াম্ন থুগ্লে।

নখোয়্গী নমা লাক্লবদি নঙ ফুবিরনী অ নংগী হৈনৌ ঐ পুররোই। নখোয়গী নমাদ তম্থোক্লুনু নং ফুজনী ঐ চৎলে।

সানতিবু পোক্পী মমান লাক্লগ মেধাগী অসোক্প মখোংদু উবদ করিন সোকলীবনো হংবদ হৈনৌ হেক্পদ তরান য়ুখিবনী। মখ তান হংবদ সানতিগীদমক্ হৈনৌ হেক্পীবদ সোক্খিবনি নৎতর। মচাবু য়াম্ন চৈবীরে। চৈবীবদগী হেন্দোক্তুন মমাদ।

- হে নচানুপীদো থারক্কনু চঙ্হন্লক্কনু হয়েং মখৈ।

সান্তীগী মমাসু হৈনৌ হেক্প চঙলুরিবা করিগীনো হায়দুন মচানুপীদ ফুবীরে। লৈতবগী চৈনান মীন লাক্চারসু নুঙাইত্রদুন মচাবু কোন্দুন পুমেন্ পাও্মেন্নৈ।

ফন য়াম্ন খাইদোক্নবগী ব্রা হায়্দুনসু মখোয় অনিগী নুংসিনবগী মরিদি তুরেন্গী ইসিং ইচেন্গুম্ চেন্থরি।

সান্তি মমান নোংমগী য়োন্নব য়ু লৌব হেক্ গাড়িদ চৎলি। মচাবু চৎথোক্তনব য়ুম্ সংউ মী লাক্কনী হায়। নুমিৎ তারম্দাই মতমদ পুরক্প য়ু বোর ইমুংদ পুসিন্দুন খাইদোক্ই। নোংমগী চেঙ্ চাক্ য়েন্সাং মরোই মপাং লৈদুন পুরক্ই। মচানুপীগী নোংমগী চর ব্রান্নব চাক্ পুখম্ অমা হেক্ খাইদোক্তুন থম্বীরম্ই। হৌদোংন চাগনী হাইন চাক্উপন উপ্লগ থম্বনি। মেধা লাক্লগ মখোয় অনী চর ব্রান্মিনৈ। ঙসিসু মমান থম্লম্ব য়েন্লি থোংবদো পুথোক্তুন মেধান য়াম্ন পাম্জব য়েন্সাংনী।

মখোয় অনি মমায় মমায় ওন্সিন্নদুন চার ব্রান্লি। চাক্ চান চান মুন্ন য়েংনরগ ফাগিসু তৌনৈ।

"হাইম নসমদু খোইরি খোইরি

"চাদ সিনন চাখোম্জাও

"নবুক্সু খোইরু খোইরু

"চোরাফোন্ মান্ব চিন্বান্

"খজাইদো হৈখা অপংপ মান্
"হৈমা নংগী নাতোন্তুম
"হৈমা মীসি য়াম্ন ওমইকো
"ব্রাঙাং হৈদা মীগী মচাসে
"ব্রাঙাং হৈদ মীগী মচাসে
"নংবুরা? ঐবুরা?

মখোয় অনি য়াম্ন নংবুর ঐবুর হায়দুন চার ব্রান্বদগী ফুক্ ফুক্ হৌগৎতুন অমন অমবু লাক্নবী মওংদ চেন্নখি।

মখুৎ হাম্নরুরগ অমুক্ হন্জিন্লক্তুন সান্তিন হায়। নুমিদাংব্রাইরম্ ওইরক্লে। ঐ মৈর কংখিগে, ইমাসু লাক্লগনি। নখোয়গীসু নম নপ লাক্লগনি, হয়েং অমুক্ সান্নরসিকো চোং চোং চেন্খি সান্তি।

চৎলো চৎলো হায়দুন মেথা লৈহৌরে।

কনাসু লৈতব নুমিৎ অমদ সান্তিদো লাক্ই অদুগ হায়রে। সান্তি ঐখোয়গী বাবন নখোয়বু লৈকাইসিদগী তানথোক্কনি হাইনে হায়দুন নহাক্ক সান্নব ফংলরোই খন্বদ য়াম্ন নুংঙাইতেবো।

"নখোয়গী ইংখোনদি?
"ঐখোয়ী কাকাহোইদ য়োন্থোক্কনী
"আ অসোংব চিংয়াদ লৈরুরগনী
"ঐ চিংয়াদ লৈনিংদে, কনামত্সু খঙনদেব।

মখোয় অনি মমাই মমাই ওন্সিন্নরগ কপ্মিন্নৈ। মতম্ খর লৈরগ ময়ুম্ সিদোক্ত্রে হোংব হৌখ্রে। সন্গারিদ পোৎ চিংবদু, মেধান লেপতুন য়েংহৌই। মপি ইর চেন্ন চেন্ন।

সান্তি মমান মেথা উদনব কন্ন হোংনৈ। মেধানসু কপ্ কপ্তুন য়েংদুন নিঙম্দন লৈহৌরে।

সান্তি অনৌব ইস্কুন্ অমদ মিং চন্বীরে। য়ুনিফোর্ম্ সেৎতুন লাইরীক্ তম্ব ইস্কুন্ কাব হৌখ্রে। অদুবু মহাক্ নুংঙাইফম্ ইখঙ

খংলমদে সান্তিবু নুংসিদুনত্ত লৈরি।

খোম্লেন্ তুম্খুন্ তান্লিঙৈদসু তাইবঙগী সান্নবগী মথৌগ চপ্ মান্নন সান্নৈ। খুন্লোক্পি কাং মপান্ হেক্পী মরু কোন্বী কৈথেন্দ লুক্মাই পান্দুন মন মসিং লৈব য়োন্ব লাইথি য়োন্বনচিংব, মখোই অনি সান্নৈ। মমান মখোই অনি সান্নৈ হায়দুন মসা সাগন্ পাইদুন চিংলৈ। কপ্ন কপ্ন ঐ সান্তিগ সান্নগনী, ঐ সান্তিগ সান্নগনী হায়দুন মমঙ্দ কপ্লক্ই, মমান মচাবু মঙ্ লাক্নরে হায়দুন হৌদোক্পী।

সান্তি ময়ুম্ হোংব থা ১০মুক্ সুজিন্খ্রে, মহাক্ন মেধাবু অমুক্তং উনব চংকে খন্লি। নুমিংতো নোংমাইজিং নুমিৎনী ইস্কুন্ ছুতি ওইবন সান্তি সান্তিবু নিংসিংবীরম্গদরা, ঐনদি মাবু নিংসিলী মখোংন অসুম্ থোরক্লম্ই, ওাইহাক্ চংলগ লমবী কদোম্দনো খঙ্দন লমাংনবগুম্ লৈরে। অউব অহন্ অমদ হংনিংবদো অহন্ অদুন মেধাবু উবদ লৈফম্ হংদন ওক্তোদ হাপ্কংপিরে। উচিন্ নাচিন্ মখোইগী কৈথেন্দ য়ৌরে। লমলোং অদুগী য়েংথংব লম্বীদ চংলু তাক্পিরে। খোংনসু য়োংলী মখোং ৫মুক্ চংলী। চেন্ন খোংথাং কন্ন থাংদুন চংপন খাংপোক্ অম লৈব উরক্ই চিংয়াদ হেক্ লাক্পগ সান্তি কৌদুন চঙ্লক্ই সান্তিসু মেধা উবদ য়াম্ন হরাওরম্ই। সান্তি মমাসু থবক্ সুরুবদগী হন্লক্পদ মঙায়রি।

সান্তিগী মমান হাইরক্ই।

মেধা নঙ করম্ন লাক্লিবনো মফম্সিদ, ওক্তো তোংলগ, ইমা বাবদো মথব্রাই ব্রারম্লগনি। ইম ইপান মথব্রাই ব্রাগদবদো খক্ তৌগনুকো ইচাস। নহাক্ন চংনিংলবসু নম নপাদ হায়রগ লাক্উ।

মেধান ঙাংন ঙাংন চংখ্রে। সান্তীগী মমান করম্ হায়ন কনাদ পাউ থাখিগনী হায়দুন মীপাইরি মতম্দো।

মেধা করিমত থৌসাদে, সান্তি মরুম্ কোন্বী সান্নসি হায়রি।

সান্তি ঐখোয় অনি মরুম্ কোনবী সান্নফম্ সেম্সি খুলোক্পী

সান্নসি হায়্রি।

"ঐন সান্নবগী খরদি নৈ
"নঙদি কনাগ সান্নৈ
"নঙগী সরুক্ নোম্লগ সান্নৈ
"হৌজিক্ খুলোক্পী সান্নসিরা?
"নঙ ব্রারনি নুমিৎসু তাদৌরে
"চার ব্রান্লক্পরা?

সান্তি মমান ব্রাবগী ঙর্মখৈ লৈখিদ্রে। পাউ চেন্বসু চেন্ফম্ খঙ্দে। অঙাং অনীমক্ মখোঙ্ মখুৎ হাম্দোক্পিদুন চাক্ পিজরে অদু তুম্হন্খ্রে।

মেধা থিবা সোইদন লাক্কনী খন্দুন গাড়ি লাক্প মীখোন্ তাবর হাইন না থাংগৎতুন তারি। করিগুম্ব লাক্তব মতাং থোক্লগন হয়েং নোংঙান্লগ থিন্বীরুগে খন্লী।

মেধাগী মমা মপাদো মা হন্লক্তে হায়্দুন কোয়্থি থিনরী। ইস্কুন্ চৎতুন থিরুরে সাতরা অমত লৈরম্দ্রে। থিবা য়াবমখৈ থিবা ফাওবদ ফংলক্তরে। মতম্ থেংজিন্লক্লে। সান্তি খোইদ হংলুসি হাইদুন মমা মপা লাক্লে। মতম্দু নুমিদাংগী পুং ১১ তাব মতম্ ওইসিন্খ্রে।

সান্তিগী মমাসু পাখৎতুনা লৈরি। গাড়ী থৌজিন্লক্পগী মখোল্ তাবদগী মীহুন দঙ্-দঙ্ চোংদুন নাসোন্ পীক্ন স্বর হোনদুন থোঙ্ হাংঙো হাইরক্প ঙাইরি।

হুইন গৌ গৌ খোংলী। হুইনে থোঙ্ হাংদোকউ হাইদুন সান্তিগী মমাদ হাইরক্পদগী খুলৈ থুন হৌগৎতুন থোং হাংদোক্চরে। তাইবুংঙোগ ইচে ইবেম্মগ লেঙবীরক্প ফরে।

অঙাং সিদা লাক্এ। ঐসু পাউ হায়্ফম্ খঙ্দন করম্ তৌগদবনো হায়্দুন ব্রান লৈজরম্মীবনী। ফিদ সোমদ লেঙ্সিন্বীরক্উ। অঙাংদি তুম্খ্রে। ঐ হৌদোক্চরক্কে।

মেধা হৌদোকলে, মমা মপা উবদা ইঙক্ ঙক্লে। ঐ য়ুমদ চৎনীংদে সান্তি খোইদ সান্নমিন্নদুন লৈহৌগে। ইন্দোম্চ ইন্দোম্চ ঐবু খর খাম্বীয়ু। অসুম্ন মখাদ ফ্রং ফ্রং চোংদুন কপ্লে। মচ কপ্পদগী সান্তিসু হৌগৎলক্লে।

মেধাগী মমান সান্তিগী মমাদ চৈবীরে। হে ইবেম্ম তরেংলৈবী হৈবী নহাক্ন ইচাসিবু মথব্রায মমি ফাজিন্দুন থম্বিরিবসিবু করিগীনোনে। করি লাইব্রা হৈবনো ইচাসে পুমঙাও ঙাওরনি। করি কান্নব ফংবগীনো নহাক্ন ইচাসি ফাদুন মফম্ অসিদ চর হেন্ব তম্বীগেরা ইচাবু ফাদুন থম্বীরিসিবু।

সান্তিগী মমান মথব্রাই চাক্ন খুম্লক্ই, তাইবুংঙো ইনম্ম ইবেম্ম ঐদি লাইরজরবসু অদুক্ হাক্ন মীগী মখ পোন্ন হিংজব নৎচদে। অঙাং মসেন্ সান্নব তিন্নজব পাম্জবসিবু ঐনবা? ইনম্মাখোইগী অঙাংসে মতুংদ অমুক্ লাক্তনব হোৎনৌ।

মম মপান চৈ থাংদুন মেধ পুখ্রে। সান্তি তিংঙক্ মাইঙক্ য়েংদুন লৈহৌরে।

মতম্ খব লৈবগ মেধ মসাদো মৈ হৌবমখৈ সাগৎতুন নাবে। ডোক্তর্ কৌদুন লাইকন্নরি। অদুবু হীদাক্ থক্উ হাইব য়াদে। মেধ চোইরোন্ পালোন্ লোন্লি। সান্তি ঐখোয়্ অনি মরুম্ কোন্বী খুলোক্পী সান্নরুসি। ঐন চারগ নংন চাদে হাইরিদি করিগীনো? বাব সান্তি অমুক্তং কৌবিয়ু। ঐ সানতিবু উনিংই। মখোয়্গী ইন্দোম্চান থোংব য়েন্লী চানিংই।ঐখোয়গী ঙা থোংবসি চানিংদে হাওতেব, অসিন হায়্বিব।।

"মখোয়দি লব্রাইদ লব্রাইনি, করম্ হায়ন সান্তিবু কৌগনি।

"গাড়ি তোংলগ চৎলু থাপ্তবনি, ঐসু চৎলুরবনি।

মচাগী নিংঙাইদ কন্মন্বদগী মপাদো সান্তি কৌনব লাক্লম্মী। সান্তি মমান য়ামন কি হংগোইন ফান্ অমা পুথোক্তুন ফিদাদ ফম্বীয়ু।

"করি তাক্পিগদবা তাইবুংঙো

"ইবেম্ম সান্তি মমা, মেধাদো য়াম্ন কন্ন নারে। মান সান্তিবু কৌরুচো উন্নীংই হায়্দুনত লৈরে। মরম্ অদুন সান্তিবু

অমুক্তং। মেধাগ উনহন্ব পাম্ই নমা নচা লৌব লাক্ইবনি।

“ তাইবুংঙো ঐদি ইসাগী থবক্ চৎক্দবগী হোৎনরজরম্লিবনী হৌজিক্ত, ফিরোন্সু মীরক্ তিন্ব য়াব ফিরোন্ সন লিক্ লৈতে। অঙাংবু কয়াম্ কন্ন নারবনো?

ইবেম্ম করি হায়নি খংদে মমঙ্দসু সান্তি হাইদুনত লৈরে। চাদ থক্তবন মসাদু হৌগৎপ ঙম্দরে। মান সান্তিবু লৌবীরু হাইবদ নুংঙাইত্রদুন, ঐ নহাক্কী ঙসিগী খুৎসুমনদো ঐ পিরগে। ঙাইহাক্তং য়ৌরুরসি ঐ অমুক্ তন্ন থিন্জরক্কে।

সান্তি মমা মচাদো অহনব ফিরোন্ সেৎলগ মেধাখোইদ লাক্মিন্নৈ।

মেধাদো সান্তি মখোন্ তাবদ য়াম্ন নুংঙাইজরে। ডাক্তরন চাও থক্উ হায়দুন হীদাক্ থক্পদ নিংঙাই তৌই। সন্তি মমান হিদাক্ খর থক্সি নাব ফানবনি ইসিং গিলাস পাইরগ গুললী পিথক্পদ থক্খ্রে।

নুংসিনব অঙাং অনিদো থম্মোইগী ওইবন, মমা মপাদু ইচ নাব ফারনি খন্জৈ।

মেধাগী মমান হাইরক্ই। লৱাই নুপীনী তরেংলৈবীনী হাইখিব রাদো সাওবীরনু। অঙাং অনীগী নুংসিন্ব উবদ ঐসু নুংঙাইরে। ঐদি থাপ্ন লৈনবগ ফাগদব খন্বনিম, নুংসিবদি কাওব লৈতে। নমা নচাসু অসংব মতম্দ লাক্উকো। ঐখোয়সু লাক্কে, ঐনা লৱাইদ লৱাইনি খন্খিবদ তৌখিবনি। নুংসিনবদি লৱাই ইম্ফান্ খাইরম্দে। নহাক্ সাওরগনুকো।

ইচেম্মা ঐ করিসু সাওদেদ, মেধ নাব ফরো সান্তি ঐখোই অনি য়ুম্ চৎলগেকো।

“ঐসু নাব ফারগ নখোইদ অমুক্ সান্নসিকো

“হোয়্

“নুংসিবগী নুংগী ওইব খুদম্ পিন সাখি থম্খি।

## পেন্সিন্ ফংলব

তোংব্রা মতম্ পংকুই কুইখিদরি পেন্সিন্র ফংখীব খুংগং মচ ওইরবসু দিপাত্মেন্ত অমগী অচৌব থৌ পুজরম্লীবনী। তোংব্রা য়ুম্দ খবর্ পারিঙৈ মতম্দ সার্ অসিমতংদি তৌবীদব যাদে, অসিমতংদি সোইবিব য়াদে হায়্দুন কোয়্তান্ তান্নরি। থবতক্তগী পোৎথার্দ্রিঙৈদদি। নোং ফুং হেক্ ঙান্বগ গেৎ হাংব নংদে মীন য়ুম্দ ঙাবু থিন্ব লক্পাও লফোয়্ লতং অহাও অথুম্ কয়া কয়া, অদুতসু নত্তে ফৈজোম্ পুম্য়াৎ মপুম্ থিন্লক্লিব চীক্ন চাইনব হেক্ ঙম্দে। মীসিংন ওফিস্তসু ঙাইদুন হেক্ত লৈরম্ই, মরোন্ মরোন্। ফাইন্ ময়াম্ মথঙ্ মথঙ্ সুবদ সার সিমতং হায়্জিন্লকই মীকুপ্ অমতং ব্রাখন্ খন্ব নংব নংতে।

সাব অমুক্ত ঊনজব য়াগদ্রা হায়্দুন মীয়াম্ অম পরেং লেংলিব অদু মাগী চমপ্রাসিন মথঙ্ মথঙ্ থাজিন্ব য়ানব সিন্বদ অব্রাব অম ওইরিবনি। ঐগী সিমতং থাজিন্বীয়ু হায়্জবদ চমপ্রাসিন থাজিন্বীখ্রে। অরাক্প মীসিংদুন চা বোর ক্বা খর লৈরসু, পৈস খরা পিরম্ই, ক্বা খরা হেন্ন লৈরম্বন চাবদ য়ুম্দ চাক্ চাব য়াব নংতে।

তোংব্রা পেন্সিন্ ফংলবনিন থবক্তগী পোৎথারবনিন। হান্নগী সার কৌব ময়াম্দো। কনামত চঙবীরক্খিদ্রে। তুমিং ফাওব পাইখিদ্রে।

ইপা ইপুগী ব্রাহৈদ হয়ীং ফাওব পাইরক্ত্রে। চেক্ মুক্ লাওদ্রে।

তোংব্রান তাইনফম্ লৈতদন মাগী নুপী মেম্ম লাউরক্‌ই। চাক্ লোইদ্রিবর নখোয়বো পুং তরা মখাই তারফাওব করি সুদুন মতম্ লেন্‌লিবনো? চাক্ক লোইরে ইরু সাদেংলুরো হায়দ্রিবসিন। সুমাঙ্ থেলোংসে নাপী ফোয়্‌দোক্ সেংদোক্তুন দেকোরেসন্ সেম্‌লিব ফনদি মকুইরে।

তোংব্রা ঐবু থবক্ চংক্‌দবসু লৈত্রে। অঙন্ব অয়ুক্ত চা গিলাস্ অমা থক্‌ত্রে হায়্দুন য়েন্‌নখ য়েন্‌খুন্‌সি লিন্, হংঙোই চংলগনী হায়্দুন নাপি দেকোরেসন্ অসি লোইসিন্ খোৎচীন, লৈরুরে।

নুমিৎ চাইরাব মতম্ খংসাও সাওই।

হায্ নুপী থবক্ চৎত্রে হায়্দুন চাক্কা অমত পীজররোই খন্‌লিমনে।

মেম্ম মতম্ খজিক্তং থেঙ্‌বগীসু পাঙাংত ঙাংবীবসিবু গীযাস্ত থুন কাম্‌গনিন লোইজরগে লোইজবগে।

তোংব্রা ব্রাং ঙাংদন মাংগোন্‌গী ফাল্ অসাংবাদ খুদৈ অমা থারগ তিংথোক্ক্লে, মখোং সাংন যুমগী ফক্‌লাংদ থেৎলিবা ফোতোদ যেংখৎতুন পোৎথারি।

তোংব্রা পাইম ব্রাখন্ ইহৌরক্‌ই, নহাল্‌দগী চে চাঙ খর ব্রাথোক্ রাৎসিন্ লৈন হায়দুন হো অঙাং নংবু খব চৎতুন ডিপাত্‌মেন্ত্‌কী কেরানিদু কৌইহন্‌লুবনি। তোয় হায়্‌হৌই হায়্দুন তম্‌লৈ। অদুবু ঙসি ফাওব লাক্ত্রি। ঐন ওফিস্ কাবিঙৈদগী ব্রা নৎতে। নহান্‌মখৈ মতম্‌দো ওইরবদি হাযদ্রিঙৈদ থুংলবন হান্‌গদবনি। কন্‌থী থোক্‌প যাদবগুম্ নিংসিংলুবদ খোইদৌসি পোরোক্ পোবোক্ চাক্‌ইদ।

অকাব সাব হাইব তাবব? ইমান্‌নবসু নৎতে। ইখাগী অঙাংনি তোংব্রা মখোযগী ওফিস্ত চৎলুই। ঐন ফম্‌জরম্ব চৌকি অরৈবীদু ঐগী তুংদ লাক্‌প ওফিসার অদুন ফম্‌লি মান উগী চৌকি অমন্ব অম্দ ফম্‌লি। ঐন পাম্‌জন লৈজরম্ব পেন্ ইস্তেন্ চৌকিদ ঙাবদ নুংঙাইব

খন্দুন লৈজরম্বনী। অথাব তায়েন্। য়েৎকী গোড্রেজ্ উপুনচিংব ময়াম্ অদু উরুব্দ পুক্নিং খংনুং হেক্ নুংসিব ফাওখিয়ে।

প্রমোসন্ কারক্প অনৌব ওফিসারন মমাঙদ ফাইন্ মথং মথং পৈদুন লৈরিবদু অমমম্ত ওইন মথং মথং সহী তৌরি। মনাক্ত চম্প্রাসিদুন য়ামন কিন অমদ অমুক্ য়েং ওফিসারদ অমুক্ য়েং ঙাইরি।

ওফিসাব অদু তোংব্রাগী মখাদ ভাইস ওইন লৈহৌবনি মান থবক্তগী পোৎথারব, মতম্দ মহুৎ সিল্হৌবনি। ফন য়াম্ন থবক্ চিন্লবসু মতম্ অমদ মথক্ থোংব লৈরমলিবদুদি ফজন ব্রেল্কম্ তৌফম্ থোক্ইন। ওফিসারগী চৌকিদ ফম্খিবদ্গী কব্মব অহোংব ন্যপল্নো। লম্চৎ সাজৎনো খংদে। চা গিলাস্ অমতসু হরাও্ হরাও্ থক্খিসি হেক্ হায়্দে।

অতোপ্প কনাগুম্ব মীসক্ অম ওইরম্লবদি হরাও্ হরাও্ন ব্রেল্কম্ তৌবম্বসু য়াই। অদুবু হন্দক্কী ওফিসারসিনদি অদুগুম্ব মীওইদুদি ওইদ্রে। মাসু পেন্সিন্ ফংলোইদৌসি মঙায়্ন ওমোরদৌন।

অযুক্ অঙন্ব অমদ তোংব্রা থোংগান্দ ব্রাই সীৎতুন লম তু সেংদোক্ খোৎতোক্তুন লৈরিঙৈদ।

সাব ব্রাই সীৎতুন নাপী ফোয়দুন লৈবে। মতম্সি ঙাইহাক্ত পোৎথাদেব তোংব্রা ওজ করি থবক্কীনো?

সাব ব্রা অমতং হাইজব লাক্লিবনি, ওজা ময়াম্সি সাহিত্যগী ফম্ অমা সাবগী তম্জগে হায়নবনি, পেতরোন্ মেম্বর অমা ওইবিদব য়াদ্রে এডমিৎসন্ লুপা ১০০০ লিসিং অমনি সার।

তোংব্রা ওজা ময়াম্ন তাক্পিরবনিন ঐসু সরুক্ য়াজব তারেদন, ওজা দিয়ু পেটত লীস্ ইদুন তোংব্রাদ পিরে : লাইরিক্ অমতং ফোংগদৌরি, সারসু ব্রাবি মচ অমতং ইবিরক্উ। সিন তুংগী ফম্ফম্ অমদি সার সেম্জরিবনি। ব্রাখন্ সুংফম্নি খন্বীয়ু।

নোংম হেক্সু তোংব্রা ব্রাক্কিং চৎথোক্পদুসু ওফিস্কী গ্রেড্ ফোর্ অমন মঙক্ ইন্লগ নোক্সিন্লম্ই। মান থৌরক্প এক্তিভা

খাম্মমদনা থৌখি।

তোংব্রা অসুম্ন থৌদোক্ মচা মচা থোক্খিব কয়াদু নিংসিংলী। মেম্মন ইরু সাদেংবীরো চাক্ লোইজরে, হায়্দুন হেক্ লাউরক্ই।

চাক্ লোইরব্রা?

তোংব্রা থবক্ তৌরিঙৈগী মতম্ পোৎথারব মতম্দ খেৎন্বদু পুক্নিংদ মওন্ মওন্ খন্ন তোতি মখোংদ চংলি। মঙম্ সান্দব খোংথাং অদুন ইরু সাদেংব খুদৈ বাল্তিন্ অমা পুদুন চৎখীবনি।

৩০।৭।২০০৯

## মীতোপ্

ৱাংজিংগী পাদাম হোতেল্দ চা থক্লগ ইম্ফাল্গীদমক্ত গাড়ি বস্ তোদুন পুং ৮দা ইম্ফাল্দ থুংনব চৎলি। তিকেৎ কক্লগ রাজ্ধানি এক্স্প্রেস্ তোংদুন লাক্পনি। গাড়ি মনুংদ ওোরিব মফম্দি মাও্ কোহিমগী লম্বেল্ অকোন্ব অদুৱাইদ কোক্ ঙাও্দুন ওোবনি ঙাইহাক্ পন্ব মতম্দ হোতেল্ চংদুন হৈ চাই বোর চাই। মান মান পাম্ব য়েরুম্সু চাই। অহিংচুপ্প থৌদুন গৌহাটিদ থুংলে। মতুংদ ত্রেন্ তোংদুন চৎলি। অসাব মতম্ ওইরবসু এয়ার্ কন্দিসন্ ওইবনিন অসাব খংবদি অৱাব লৈত্রে। মোরনিং তি ব্রেক্ ফাস্ লন্স মতম্ চান পীবনিন ইস্টেসন্ অম্দ ঙাইহাক্ কুমথ্দুন অচাপোৎ অতৈ লৈরুবগী মথৌ তাদ্রে। নুমিদাংগী মতম্দসু তুম্ননব ইসাগী ফিরোল্ পুজরক্পদু লৌথোক্লুবগী থোইন কান্নদ্রে।চৎতব য়াদবদগী ট্রেন্গী তিকেটকী পৈসা থোইন খন্লুদে।

নুমিদাংগী চার চারব মতুংদ মৈতৈ মচা মখে পুন্ন তুম্মিন্নৈ।

মরোন্‌ মান্‌নব কাঙলুপ্‌ ওইবনিন। ত্রেন্‌ তিকেট কক্‌প মতম্‌দ চহি ৬০গী মথক্‌ত কন্‌সেসন্‌ পীরে। পারমিসন্‌ কাড অমদি উৎপাতাই মসক্‌ তাক্‌নব

ঐখোয় নোংম তুরেন্‌দ হি ফাওরে হায়দুন য়েংব চংলুই। লম্‌দম্‌দু অদুগ চাওব কৌব নুপা অসিগী মচা নুপা অমা মাংখিব থা ৬লোম্‌ সুব মতম্‌দ মখুন্‌ অদুগী মিন সিং চন্‌ব উকোন্‌দ চংলুবনীম। উ অকংব অমা লৈব থেংনখি। নিপাদু পাখৎতুন মখুন্‌ তম্‌ন হোবে হোবে চংলক্‌তুন চাওব খোয়দ তম্‌খি। নংগী মচান সেংপ ফিরোল্‌ মচু খংলবদি অমুক্‌ত য়েংলুসি হায়দুন চংদুন য়েংলুবদদি মসাগী সরু পোলাং ঙাক্‌ত অদুগ ফুরিৎ খোংগ্রাও তুপি অদুদি অদুম্‌মক্‌ পক্‌তুন ইকাই কাইদন লৈব থেংনরুই।

ঐদি চহি তরামরি মঙাগী থোক্‌খিব থৌদোক্‌ অদু হৌজিক্‌ত খংনিং নিংসিংলক্‌ই, ইসাসি কিবন লব্রাই সম্‌ চপ্‌ য়ুংখি। তু খ্যাও চুংখি। হাইরপ মিৎ উইসিন্‌লুবগী মতম্‌নি। তুম্‌ফম্‌ খংদে কোইয়েং য়েংলি লৈদুন। অসুম্‌নসু হাইনখি। ইমুংদ থুম্‌য়াকপী ঙা চাদে। মচাগী মওংদ উরুবদগী লাইমন্‌ ওইখিবসু লৈ।

অসুম্‌ন হায়নৈ অহন্‌ লমন্‌সিংন নোংথি নোংমংব মতম্‌দ উথক্‌ত সিব মীদুগী থব্রাইন লাইরম্‌লেনদ তিন্‌দ্রবদ থব্রায়ন ভূত্‌ প্রেত্‌ ওইন থোরক্‌তুন তম্‌নলাই অমুক্‌ ওই। মাংদ ফিঙৌ সেংপ হেক্‌ উহন্‌ তুমিন্‌ন চপ্‌ লেপ্‌পসু হেক্‌ উহন্‌। লম্‌লোং ফাংব তুরেন্‌ কুম্‌ফমদ লৈরক্‌ অখুব মপাদ লৈবনি। কনাগুম্‌ব ময়ুম্‌দ থেংন হন্‌জিন্‌লক্‌প কিদ্‌ব মীন মৈখেৎ খেৎলগ মৈতান্‌দ লৈরবদি স্বাই মাংঙিসু হায়নৈ।

মসিগুমব থৌদোক্‌সি থাজদবসু লৈ। মমিদুন মিৎত লাই ওইন ওইখ্রবদি তুরেন্‌গী থোং লান্‌বদ ইসিংদ চিংথৈ খংহনদন খুদক্‌ত।

চহী ২০গী মমাংগী ব্রারিনী লৈপাক্‌ অসিদ পোক্‌চব ইমা লৈবাক্‌ অসিদ খোইরেন্‌ তাফম্‌ ওইজরিব। ইরৈপাক্‌ অসিগী লৈহাওদ

হিংজরিব সুরেস্ চংনব য়াব মহৈ মসিং খর লৈজে। লিংখৎখিবনি নুপী মরুপ্ "ব্লুমেন এসোসিয়েসন্" রেজিস্তার তৌরগ লেতর্ হেৎত প্রোজেক্ অমা থাখিবনী ইসতিতুইসন গ্রান্ রোন্ সেন্থাং ফংনব প্রোজেক্ সেম্দুনা থাখিবনী। সেন অদুন থারক্লগ থবক্ অদু প্রোগাম্ পাংথোক্খ্রে হায়দুন রিপোৎ বাজেৎ থারিবনী।

মতম্ খর লৈরগ ব্লুমেন্ এসোসিয়েসন্ গী মমিংদ প্রোজেক্ অমা ফাওরে হায়ন কৌরক্খি। গ্রান লুপা ৫% লেমন ৪% পীরগনি।

মতম্ কুইন লৈদবনীন ভারাদ লৈবসি তোক্লসি। ফ্লেত অমা লৈরগে মমলন লুপা লাক ৬০ অসি পিদুন কা হোংজিন্দুন লৈরে। গ্রান অসিন তাতা অমা লৈরসি খন্নরে। মমল্না লুপা লাখ ৩দগী হেন্দব লৈসি।

"দুকান্দ লৈবা নুপামচা

"রাথো

"কীয়া নাম্ হৈ

"মেরা নাম্ রাথো

"কোন্সে গাড়ী নম্বর

"রাথো য়ে গাড়ী নম্বর ৪০৫০ M.N.

"সুরেস্ পিতা মাতা হায়

"আপ্ কহাঁ রহনেৱালা হৈ।

"মে মনিপুরীকা

"মনিপুরীদ ঐ য়াম্ন লৈনিংই। লাইগী লৈবাক্নি হাইনৈ।

"মৈ দেখা হুঁ

মনিপুরী ব্রা থোরা জান্তা নহাক্ মনিপুরদ ঙাংব হৈন। পিতাজি থোরা জনতাহৈ।

সুরেস্ রাথো মনিপুর জয়গ তুম্ ভী মেরা পাস হো মনিপুর বহুৎ থন্দ হৈ। তেরে মন্কে গংগ। ফিলম্গী নুংসিরব ইঁসে অসি রেডিওদ সক্লক্ই। কয়াদ নুংসিরুব, অদুবু গাড়িগী মমল্ পিব লোইরদুন

ড্রায়ভর থোং হাংদোক্তুনা গাড়ি ইসতার্ত তৌই। থিক্ হায়। কৌইবাৎ নহি জয় লকস্মী।

"সুরেস্ সোক্রা বাচা

"হাঁ পিতাজি

"কয়া বাত হে তুম্

"পিতাজিকী মদৎহে মৈ কোই বাৎ নহি।

"জয় ভাগবান্ মনিপুর জয়গা

মনিপুর তুর লাকপ্গী পাও অমা লৈরে মীতোপ্ অদু ৱাংজিংদ গাড়ী পুরক্পদ লাক্খিবনী মীতোপ্, মপান্ চৎলুব মীন লম্জিং লম্তাক্তুন পুরর্ক্খিবনী। অয়ুক পুং ৮ তাব মতম্নি। ঙাইদুন লৈরে ৱাথোক্সু য়াওই খৌবুনাই অমা ওইন, সুরেস্কী কাংবুন ঙাইদুন লৈরে। ইসিং সনাবুন্ পরেং অনি থোক্ন থম্লে। লৈম্সিংন ময়েক্ নাইব সেৎ সাবি মওং মানন ইন্ য়ৌরক্তুন খুৎ সোক্নৈ।

"জয় রাম্ জয় রাম্

"রাথোসু জয় রাম্

"অপ্ অভী কহাঁ গয়ী থী

"ফীরানভ খুৎন পাই লফু য়ুংলীবদুদ ঙাদুন থম্লগ, ৱা ঙাংনৈ নুমিৎ কয়ানি সুরে। গৌহাতিদগী লম্থাখিবনি তাং ৫দা অনাব য়াওবরা। কোই নহী ননদো ৱা ঙাংখি। হিন্দিদ, অপলোক্ মনিপুরকী অন্দবসে য়ে হে ৱাংজিংৰু নাম পাহুঁচা, থিক্ হায় জয় বাম্ হায়। খুৎ সোক্নৈ।

"রাথো মপি ইরা চেন্

"আপ্ কীস্ কাম্কে লিয়ে অয় হৈ য়হাঁ

হে মেরা পিতাজি অপাকা ঘরসে। পিতা মাতা মার গয়যা। কোই নই। মনিপুরগী সুরেস্ য়ে ঘরসে রহেগ।

"অসা থিক্ হায় জয় রাম্

"অচা অথক্ লোইরগ মথং চৎখী ময়াম্ কাইনরে। ময়াম্ হন্নরক্ই মাগী মাগী ময়ুম্দ চৎনখ্রে। রাথোদি পিতাজি সুরেস্কী য়ুমদ

লাক্ই। নুমিদাং খুদিংগী তন্ চাদুন লেন্লমব রাথো। ওসিদি ব্রাংজিংদ মরা তাদুন মনিপুরীদ পোক্প মচাদু মঙাইরে।

অহাওব চাক্ চারে
লম্সিগী লৈহাওদ লৈজরে
লমগী ইসন্ চি তেন্ব
মীরম্ সন্ চিসাংব

লম্গী পৈসা পুথোক্পিদুন লম্ লৈবীদুন মযুম্ পান্বীন য়ুম্নাক্ সাগৈ খংদব মীতোপ্ মচাদো। ওসিদি য়ুক্ অসিদ মপু সাররে। মীনাইন কৈনাব হায়বদো কয়াদ চুমখ্রব।

# লৈপুংবা

চাওব মপুং মরৈ ফারব অহন্ অম ওইব য়ারে। মচা মমৌন থৌগন্ তৌরব মীনী হাইরী, মাগী নুপী লৈরিক্ন হায়্রিব। ও মাই পাবুং য়েংউনে আ সিগি অহন্ অসিন লৈরাং অমগ লৌরগ। হা করি হাইব, য়েংঙো মখুৎ য়েৎন লৈ লৌরগ ওইদ পিরে। ওইন নাপ্পগী ওইদ থেৎলিব। অদুগ ময়াম্নাদি লৈদো য়েৎত থেৎলিব সিবু চুমব্রা হায়্মী। খাই মমা লৈরিক্ লিক্লম্ অসি খংদব মীন পংচৎ চৎনবনী। অচুম্ব মমা অরান্ব অমগ পুন্ন চৎমিন্নবনি হায়ব খুদম্ পিগে তাও্। য়ুম্গী নুপান পুরক্লিব সেন্ অদুগ সন্ যোন্বগী লুপা লিসিং ২। লৈরিক্ নংঙোন্দা পি, অদুগ সংবাই অমদ পৈসাদু হাপ্লগ নংন লাইনিংথৌদ কৎলি। ঐনদি য়ুম্বুরেম্বীদো পিদ্ন অমুক্ সেন্দু মফম্ চান মতাং চান নুপা নুপী অনিন লম্বু লৈসি। সনাবু লৈসি সন্বু লৈসি হায়্বদুদ নুপীন

পিবনি সেল্, সুরবরা য়েংউ। ফুংগ নাইন পান্‌ব পা-পী অনি পুলপ্ পুন্‌ব হক্চাং পোলাং ওইরিঙৈ সাদুগী তংখাই অমদি নুপীনী, হাইব তাক্লি, সন পাম্‌ব নুপীনী।

খুৎহৈব লৈপুংব ওইনি, হাংমৈ পাই ওইতন নুংথংসু পাই, য়েৎন নুংথং পাইবদো ময়ামগী চৎনবীদো, মাগী ওইন পাই।

লৈপুংবদি দ্রোয়িং য়েক্‌পদ সুবগ চপ্ মান্নৈ থবক্ ওইন সুরীবসীনীনে অতো”

লুহোংদ্রিঙৈদদি লৈরাং লৈপুংবগী মসক্ মুন্‌ন খংব ঙম্হৌদে। খোন্ থোৎখিবসিন, নোংমত্ত অসাওব হায়বদু লৈতে। মাগী ব্রাঙাং খুদিংদ লৈরাংগী থম্মোইদ তিংখং য়ুখিবনী। মাগী ব্রাহৈ অমদ অহিং মিৎ ফক্‌ল তুমখিদে। নাপ্‌প সিংজদ য়েন তাদুন লৈখিবনি। হৌজিক্ত লৈরাংন খংলক্ই, লৌরম্‌দাই তেংন সাব খাইন্‌বম্‌দাই য়োং সাব। মপুক্তগী হৌরক্‌প ব্রাঙাং ওইরম্‌দবে খৌনাওদগী থোক্‌প নুংসিব থম্মোইগী হু ওইরম্লে। লৈতোন্ সরু পান্‌দবগী মীবু নুংসিনব পংঙাং ঙাংব মতম্ লেন্‌ব ইথক্ ইরাংগী ব্রাঙাং ওইরম্লে।

লৈরাংন মাগী ব্রাখন্দ চাওথোক্চব নাপন্ অমদি লৈজৈ লুতুং সম্বুনগী ফিদম্নীংঙাই ওইবী মর্তাক্ চাবী ফুংগ অমগী লৈম ওইগনি। মান খন্‌জরম্বন অমা অসুম্ন কায়রক্‌কনী খন্লুদে। মীন নীংবন অমা লাইন সেম্বন অমা ওনন তৈনব হায়দুনী মনেম্ মকুনদি ইমৌনি ইচামক্‌নী খন্দুন লৈজৈ।

লৈরাং প্রাইমরিগী ওজানী মাগী নুপান উসুবগী য়াম্ন ইন্নক্ খুন্‌ব নত্রগসু য়াম্ন ইংন তপ্‌ন পান্‌ব য়াইফরব ইমুং অমনি। নোংমত হরাও হবাও লৈমিন্‌নদে। ব্রা অমত ব্রাখন্ তান ঙাংনব য়াদে থাও্গ ইসিংগনি।

মতম্ পুম্নমক্ত লৈপুংব সাও্দুনত লৈ। ইস্কুল্‌দগী খজিক্তং হেক্ থেংবগা চৈবী। মী পুম্নমক্ ঙসাইন সুতি থানখ্রবনী। হৌজিক্ ফাওব করি তৌদুন লৈরিবনো হায়দুন হাংমৈন থোংদ লংঙক্ই। অপাই

অপাইবন থারক্‌পদ উপু কাইবন কাইব, মসাদ পান্‌বন লৈরাংন নাব। মসাগী ফংজরীব তলবসু পুরক্‌পগ নুপাদ পি, মসান নোংমত মনিং তৌন সীজিন্‌নব ফংজদে। তলবসু মাগী নুপাদ পিসিন্‌দ্রবদি য়াদে। লুপা চাম্‌দং মরুপ্‌কী পিখ্রে হায়্‌ব ফাওব মাঙোন্‌দ সুন পিগদবনী নংগী নুংসিনব নুপাদ খুদোল্‌ তম্‌লবিনী হেক্‌তা হায়্‌। করিগুম্ব কুম্‌মৈগী ফিরোন্‌ লৈব তারবসু নির-নিরগ লৈগদৌরীবনি। তম্‌দুন থাজরোই ওন্‌থোক্‌ন মপুক্‌ ফৎখিদ্রব নুপানি। লৈরাংগী ফুংগ অমগী লৈম্‌গী চুম্‌সো পায়্‌দুন মপু ওইজব ফংজগদব, মৌদুগী অধিকার মৎপীবগুম্‌লে।

লোক্‌ অমদ কৈ অনি লৈমিন্‌নব য়াদবগুম্‌ নুপা নুপী অনি মোৎ কাই তিন্‌দ্রবদ য়াইফরব য়ুম্‌বান্‌ ওইবগী মহুৎত পাখ্রাগী য়ুম্‌বান্‌ উদ কোক্‌ কোক্‌ ব্রাদ কাক্‌ কাক্‌ মান মান থোক্‌প কুসি রাসি তৌনরবদি ইমুংদো মহি লাংব তাবনি। নুপা নুপী অনিগী অসাওব ব্রাখন্‌ অনিমক্‌ খর খর হন্‌দোক্‌লগ তাথোক্‌ তাসিন্‌ তৌনদুন য়ুম্‌বান্‌মিন্‌নরবদি য়াইফরব য়ুম্‌বান্‌ হাইদো হাইগদবনী। তম্‌জনিংঙাই লৈত্রে। লৈরাং মখোয়্‌ অনিগী মোৎ খেৎনব হায়ববু য়ুম্‌গী উপু তেবন্‌ থম্‌ফম্‌ ফাওব হেক্‌ মোৎ কায়তিন্‌নদে। উপু থাংদোক্‌ থাংজিন্‌দ অমুক্‌ তোইব জাৎ অমনিদ।

লৈরাং ফি হোংদোক্‌তুন য়ুম্‌গী থবক্‌ সুরি য়েন্‌ছাং হেক্‌চিন্‌ব সিং খাইজিন্‌ব চাক্‌খুম্‌ ইসিং সোক্‌চিনব। ঙসিদি ওজা য়াম্‌ন কারক্‌তবন পেরোং মেকপ্‌ তৌবদ খরসু থেঙ্‌ন ময়ুম্‌দ লাক্‌ই। চাক্‌ খর ঙন্‌ন চাবগ খর ঙন্‌ন তুম্‌জনব খন্‌লুই। নুমিৎ তারুম্‌ তারুম্‌ তৌবদ লৈপুংব মমান্‌নব খরাগ মরি মরি চংলক্‌ই। উদবদ কোইকৌ কৌই মমাদো।

অব্রাংগী কাদো সো হাংদোক্‌উ। ফক্‌ খর থারম্‌মু পোদোন্‌ খর ঙান্‌ন সেম্‌ন পুরক্‌উ। ঐখোই ঙাইহাক্‌তং ফম্‌ব কৌতাদুগা খাওদুগা ইসিংগা সুন পুথোরক্‌উদন।

লৈরাং মপুরোইবগী য়াথংনী ফক্‌ থাই।

গন্‌জা কক্‌প নোইব হৌখ্রে। তিকি চুখারে। অম্‌ন সুরগ মরিন

য়েংবসি তোক্লসি। হায়দুন বোতন্ অমা লৌরুবগ মদুন অমুক্ খিন্লাইরগে হায়নরে। নিসাগী মনম্ অসিন কাদু চংব য়াদরে। মখোয়গী নুংঙাইবদ থা কাবাদুমুক্ নুংঙাইরে।

নুপানিন লাওরক্ই হৱাইমুবীদো খর লৌরক্উ।

নংগী ঙামু লৈরৌদো খর তাউরক্উদন, ঙা চফুদগীদো। নংগী নরন্বু কনান চাব লোইদৌনো ঐনা চাদনবু থৱাইদো নুংঙাইতে নুংঙাইতে তৌদব য়াদবনীন হৱাইমুবীদো ঙৌদন ঙামু লৈরৌদো তাও্দন পলেত অমদ থুম্ মোরোক্ সুন পিরে।

নিংথৌকাব নুমিৎনে য়েন্ কাওনব মবক্ সরক্ত সেন্ ফংলক্প খুদিং য়ুম্দ খেন্ লিংদুন পারতি তৌদুন জুৱার সান্নদুন ইসৈবু সক্পনে নোক্পু নোক্পনে। অহিং পুং অমা তাথীবদি খংহৌদে নোং ঙান্গদবন মাহান্লি।

থবক্ ৱান সুনকরগ অঙাং অমগ য়াওসিন্লে নুমিদাংগী থবক্সে লেপ্নব হায়রুই। নোংমত ঐখোয় অনিবু পুন্ন তরা চাক্ চামিন্নদুন হরাও্ হরাও্ লৈমিন্নব ফংজদে।

‘সাওন নখোয় তুম্গদবদো তুম্মো ঐখোয় ইরাইন লৈজনি ‘য়ুম্সিদ লাও্ খোংলগ চুরুপ্ মনম্গ গন্জ মনম্গ করম্ হায়ন তুম্ব ঙম্গদৌরিবনো? লৈকাইন নুং থারক্কনীকো হাইবীদে হাইনি।

ঐদি অধা মোরা নৎতে, নুপীন হাযব ইন্ব নুপাদো ঐ নৎতে।

সানৈ য়ুনৈফম্ খেল্গী হোন্দু মঙাইরে, মমান্নবনি হাইদুন ঙম্মী মতাগুম্ য়ু থক্তুন মতম্ লেল্লগ মীবু তুম্হন্দন থম্লিব লাই লৈবনীকো মীগীসু সুম্ন চৎন্বর খংদে। পুং অনি তারগ নোংঙান্লম্দাইদ হন্লক্পসি তোইরক্ই।

‘লৈরাংন ৱা ঙাংলুবসু

‘তোলোব চাবনীন হেক্ত পোংখাইরিনি। নঙগী পৈসা খরদুন করি কান্নব নৎতে। জুৱার খুৎথা অমফাও্ কোন্নদেহে, নঙগী

থবক্তো য়াম্ন থুন রিজাইন তৌ। ওজা ওইব চৎপদ য়ুম্গী অঙাংসু হন্ন য়েংবীদরেদন, ইথক্তসু কারক্এদন হেক্ত ঙাংলক্ই লৈপুংবান।

বন্ নুমিৎনী লৈরাংগী মপাম্লোম্গী মৌপ্পাসিং থোক্পগ মমান্নবগ, এক্তিভাদ মখোই মরি তোংদুন থৌজিন্লক্ই। ইচে ইচে কৌরক্ই।

ইচে য়ুম্দ লৈরম্গনি হায়্দুন চঙলক্পনি, ইমান্নবসিংগী ময়ুম্দ চৎলুবনি।

লৈরাং ফানদ ফম্মু ইচে চা পুরক্কে চা থক্খো ঙাইহাক্ ব্লারি ব্লাতাই সাদুন বন্ য়েংলুবনী চৎলগে হায়্দুন মরী মরী কোন্থোংদ হেক্ থোরক্ই। লৈপুংব য়ুম্দ হন্লক্প মপা চপ্ হেক্ চান থেংনরে।

কন কনানো অঙাও অফৈ মানবসি খরাসিন
ওক্তবী মসক্ তাক্লবির হা
লৈরাং মসা থক্ থক্ নিক্ন তুমিন্ লৈখি

কন কনানো এক্তিভা তোংবসিংদো হায়্দুন খোংপাক্ন কাওসিন্লী, মসম্ ফোইবীরে।

ইপ্পাগী মমান্নবনি বন্ য়েংলুইয়ে অদুদ ঙাইহাক্ চংলক্পনি ইচেনীন।

নংন ঐবু মসক্ মরিন্ খঙ্দে
ঐ খাঙগে হায়ন খঙবনী, খাঙবগী থৌন পাংগন্ লোইখ্রে।
ঐ য়ুম্সে থাদোক্প তারে।

হৌজিক্ চৎখ্রো হায়্দুন খুবাক্ন মমায়্দ থাজিন্লী। লৈরাং হিক্ন হিক্ন কপ্তুন খাংখি। মচাগীদমক্ত মা চৎলগে হায়্ন মপুক্নিংদ চপ্ য়ুংন লেপ্খ্রে। মথং ইনুং ঙানলগ মচাদু পুরগ মপাম্ লম্দ লাক্খি।

লৈপুংব নিংজিং মাংজিং মখোয়্দৌ সাওগৎতুন লৈ।
লৈপুংবগী মমান অমুক্ অনিরক্ কৌরুবনী
লৈরাংন খুরুম্জরি ইনেম্বোক্, ঐ অমুক্ হনন লাকলরোই।

ঐ মাগ লৈমিন্নব ঙম্গদব মান্দে। হায়দুন কপ্ন কপ্ন য়াখিদে মচাগীদমক্ খন্দুন খাংলম্বনী। লাইবক্ন তম্লমদ্রমানে হন্দক্কী মপোক্সি।

লৈরাং ইস্কুন্দগী লম্লোং অহুম্ ফাংবদ হোতেল অম লৈ। চা বোর হললৱ খর খর য়োন্জব মিন কোন্পাক্ হোতেন্নী হায়নবসু লৈরি। নোংম ইস্কুল্গী হাপ্ত লৈরাং চা থক্প থোরক্প মতম্দা ইখং খংহৌদন কৈ বীরেন্গা থেংন্খি। বীরেন্ ইঙক্ ঙক্ন চা থক্প লাক্লম্বসু য়াই। তৌবগীদি লৈরাংগ বিরেন্গ কোলেজ্ অমদ তমমিন্নবক্পনি। দি: সি: ওফিস্ত থবক্ তৌখ্রবনি।

বীরেন্ নহাক্ কদায় চৎলুবনো, চা থক্খিসি লাউ ঐসু হাপ্কী চা থক্লম্লীবনি। ইসিং খৌরাংদুন।

মান্লিদন হোতেন্দ চংলক্পনিম, করম্ তৌরিবগে হৌজিক্পু নহাক্কী, পাউ তাবদ য়াম্ন নুংঙাইতে। য়ুমদ অদুম্ লৈবিবরা?

উম্ য়ুম্দ লৈরে। ৱাথোক্ ওইরগ ইচাগ পুদুন লৈরে।

অঙাংদুদি নংন য়োক্লিবরা?

অঙাংদু খোম্লাং থক্লিবন ঐন মুন্ব ঙম্খি। ঐগা লৈমিন্নরে নুমিৎ ১০ থা অমদ মপাগ অমুক্তং উনব য়াবগী চান্স পিখি। অসুম্তৌন ইনাক্ত লৈবসিদ লাক্পদি ঙম্দে।

ঙক্তব ঙম্দে নুপী অয়ীংবী গ্যান্ তাখ্রবী নহাক্ন করম্ন নপাম্দ হন্লক্ইবনো ইথন্ত খন্লুবনীম।

ঐসু ঙক্লিবনি তুরেন্গী ইসিং ইচাও্ লাক্কনী খংদবগুম্ ঐখোয় অনি মোৎ মান্নদে খু খুনি।

অদোম্দি করমন লেন্লীবগে? য়ুম্বান্ লম্বীদি। নুপীন পুবন ফৈযে। পাখ্রান য়ুমবান্বদি য়াম্ন ৱাবম্গনি।

লাইন লাইওং অসিনি হায়ব খংদন ঐসু ফন কন্ন লাইয়েংবনি মতেং লৈত্রামানে হিংনবগী।

নচাদদি

ইমান লৌরীবনি অঙাংদুগী নুংঙাইনব হোৎন্বদ অমুক্তোইব ৱাব লোইরে।

"ঐ পুং তাখ্রে চঙখ্রগে, নহাক্ উনব য়াম্ন নুংঙাইরে।

"চঙখ্রো"

নোংম হোতেল্দ বীরেন্গ লৈরাংগ চা থক্মিন্নখি। তান্জ লুমদুন বীরেন মরক্ মরক্ত কোন্পাক্ হোতেন্দ লাক্তুন লৈরাংবু তান চান্নদুন  মসক্ উননদবসু য়াওরিপোৎনি।

"সাত্রা ওইরিঙৈদদি বীরেন্ন লৈরাংবু পাম্খিবনী

"লৈরাংসু বীরেন্বু পাম্লি হায়্বদি ফোংদোক্তন লৈখিবনী।

"লৈপুংবদ লুহোংখিদৌরে হায়্ব চেপাও্ তাবদ মথন্ত কা মনুংদ  তুম্দুন চাক্ চাদন লৈখিব মতম্দো মমান্নবী মচিন্দগী ৱারি তাখিব লৈ।

বীরেন্ নুংসিবদ ইঙা কুম্তম্লক্লে। অনৌব য়েন্ চোংলক্পগুম্লে। নহাক্কী ৱা হায়্নিংলে অদুদ লৈরাংন য়ারক্ত্রবদি করম্নো মখা পাখ্রাসিংদ লৈরব বীরেন্ পাবোৎ সেম্নিংবগী অসান মাং থারক্ই। নাকেন্ শা লোইখ্রে। য়েন্নিং থা অমুক্ খোংদোইরক্লে হৈপাল্ লৈপান্সু অদুমঙাই।

"ঐ ৱা অমতং হায়্নীংবনী হায়্দ্রগসু নুংঙাইতব

"করি ৱানো তাসিদন

"ঐখোয় অনি অমুক্ ফুংগ অমা ওইরসে।

"ঐগী থম্মোই কাইখ্রবনি তংখাই

"মপুন তাসিন্ব নংগী খুৎত লৈরে।

লৈরাং কাইনখ্রব লুখ্রাবী পুন্সি খোংচৎ অসি লোইখ্রামানে খল্লুই। অদুবু বীরেন্ন লৈরাংদ মপুক্নিংগী ৱা হেক্ হায়্ব মিয়েং নায়েংদ বীরেন্গী ৱাখন্গী মমি তারক্প হৌরক্ই। কাইখ্রব থম্মোইদু খাংফোৎ ফোৎচিনবদি য়াদে। পাওখুম্দো পাক্ হেক্ পিখিদে।

"বীরেন্দ্ন মমাদ লৈরাংগী ব্রারী সান্নব পাম্খি

অনিসুব খোংচৎত চাজেন্বী ওইন অহন্ লমন্ন লৌরাংবু লৌনবা হায়্নদুন ফুংগা অমা ওইখি।

নুপাসু মচা লৈবা, নুপীসু মচা য়াওবন সন্বী চাজেন্বী মচা য়াওবী লৈরবদি, সংগোম্সু থোক্পীনি হাইনৈদন, সন্ লাবন সন্নাও চেন্বদি সংগোম্ থোক্তে।

"মাগী মাগী থম্মোইদ ইদুন থম্নৈ।

"ইসিং ইচাও ময়েং তাবগুম্ অব্রাবসু ময়েং তারক্ই অব্রাবগী চৈথেং খুদিংমক্ ময়েং তাদন অসুম লৈরবদি মীওইব যাম্ন হিংব ব্রাগনি।

লৈরাংগী অব্র মৈসাসু অসুম্ অসুম্ হন্থরক্খি। লৈরাং যাহৌ ঙনবীনী ইমুংগী থবক্ নোম্দুন লোইন্ব হোৎনবী। মনেম্গী চীন্ফু মাইতেংনব, ইরু মাইথজনব ইসিং লুম্দুন অসাব থম্বী, ইরুজবগ অসেঙ্ব ফি হোংদোক্নব ফি মফম্, চান পুথোক্তুন পোলাংখোক্ত য়ান্লি। লাইগী মৈ কৎপ অনৌব লৈরাং খর নোংমগী কৎচনব মথৌনি।

লৈরাং চাক্ থোংবসু মহৈনে। ইমুংগী থবক্ত কুপনোম্ নোম্দুন চেংফু চন্ব ঙম্লীবনি। ইস্কুলদগী হন্লক্পগ নোংমগী চানব য়েন্সাং মরোই মপাং অব্রাৎ অপ লৈসিন্দুন পুসিন্লক্ই।

মনেম্বোক্ন য়ানিংদ য়ানিংদ লৈরাং অদুবু লৈরাংগী মথৌদুন নম্খাইব য়াহন্ব ঙম্খিবনি।

বীরেন্সু থম্মোই সেংন তাথোক্ তাসিন্ তুংগী পোরম্ য়াৎতুন য়ুম্বান্বগী নুংঙাইব হায়্বদু ওইরে। মাগী ফংলক্প পৈসাসু লৈরাংদ ঙম্ন সেন্গাও পুন্খিয়ে। পোৎয়েং লাক্লব পোৎ লৈব অচৌব ইমুংগী চাও্খৎনব হোৎনব মতম্দ সেন্ লৌই। লৈরাং বেংত একাউন্ত হাংদুন অঙাং অনিগী মমিংদ সেন্ তুংসিন্বীবা হৌখি।

লৈরাংন্সু বীরেন্গী মচাবু মাগী হেক্ পোক্চব মচানি খন্লি।

বীরেন্নসু লৈরাংগী মচাবু মাগী হেক্ পোক্চব মচানি খন্লি।

অঙাং অনিসু নোংম নোংমগী চাওরক্লবনীন অপোক্প মপানি অপোকপী মমানি খন্নদুন হায়ব ইনব মচা হাইদু ওইরক্খি।

মনেম্পোকন ইচা মীচ য়োংলৈ মেলৈ নাইবী ব্রাখল্ খন্লম্বনী থবক্ন খাইরক্তে। লৈরাংবু ইমৌ অতাংবনী খন্জৈ।

বীরেন্গী থবক্ চৎলুরগসু মতম্ চান য়ুম্দ হন্জিন্লক্ই। মফি মরোল্ হোংদোক্তুন অঙাং অনিবু লাইরিক্ তাক্পিদুন হরাও হরাও লৈরে। চাব মতম্দসু পুলপ্ পুন্ন চামিন্নরে। য়ু থক্তে সেন্ মাংহন্দে, লৈরাং অসিতংদি তৌবীদরবদি ফাগনীদ খন্জৈ। করিগুম্ব কুম্মৈ হবাওদ গাবনারগী লৈকোন্ য়েংব চৎমিন্নৈ। অদুবু অহন্বগী নুপগদি চাংদম্নব য়াদে।

লৈরাং ফুংগ অমগী মপু ওইব ফংজরে য়াইফরব ইমুং ওইজরে মনেম্ন কৈদৌঙেনো ঐনা ইসু উদৌব?

চহি খর ফারক্প মতম্দদি মচা নুপা অমা ফংজরে, মনেম্বোক্ত মসু নুপাগী নুংসি থৌরিন পুন্বীবগুম্লে। মতম্ খর লৈরগ অরিব লৈন লাইথুং কোক্চরে। তং তাব ফুংগ অমগী চারি মপান্ থাব ফংজব লৈম অমা ওইব মতিক্ চাবী য়ুম্বুরেম্বী ওইজখিয়ে। অসিবুনী তমনরীব নুপী খুদিংমক্ন।

## মশিন্ ফেদোম্ অমা

উধোপ্ অঙাং ওইন হেক্ পোকপগ মসা নোই পেৎলী চাওদম্ সংদম্বন চুং ফিবান্ চাবা নিপা অমনি। মান হেক্ ব্রা ঙাংব হৈনব পালেম্ ইমা ওইবিন। ওজা গুরুগী পাদম্ লৌনা মিংকৌ তম্বী। পন্থৌ পালেম্ ইচে ইবোক্ ইচৌ ইনাও ইবুবোক ইবেন্ধৌ ইপুথৌ ইনে ইতৈমা কৌনৈ।

অনিসুবা পালেম্ ইমান ওজা গুরুগী পাদম্ লৌন চাক্চা তম্বী। সি হান্ব তম্বী। থি ফাইববস্ খুৎওইন চাম্গদবনি। খুৎ ওইন নপ্ সিৎকনী খুৎ যেৎন ঈসিং কপ্ পাইবগা হৈথগনী। অদুগা খুৎ সেংন অমুক্ চাম্থোক্কনী। থক্নবা ঈসিং অরুবা ওইগদবনী।

অহুম্সুবা ইরু সাদেংলসি পালেম্ ইমান ওজা গুরুগী পাদম্ লৌনা, ইহান্ হান্বদা মিৎ নাকোং লাইজা ঈসিংন সেংগনী, কোক্ চেংহি সম্বান্ লাংবীগনী। পোম্বী হক্চাংবু তুরেন্ লাইজা ওইরগনা

ইরুপ্‌কনি। পুখ্রিদ ওইরগন হৈথাগনী চাইথগনী, ফদিবু কংন সুম্‌দোক্‌লগ পোম্‌বী হক্‌চাংবু তৈথোক্‌কনী। কোক্‌তগী হৌন, ফাদিগী মখন্‌ অনি লৈগনী, খোং হাম্‌বা মতম্‌গী খোং ফদি অমা নাইবীগনী। মাই তৈথোক্‌নব ফদি অমা নাইবীগনী। ইরু সাদেংবগী মাইওন্‌দি চিংখৈ ওন্‌গনি। য়োই ময়াই নুমিৎতা ওন্‌লগা লাইজা ঈসিং খুজোক্‌ অহুম্‌দং কৎচগনি পুন্‌সি চহি নিজগনী।

মরিসুবা পলেম্‌ ইমান ওজা গুরুগী পাদম্‌ লৌনা লাইনিং পারৈ চংবা তম্‌বীবনী। অয়ুক্‌ ঙন্‌ন কোন্‌থব নুমিদাং ঙন্‌ন কোন্‌সিন্‌ব। নোংমগী মতম্‌ অহুম্‌গী মসিন্‌ মথৌদ ইথৌদ পুক্লিং চংগনী, ইরু সাদেংবা লোইরদা অসেংবা অকংবা ফি হোংগনী। মৈরা কৎচবা তম্‌বীব মঙাং পুংজদনা লাই নিংথৌ লাইবেম্‌বী সনামহিদগী হৌরগ মপান্‌ লোম্‌দ সোন্‌ন পুংদ সংলেন্‌দ কৎচগনী। খুমন্‌গী পুংজাদ য়াচংবা মতম্‌দন সোন্‌ন পুংদগী হৌরগ সংলেন্‌দা কৎচরগা ইমুংগী লাইনিংথৌ লাইরেম্‌বীবু থৌনিজগনী। তুম্‌লম্‌দাইগী মতম্‌দ ব্রাইরম তাসিন্‌জরগা য়াংগেন্‌ সুম্‌জিৎন। খুৎ চাম্‌থোক্‌কনী অদুগা মৈরা কৎচরগা অরোইবা ওইনা থোং লোন্‌দুনা তুম্‌গনী সুমাং থেলোংদা সিৎপা সুম্‌জিৎন উরোং সুম্‌জিৎ কৌই হয়ি সিদবা সোন্‌গনী।

মঙাসুবা পলেম্‌ ইমানা ওজা গুরুগী পাদম্‌ লৌনা। ফামুংদা তুম্‌ব নুমিৎ খুদিংগী কপ্‌লবদি কোক্‌তু নোংচুপ্‌ ওন্‌ন তুম্‌হন্‌গনী। অকি তুজুংবা য়াওরবাদি পলেম্‌ ইমান তিন্‌লাং য়াওদন সিৎপিগনী অঙাংগী মসাদা খোইজুৎ লৈখাম্‌সু মৈ ওক্‌পিগনী। ব্রাখন্‌ তারবা মিন খোম্‌লেন্‌ মংলান্‌দ অকি তুজুংব উরবদি। হক্‌কি ঈসিংন মাইদা তৈবীবা ফৈ। অদুগী তুংদা অফবা মং অমা থৌনিদুন তুম্‌বীগনী। হিয়াই ওইবা মংলান্‌ পিরবদি, অদুবু তাইবং ফাওন পিবীয়ো হায়ন থৌনিজগনী। চাক্‌ হেক্‌ তোক্‌পগা তুম্‌বা য়াদে মতম্‌ খরা ফম্‌লগ তুম্‌গদবনী। তুম্‌বা মতম্‌দা লোংনা তুম্‌গনী চেপ্‌পা মতম্‌দা অব্রাং ওন্‌গনি। মীওইবগী হাড়পু নন্‌দানবগী দমক্‌নী। হাড়পু ফনবগীদমক্‌নি। য়াহৌ ঙ্‌নগদবনী। নুমিৎন

নন্ব ফৎতে হায়রি।

তরুক্ সুবা পলেম্ ঈমান ওজ গুরু পাদম্ লৌনা। লাইরিক্ তম্বীবা। কা হাইবদি কোক্ ফনব হোৎনগদবনি। লৌসিং সিংগদবনি হক্চাং পোম্বীবু পাংগন্ ফনা লৈনব সাজেন্ তৌগদবনি। নিতি নিয়োম্ নাইন থক্সি খাসি নাইব কাওরোইদবনী। লাইরিক্ পাবগী হৈনবী লৈহন্গদবনি। নোংমদা তম্লিবা সবজেক্ মসিং রুতিন্ ব্রাক্ ফক্লাংদা থেৎলগ থম্গনী। নুমিৎ খুদিংগী নিংথৌকাবা নুমিৎতা থোক্প রুতিন্দা য়েংলগা পুগদবনি। অসুম্ন নুমিৎ খুদিংগী থোক্পা সবজেক্সিং রুতিন্ ব্রাক্ সুগদবনী।

তরেৎসুবা পলেম্ ঈমান ওজা গুরু পাদম্ লৌনা। অঙাংনা ইসকুল্ চৎলম্দাইদ,পালেম্ ঈমান পন্থৌ ইপান, ইবেন্বোক্ন অঙাংগী মখুৎতা হং হং চিক্পসু য়াই, কোক্তা চুপ্পিবসু য়াই। লামং তুমাংনদব হাইব ব্রাখন্ন, পলেম্ ওইবীন হিকোন্দুন মচাগী য়াইফনব থৌনিবনী খন্জে। মহাতমা গানধিন অঙাং ওইরিঙৈ মতম্দা, মাবু পোক্পি মমা পুতলিবাই নুমীৎ মসক্ উরগা চাক্ পিজৈ হাইবা লৈখ্রে অসুক্কি মতিক্ চেক্সিন্ন অঙাংসিংবু য়োক্পিবগী, মীওইরক্পা অফাওবা ওইবগী ব্রারি তাই।

*অনিসুবা কৈদোম্*

উধোপ্কী ব্রারিদা লাক্চগে- উধোপ্ ব্রাংজিং পবলিক্ এল: পি: ইস্কুল্দ মঙাসুবা তম্খি। ইস্কুল্ কাব মতম্দ ব্রাংজিং কৈথেন্দ ময়াং দুকান্ অমগী মপু পোতুন্না উধোপ্পু হাপ্ত লাও। কৌরগ মিথাই পিজৈ ঈসিং পুন্ য়োক্লগা, খরুং অমা ঈসিং য়োক্লগা থম্বী। ছাত্রা ছাত্রি ময়াম্সু ঈসিং থক্পদা পোতুন্গী দুকান্দা হাপ্ত হেক্ হেক্ লাক্তুন ঈসিং থকলি। নোংমা লালোন্বী নুপী অমনা উধোপ্ত হায়

নোংমাইজিং নুমিৎতা সিনিমা য়েংবা থৌবান কে: কে:দা লাক্উ। লৈসাবী অমা য়েংউ লাও। অসুম্‌না উধোপ্‌ লাইরিক্‌ পুকনিং চংদন, থৌবান নিঙোন অমুবীবু কোইখি। অমুবীসু লাইরিক্‌ তমবা চৎপা খুদিংদা মমান্‌নবন নপ চোগন্‌লি হাইবদগী ওজানসু মনপ্‌ সেংন সিতোক্উ ঙাংবদগী ইকাইদুনা, লাইরিক্‌ তমবা তোক্‌খি। অমুবীগী য়ুম্‌নাকতি মৈহৌবমনি য়েক্‌ন খাঙান্‌বনি। চহি ১৫রোম্‌ সুরনিদ। মসক্‌ মতৌ ফাজৈ কুলৈ কুচুনি, মসম্‌ নিংদু য়ৈনা ফজৈ চাওদম্‌ সাংদম্মি। ব্রাহৈ ব্রাত ইং তপ্‌পী নিঙোল মঙা পোক্‌পগী মনুংদা খ্বাইগী অহন্‌নি। মমা মপান লাইর য়ুম্‌বান্‌ ওইবন লাইবিক্‌ তম্‌হন্‌ব ঙমখিদে। উধোপ্‌ চহি তরামঙা সুরবা মতাংনি। উধোপ খাঙানব য়েক্‌নি মসক্‌ মতৌ মফাজৈ। সামু মচুম্‌ তাব মান্‌ন সমু হক্‌চাং ফৈ। ব্রাং চাউই। পুক্‌চেল্‌ খোইজেল্‌ য়াম্‌ন ইং তপ্‌পী।

*অহুম্‌সুব কৈদোম্‌*

উধোপ্‌ লাইরিক্‌ তম্‌ব তোক্‌লগ, মাইবগী মহৈ মসিং তম্‌ব হৌখি। মাইবগী মহৈ মসিংদ ওজা (গুরু) মরু খন্‌দুন মাগী মসিন্‌ সিন্‌ফম্‌ ওইগে পাইমা চপ লেপ্‌ন খন্‌খি। লালোন্‌বী ইনে নঙন উনহনলীব অমুবীদো মরক্‌ মরক্‌ত সিনিম হোল্‌দ য়েংব হেক্‌ হেক্‌ লাক্‌ই অসুম্‌ন সিনিম হোল্‌দ মখোয় অনি নুংসিনবগী অচেৎপা মরী লৈরক্‌খি।

অমুবী লাইরিক্‌ তমদ্রবনিন য়ুম্‌গী ইয়োংদ খ্বাংফি সাব মসিন্‌ ওইরে। লৈম তিন্‌ যোক্‌তুন মহুম্‌ হাইহন্‌দুন, মহুম্‌দু ফুৎতুন তিন্‌দুগী মহুম্‌দুদগী লং সুংদুনা তরেং য়োৎনা লং নাইদুনা মুগা ফনেক সাব চংখোৎন্না হৈরব মসিন্‌দ পুক্‌নিং চংন ফি সাই। মখুৎনা সাব ফি কৈথেন্‌দ য়োন্‌বগী থৌবাল্‌ কৈথেল্‌ চৎলি। ফি য়োন্‌ব লোইরগ সিনিম হোনদ সিনিম তিকেং ককতুন হেক্‌ হেক য়েংলুই। লম লাপ্‌নবনিন

ইনেদ চিথি ইদুনা থাহন্খি। নোংমসু লম্বীদ ব্বারি সমিন্নবগী খুদোংচাব ফংখিব অদুদি ফংহন্খিদ্রে। অসুম্ন মতম্ খর লৈরক্লব নোংম উধোপ্ন লাইরিক্ পাসিন্নব সারগ অমুবীদ পিনব চিথি অমা ইখি। ইনেসু কৈথেল্ কাব নুমিৎ থোক্তন। উধোপ্ন ইনে সিমতা অমুবীদা পীবিয়ু হায়ন পিখিয়ে।

উধোপ্ মমান্নব মাইব তমমিন্নব ইরুপ্ চাওবগী ময়ুমদা চৎতুন ঙায়হাক্ ব্বারী-ব্বাতায় সাননারগ। ময়ুমদ হনলক্খি। ইখিবা চিথিগী ব্বারোল্না য়েক্ তিনবৈ লৌন-লৈনগনি হায়বসু লৈত্রে অদুনা করি খনলিবগে অরেপ্প মপাউ পীরক্নব খংহনখি। নোংগৌবী কৌবী চেক্লান ব্বাসাগী ফৈরাথক্ কোরৌগী লাইজা ঈসিং ঙাইবগুম ঙাইজরি। উধোপ্কী ব্বাখনদা লুপতুন লৈরক্লিবনি। চিন্তগী পোৎলুম পুন ব্বান লেনজরিবনি। করম্ব মতম্দ মবুংঙো উনদুন ব্বারি সাব খুদোং চাব অদু অমুক্ লাকখিগদ্রা খনলিবনি। অমুবী অমসুং লৈমাজাওবী ময়ুম নকবৈ।

লৈমাজাওবী লানতেন্ থর্উমৈ অমা পায়রগা চিথি অদু পায়দুনা মতম অদুদা অমুবীদ তমখি। চিথিগী ব্বারোন্ অদু য়ামন লুব অমসুং অব্বাবগী মতাংনি মুন্না ব্বাখন খন্লু হায়রম্লগ লৈমজাওবী মোংব মরান্য়াইদ হন্খি। অমুবী মুন্না খল্লবা মতুংদ মগী ব্বাখল অমুক্ হোংজবোই। মহাক্ কনাগীসু নৎত্রে। পুন্সিগী অব্বা নুংঙাহ খুদিংদা সারুক্ য়াজগনী হায়বগী ব্বারোন্ য়াওব চিথি অমা ইহনখি। চিথি অদু উধোপ্কী মফম্দা য়ৌনব খুদোংচাব ফংদবনা মহাক্কী মোন্ মখার্দ মতম খরা ইরিরে, লৈরে।

## মরিসুবা থৈদোম্

মৈহৌবম্গী ফুংগাদ পোকচবি নিঙোন অমুবী চনু পাউখুম ফংদব নুমিৎ হাপ্তা ফাম্ব্রে। থব্বাই হামচৎনরব উধোপ্কী, মখুৎতা মসান সাব ফি মতেক্ অমা পায়নদুন লৈমজাওবী হোয়দা চৎলী। মতমদু

পুং অহুমলোম তারে, উধোপ্না থুংলুবা মতম্দ লৈমজাওবীগী মমা কবোক্লৈ কৈথেন চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী।

অঙাং মচা অহুম্থক্ খুলোক্পি সানৈ। লৈমজাওবীগী মপাবুংদি লংফৈ চৎখিদুনা মোংব মরান্য়াই সংগাইদ লৈতে। উধোপ্ন থুংলুব মতমদা লৈমজাওবী ইয়োং সংদা ফি সারি। লৈমজাওবী ইমুংদগী তরু তরুবা কক্ অমা লৌথোক্লদুনা দারি মপান্দ থারম্ই। ফিদা সোমদা ফমবীয়ু। করম্ পানলিবগে? অং করি হাইদৌনো? সিংপান্ পান্লিয়ে। ঙইহাক ফাগি ব্রারি সন্নরবা তুংদা:-

ইবুংঙো ঙাইহাক ফম্হৌখোকো হায়রম্লগ কাবোক্লৈ সনা কৈথেন লুক্মাই কোক্ত থোংগৎতুনা কাখি। মখোয় অনিদ মঙায়রে উধোপ্ন ঐগী চিথিগী পাওখুম্ পিররোই করক্ হাইবা তারবা? অমুবীগী পুকনিং করিনো অসেংবা খংনীংই। মসাদো উধোপ্ ঐ লাকলিঙৈদ। চিথি অদু য়ৌহন্নবা মী লৈতবদগী ঙমখিদবনী। ঐনা হায়রিসিনী চিথি অদু পুথোক্তুন উধোপ্ত হকথেংননা খুৎনা হেক্তা পিরে। চিথি অদু উধোপ্ন মরাইবক্তা। কৎলগ লৌসিলগ ফুরিৎ খাউদা হাপ্চিনখি। ইখোংন থোংন লাক্লগা পাউখুম চিথি লৌজখি। য়াইফা থোইনা পাললুকো, লৈমাজাওবীন থৌদোক অদু মরাননি য়াজখি। ইমোইনু ইরাৎ নুমিৎতা খান চাওব ব্রাংব্রেন থৌনিরুসি উধোপ্ হন্লক্খিয়ে।

## মঙাসুবা ফৈদোম্

লৈমজাওবীখোয়দগী হনখ্রগ উধোপ মতোম চিক্না মাগী লাইরিক্ পাফম্ কাদ অমুবীন পিরক্প চিথি অদু তুমিন পাজৈ। চিথি পারুবদগী থম্মোইদা মিহুন তিং তিং চোংলি। অমুবীগীদমক্ হায়নিংঙাই লৈতন ব্রাখি। নুপিসু সাফম লান্ফম্নি অপাম্বগীদমক্তা। সিবা অমসুং চংবা লাইনিং ওইখ্রে। চনু নিঙোন অমনা নুংসি মসুং লাংগীদমক্ নুংসিরব পালেম্ পন্থৌ মনাও মঙা কায়নব তাব। চান্নবী লৈকাইগী মমান্নবী

লৈমজাওবী কাইনব, খোইরেন্ তাফম্ পোক্নফম্ লম্দম্ থাদোক্লম্ব হায়বসিদ উধোপ্ন ৱাজে। মৈত্রাবাককী নিংথৌনা থিংখ্রব চৎনবী পনগী ইৱাংমদ পুনসি ইপাক্ লানমিননবগী মতম্ য়ৌরে। মদুদা পাংগনসোনবী মাবু খুজেং পাইদুনা পুবা মতমদা। কালেনগী লৈতুম লকতা পুবদা ৱায় হাইরকলোইদ্রানে। উধোপ্ন থমমোইদ ফাওখি। অমুবীগী পাইমা ৱাখনদ নুংনাংলিঙে তান্জাদা, মমান চাক্ লোইরদুন চারগা ফমুংদ তুমখ্রে উধোপ্কী পুনসি পুমওন্ ওন্খ্রে মতমদো।

*তরুক সুবা কৈদোম*

ৱাকচিংগী ১২ নিপান্ব ইমোইনু ইরাৎ থৌনীব নুমীৎনী। ইকু সাদেংলগা চেংহি সাবান্ লাংদুন। খুগা নান্বী ৱা সম্জেৎ তুনন্বীন সম্খোং সেংলগ লৈজবা তরু তনান্ব ফিরোন সেৎ ইন্লগা অমুবী হৈরম তরেৎ লৈরম তরেৎ য়েন্দই অমদা হাপ্লগ, নোংপোক্ ওনবা লা লাতোন্ অমন য়োমলগা, মমানন্বী সিংগা মখোয় পুননা গাড়ি তোংদুন, ৱাংব্রেন্ ইরাৎ থৌনিজব খা পাংনা থৌরকই। লাই থৌনিন খুরুম্জব লাক্প গাড়ি খা পাংন থৌথাখিবন থুমখোং লাইরেমবী নাথৈরে, খেবচিং নাথৈরে। খোংজোম্ কৈথেন্ তুংওইরম্লে। লাংথাবন্ চিংয়া নাথৈরে, লৌসি পাৎ তুং ওইরম্লে। লৌবুক্ লমহাং সমদুন ককচিং লমখাই নাথৈরে, ইরুম্ নিংথৌ তুং ওইরম্লে। কক্চিং কৈথেন্ তুংওইরমলে, ৱাগাই লমখাই তুংওইরম্লে। লাংমৈদোং থৌনাওজম্ তুংওইরম্লে। থোংজাও ৱাইখোং কৈথেন্ তুংওইরম্লে ।ৱাংজিং খুনৌ তুংওই সুগনু কৈথেন্ তুংওইরম্লে সেরৌ তুরেন্ লান্লগা সেরৌ খুন্ লান্লগা চৎলা খোং লমবী লৌরিদ, সম্বন লাননা চৎলগা নুংথোং ফংজে। সেরৌগী হংগাম্ মপান্ সাব উরগা উধোপ্ অমসুং অমুবীগী পুকনিংদা নুংসি নুংওন্ পোক্নখি। মিৎতগী পিরাং সিন্থখি।

ইচাদা ইসুদ করি থোক্লগদবা খনজি। খোংগী লম্বীন লৌরি কয়া তুরোই ঙামলোই চৎখি অৱা পন্দোম্লব মতম নুমিৎন চাইরগ

নুংথোং হেক্‌ য়ৌখি। থুংলব তুংদ মান মনা পুরক্‌পা হৈরমসিং লৈরমসিং, উসিন্‌গী কইনা য়েন্‌না চিংব, ইপুথৌ খান চওব ব্রাংব্রেন্‌ অমদি ইরৈমা অনিদা কৎতুনা মান মনা নিংজব অপামব নুংসি মসুংলাংগী মসাবীগী তুংইনজবা ঙমজবা অসি মতুং পীনবীয়ু হায়না নিজখি। নুংবিদা ফমদুনা লাইজা ঈসিং কাইবক্‌তা কৎচৈ। লাই থৌনিব লোইরগা ফোতো কাপ্পসি হাইনা ফোতো কাপখি, পোৎ পুমন্‌মক্‌ ঈসিং ইরোইদুনা লানবনা চোৎতনবা হাইদুনা কোকতা কোয়েৎ ওইনা য়েৎতুনা পোৎ খুদিং পুদুনা ইরোইদুনা নুংবীদগী নান্‌থোক্‌লক্‌ই। উধোপ্‌ অমসুং অমুবীখোয়দি হংগাম্‌ মপান্‌ সরিবা অদুগী মরক্‌তা অমুক্‌ ফোতো নমখি। হিয়াই পুবদি ইসাইফু অমদা পুরক্‌খি। গড়ি মখোং য়ৌবগা অব্রা পোৎথনৈ। হন্‌লক্‌পদদি লমবীসি ব্রারি সানা লাক্‌পন মাইন্‌ অনিরোম্‌ খোংগী লম্বী চৎখি। ব্রারি সান্‌নবদা লুহোংবগী ব্রাফম্‌সু পুক্‌নিংগী ব্রা ফোংদোক্‌নখি। গড়িদু চুম্‌ন লেপ্‌তন থৌরক্‌পন ব্রাংজিং কৈথেন্‌ কাবা মতম চপ চান থুংনৈ, মাগী মাগী ময়ুমদা চংনহৌরে।

*ভরেৎসুবা ফেদোম্‌*

অমুবীদি গাড়িনা ময়ুম ফাওবা থীনবীরে। অমুরৈনা হায় হয়েংদি ফাইরেন্‌গী পন্‌চামি নুমিৎনী। লিকোন্‌ সান্‌নসি পেতোন্‌মেক্‌স থম্‌বাননুগী অমা ব্রাইসি মপুনা লানসিং কৌবনী লুপা মঙা তনি ঐ পুথোক্‌কে, উধোপ্‌ অমুরৈগী মংগোন্‌দা পেতোন্‌মেক্‌স থান্‌দুনা লিকোন্‌ সন্‌নরি। অহিং নোংয়াই চাবুক্‌তা য়ু ঙাওবা পাখংসিংনা খোংউপ্‌ পুদুনা চৎখি। ময়ামদু তুমিন্‌ লৈনৈ, হন্‌ন য়েংউব্‌দা লৈরম্‌দবনী।

কুন্‌তা সাবা সিংজং য়েপ্‌তুন্‌ লৈসবী সিংবু ব্রাচোপ্‌ ঙাওনা য়ুনম ব্রা নমহন্‌দুনা মখোয় থিৎনা সাওহন্‌লি। মখোয় থিৎনা ময়াম্‌দা লৈহৌই। তুংদা পাখং লৈসাবী অমগা অমগা ওনসিন্‌নদুনা, মাগী মাগী ওইনা ব্রারি ব্রাতাই সাব হৌন্‌রক্‌ই। উধোপ্‌বগ অমুবীগ মৈতৈ য়েক্‌কী খাইখিবা

ফুকাইনব ওইবন চুমনা নুংসিন্‌বা ফাগী য়োগই কয়াসু হায়নৈ। লৈপাক্ নিংথৌগী পল অমা লৈরি। পল অসিবু খঙনা খঙনা ইমিৎনা উন উন চৎপা তারবদি ইমা লৈপাক্ থাদোক্‌পা তাবনি। ঐগীসু নংগীসু ইমরি সগৈ নাতৈ ইচিন্ ইনাও পুরোন্ পুমন্‌মক্ হাৎপা পাপ পুরনি।

থৌদোক সিনা পুন্‌সি অসিমা ইপাও তাদব কৈথেন্ তাদবা অতোপ্‌পা দেস অমাদ চৎপ্ তাবনি। অদুবু লৈখোম্‌গী থমোই পেৎপী অমুবীগী থমোইসু কাইনব তাবনি। পুম্‌নমক্ ওইদুনসু ইমরিদি নুংসিন্‌বা থুই কাইন্‌বসু থুই। য়েক্ মসেন্ লৌন লৈনবা লৈপাক্ নিংথৌনা য়াদব লৈকাই পীপারেন্‌না য়াদব পন থুদেক্‌তুন চৎপা ঙমলোই। ঈগী মরি থাদৎকনুসি সাবীও। সাবী সানৌ নিংবা কাইনা লৈবা তাখি অদুবু অমুবীন, অসুম্ন খনলি। তুংগী মীরোন্‌নসু য়াদব ব্রায়েন্ কাতি লৈপাক্‌কী মসিন্ ওইবা থৌরমবু নমখাইব ইতিক্ নৎতে। অম নত্রগা অমা লৈগনিনা ঐগীসু লাই লৈকো। তাখি তরংগী লাইজা। খৈরে।

হৃং নাহৈ নাসেংজরি উরিকন। মৈতৈ ইয়েক্ সলাইগী লিক্‌লম্ অসি কাইদন লাক্‌পন। মিংকৌদি ইপুথৌ ইবেন্‌থৌ ইপু ইবেন্ ইপন্ পন্‌থৌ পলেম্ ইমা ইপাগ পোক্‌মিন্‌নবন ইনে ইপন্ন লৌব লৈমবু ইমাহান্ মচা নিঙোল্ লৌববু ইমাক্ ইকুবোক্ ইনেম্‌বোক্ ইমাক্ নুপা ইমৌ ইবেম্‌মা ইচা ইসু সুরোন্ মিংকৌ থাকৌনরি। নুপীগী মবুং অদুবু মাম্ম মরু ওইন লৌনৈ।।

অসুম্ন মীওইবগী থব্রাই য়াইবীবু তোই তোই হাইন কৌসিন্‌জরি। খৈরে।।

লোইরবা



Green Revolution



## অইবগী ফোংখ্রব লাইরিক্সিং

১। লাইফম্লেন্ হৈকৎ-লৈকৎ ইবাৎ থৌনি লিক্লম্।। ১৯৯৮
২। ৱাংব্রেন্ ফম্বাল্ কাব।।
৩। ৱাংজিং নিংথৌ উমং-লাই হাবাওব অনিসুব।।
৪। পুয়া মৈহৌবা।।
৫। ইপা ইপু পুবোন্।।
৬। নিঙোল্ থুম্খোং।।
৭। থুম্খোং লাইবেম্বী লাইকোল্।।
৮। নাহৈবোল্।।
৯। খুমন্ ফম্বাললোল্।।
১০। যেন্নিংলোল্।।
১১। যেক্ তবেৎ।।
১২। সম্বল্।।
১৩। লাইচৎ।।
১৪। অহল্লুপ্ পানা নহাকুপ্ পানা।।

## ফংখ্রব এৱাৰ্ডসিং

১। মহাতম জোতিৱা ফুল্লে ফিলোসিপ্ এৱাৰ্ড।
২। সাহিত্য সেবোক্ এৱাৰ্ড।
৩। ইবাবোত ফিলোসিপ্ এৱাৰ্ড।
৪। সাহিত্যা বতন এৱাৰ্ড।
৫। ডা: বী: অব: অমবেকব এৱাৰ্ড। ২০১০
৬। মহাতম জোতিৱা ফুল্লে বাজ বাসত্রিয়া পুরুসকাব।